ওঁ নমো গণেশায়

শ্রীশ্রীরাধাগোবিন্দঃ জয়তি

# শ্রীমদ্ভাগবত গোপী গীতম্

শ্রীশ্রীগোবিন্দজী ব্রহ্মসভা

ব্যবস্থাকারী

তাং ২০।১১।৯৬ ইং

শুভাকাঙ্ক্ষী—

।ব্রজবিহারী দেব শর্ম্মা শাস্ত্রী, ফুরাইলাংপম

ওঁ নমো গণেশায়

শ্রীশ্রীরাধাগোবিন্দঃ জয়তি

# শ্রীমদ্ভাগবত গোপী গীতম্



ব্যবস্থাকারী

তাং ২০। ১১। ৯৬ ইং

শুভাকাঙ্ক্ষা—

শ্রীব্রজবিহারী দেব শর্ম্মা শাস্ত্রী, যুব, ইলাংপম

সাহিত্য এরাউ

স্মৃতি, ব্যাকরণ, কর্ম্মকাণ্ড, ধর্ম্ম শাস্ত্রী

গভর্ণমেন্ট ইম্ফাল সংস্কৃত টোলাধ্যাপকঃ

প্রকাশক:—

১। শ্রীমতী কুরাইলাৎপম পুর্ণিমাসী দেবী (গৃহিনী)

২। শ্রীকুরাইলাৎপম জয়দেব শর্ম্মা, ব্যাকরণ শাস্ত্রী।

৩। শ্রীকুরাইলাৎপম গুণেশ্বর দেব শর্ম্মা, কর্ম্মকাণ্ড শাস্ত্রী।

শিংজমৈ, রাইথোম লৈকাই ইম্ফাল।



কোপী মশিং—১০০০ (লিশিং অমা)

থোংবা—তাং ২৭। ৬। ২০০৬ ইং, (রথযাত্রা)

ইঙেলগী নিনি পানবা লৈপাকপোকপা মুমিৎ,

মমল্—লুপা ১১০/- (চামা-তরা) তনি।

[ স্বত্ত্ব পুস্তক অইবশিনি ]

নমথন্—দি রেডেনস্ ইউনিভন্ প্রেস, বাবুপাড়া, ইম্ফাল।

ওঁ নমো গণেশায়

# য়াহৈ থরদং

১। প্রণম্য পিতরং ভূয়ঃ মাতরং চ করুণার্নবম্।
শিক্ষাগুরুং দীক্ষাগুরুং চাপ্যহং তমুপাশ্রয়ে॥

২। অমৃতং মধুরং সম্যক্ সংস্কৃতম্ ততোঽধিকম্।
তস্মাৎ দেব ভোগ্যমিদং দেব ভাষেতি কথ্যতে॥

৩। নাহং বৈকুণ্ঠে বসামি যোগীনাং হৃদয়েঽপি ন চ।
যত্র মন্নাম স্মরতি তত্রাহং বসামি নারদ॥

অহানবদা বিঘ্নিকর্ত্তা গণেশ দেববু খুরুমজে।

১। শ্রীগুরুদেব স্বর্গদগী হেনবা জন্ম পিতা ইপাবু, থৌজানগী মশক ওইরবী পৃথ্বী মতাগুম থাংবা কনবী ইমাবুসু খুরুমজরি। মথংদা শিক্ষা গুরু অমদি দীক্ষা গুরু, ভজন গুরু খুরুমজরগা শ্রীগোবিন্দজীগী চরন্দা হন্না হন্না আশ্রয় ভক্তি নিজরি।

২। সংস্কৃত ভাষা হায়বা লোন অসি থোইনা হেন্না ময়েং তাবা লৈত্রবা (শিত্রবা) থুম্লবা খিবিক্তগীসু হেল্লবা অমনি, মরমসিদগী সংস্কৃত ভাষাবু লাইগী ভোগনি (লোননি) হায়না দেব ভাষা কৌই।

৩। ভক্ত নারদ ঋষিনা ত্রিভুবন মরোল ১৪ কোইদুনা শ্রীকৃষ্ণ থিরুবদা ফংবা ঙমদ্রে। বৃন্দাবন্দা মবুঙো শ্রীকৃষ্ণ থেংনজরে নারদনা হংজে—হে ভগবন! ইবুঙোনা লেংদনা লৈবিবা মফম তাকপিয়ুগবা। তারো হে নারদ! ঐদি বৈকুণ্ঠদসু লৈতে, যোগীশিংগী থম্মোইদসু লৈতে, ঐনা লেংদনা লৈবদি কৃষ্ণ ঐগী নাম স্মরণ কীর্ত্তন তৌদুনা নিংজরিবা শোঞ্জরিবা মফমদুদা লেংদনা ঐ লৈ থংউ।

শ্রীমদ্ভাগবত দশম স্কন্ধ অধ্যায় ৩১ গোপী গীত, লাইরক থিরবা পাঙজদ্রবা ননাইবা থৌরাংজরি (ফোংজরি)। মসিনা খ্বাই মীয়াম ইচিন-ইনাও ওইবা (ব্রাহ্মণ) শিংগী খরদং মতেং ওইগনি খঙ্গরুদুনা মথিক নেম্বনা থা লাম্বগুম হোৎজখিবনি।

গোপী গীত হায়বসি ভক্তি অঙ্গ ফংজদুনা মধুর প্রেমরস ফংনবা তাংখ্রবা অমদি সংসংলবা অধ্যায়নি। শ্রীমদ্ভাগবত টীকাকার য়াম্না লৈখরে, অদুবু ভক্ত প্রবর গোস্বামি শ্রীরাধাবিনোদগী ভাগবতামৃত বর্ষিণী টীকানা য়ুক্ষম ওইরগা ইজবনি। হায়রিবা অসিদা হায়রম্লিবা অসিগা মান্নবদি অমা উজদ্রি, সাকার রূপ শ্রীগোবিন্দগী সেবাদা পুক্লিং সেবা চিংশিনবি। অতৈশিংদি বেদগী শ্রুতিগী অরুবা কয়ানা অমদি নিরাকার ব্রহ্মগী মরমদা পাক-চাওনা বর্ণন তৌই, অদুবু মরম অসিনা ননাইদি পাঙজদবনিনা পাক-চাওখ্রবা শ্রীরাধাবিনোদ গোস্বামিগী টীকা অসিদি ঐগুম্বগী ইতিক ওইদবনা অখংবা কয়াশিং-দগী শিক্ষা ফংজরগা হোৎনজবনি ফোংদোকচবনি।

লাইরিক অসি ওইনবগী শক্তমদা শ্রীবিঃ ভুবনেশ্বর দেব শর্ম্মা মাতুলনা মশক শেমদুনা অরাবা থিদনা ভেংবাংবিখি। ওঝা থাংজম দশরথ সিংহ লাইরিক হায়বনা পায়ার ভাষা বাঙ্গালী লোনগী মুংগী অরুবা মরোল কয়া, অমদি অজ্ঞা শ্রীতখেনচংবম গুনবা দেব শর্ম্মা গায়কনা ঈশৈগী মরম, গুরু লৈশাংথেম ঢাকা সিংহ, গুরু নিংথৌজম শ্যামচান্দ সিংহ, গুরু লৈমপোকপম লাকপতি সিংহ, পঞ্জখিবা গুরু-শিংনা মখল কয়াগী শক্তম ফোংদোকপিরকুনা মতেং ফংহনবিখি। অসিগুম্ববা শক-লাইরবা কয়াগী মতেংদগী ফোংবা গুমহনবসিগীদমক শ্রীগোবিন্দজীগী চরন্দা হন্না হন্না প্রার্থনা তৌজরি।

শ্রীব্রজবিহারী দেব শর্ম্মা, শাস্ত্রী

# শ্রীমদ্ভাগবতম্ গোপী গীতম্

মঙ্গলাচরণম্—

চিন্তামণি প্রকর সদ্ম সুকল্প বৃক্ষ,
লক্ষা বৃত্তেষু সুরভি রভি পালয়ন্তম্।
লক্ষ্মী সহস্র শত সংভ্রম সেব্যমানং,
গোবিন্দ মাদি পুরষং তমহং ভজামি॥ (ব্রহ্ম সংহিতা)

ভাগবত—

পাদৌ যদীয়ৌ প্রথম দ্বিতীয়ৌ তৃতীয় তুর্য্যৌ।
কথিতৌ যদূরঃ নাভিস্তথা পঞ্চম এব ষষ্ঠো।
ভূজান্তরং দ্বৌ যুগলং তথান্যৌ কণ্ঠস্তু রাজন্
নবম যদীয় মুখারবিন্দং দশম প্রফুল্লম্।
একাদশ যস্য ললাট পট্টং শিরস্তু যৎ।
দ্বাদশ মেব ভাতি শ্রীমদ্ভাগবত স্বরূপম্॥
তমাদি দেবং করুণং নিধানং তমাল বর্ণং সুহিতা বতারম্।
অপার-সংসার-সমুদ্র-সেতুং ভজামহে ভাগবত স্বরূপম্॥
গঙ্গৈব স্বর্গং মর্ত্ত্যং পাটালং পুনাতি॥ (পদ্ম পুরাণ)

বঁশি সমর্পনম্—

বঁশি বিভূষিত করান্নব নিরদা ভাৎ,
পীতাম্বরা দরুণ বিম্বফলোঽধরোষ্ঠাৎ।
পূর্ণেন্দু সুন্দর মখাদরবিন্দ লোচনাৎ,
কৃষ্ণাৎপরং কিমপি তত্ত্বমহং ন জানে॥

মন্তব্যঃ—স্বর্গলোকে ব্রহ্মা বক্তা স এব নারদ পৃচ্ছকঃ
শ্রোতারঃ বহবঃ দেবাঃ পুনাতি।
ভূমৌ শুক বক্তা পরীক্ষিৎ পৃচ্ছকঃ
শ্রোতারঃ বহবঃ পুনাতি।
পাতালে শেষঃ বক্তা ব্রহ্মপুত্রাঃ পৃচ্ছকঃ
অন্য-পাতাল-জনাঃ শ্রোতারঃ এব পুনাতি।
ইত্যেবং শ্রীমদ্ভাগবতস্য কথাং ভাগিরথি তত্তে,
শমিক ঋষিঃ শৃঙ্গমুনেঃ সংতপ্তং দোষং
মোচনার্থং শুকঃ পরীক্ষিতং কীর্ত্তযতি॥
ওঁ ইতি অস্যৈব মহতো ভূতস্য নিশ্বাসিত মেতৎ
ঋগ্বেদঃ সামবেদঃ যজুর্ব্বেদোহথর্ব্ববেদঃ॥
তদাহ—শ্রবণেচ্ছা তু পুণ্যৈর্বিনা নোৎপদ্যতে। ইত্যর্থঃ।
সর্ব্ব শাস্ত্রেভ্যঃ শ্রেষ্ঠং শ্রীমদ্ভাগবতং নিত্যমেতদেব-
শ্রোতব্য মিতি॥

---

স্বর্গ লোক্তা ব্রহ্মানা নারদদা তম্বিখি, লাই মম্নাম্না তাখি। পুন্নমক কুঞ্জ ফংখি। পৃথিবীদা (গঙ্গা মপান্দা) শুকদেবনা পরীক্ষিৎ নিংথৌদা, পাতালদা অনন্ত ভগবাননা ব্রহ্মাগী মচা সনক সনন্দ সনাতন সনৎ কুমারনা তাখি, পাতালদা লৈবা মীপুম কয়ানা তাখি, অসিগুম্বা ভাগবতবু শমিক ঋষিগী মচা শৃঙ্গিনা, নিংথৌ পরীক্ষিৎনা শমিককী গুকশমদা তক্ষক কৌবা লিন অশিবা য়ানশনবা উবদা লিন অসিমক্তা ওঁসিদগী মুমিৎ ৭নি শুবদা চিক্কুনা শিরো হায়বা শাপ অসি শমিক ঋষি মপানা ধ্যান লোইহুনা মমিৎ পাওলকপদা *

## শ্রীমদ্ভাগবতম্

(ক) পূর্ব্বৈঃ হনুমচ্ছঙ্কর চিৎসুখাদিভিঃ সারতঃ
সারেণ যাথাতথ্যেন সংনিষেবিতং ব্যাখ্যাতম্।
তদুপস্পৃষ্টং তৈরুপস্পৃষ্টম তাস্বম্।
সুগমত্বাৎ ন ব্যাখ্যাতম্ শেষে ধরস্বামী।
ততঃ বংশীধরী বিশ্বনাথ স্বিতার্থ মায়াপুর-
খগেন্দ্র রাধাবিনোদাঃ এতে হি ভাগবতাঃ॥

---

*তাবদগী কনাদনো নংনা শাপ তৌখিনতু? শাপ হন্দোকউ হায়রবদা মপা মচা চতুনা নিংথৌ পরীক্ষিৎকী মফমদা হায়জকবদা ননাই ঐদি ফংঙমদ্রব। ব্রহ্ম শাপ অতু থাদোকপা ঙমজববোই, য়ারক্রবদা মচা জনমেজয় নিংথৌ অভিষেক তৌনম্লগা (অনশন ব্রত) তৌদুনা প্রাণ থাগনি তৌরম্বদগী মগুণ লৈরবা চহি লিশিং লিশিং পুন্সরবা মুনি খিবিক্কী মমাংদা চংজবকপাদগী শুকদেব কৌবা ব্যাসগী মচানা পরীক্ষিৎ নিংথৌগী মফমদা ওঁ হায়বনা হৌখ্রবা ঋগবেদ, যজুর্ব্বেদ. সামবেদ ১সুং অথর্ব্ব বেদ ৪গী মশক ওইবা শ্রীমদ্ভাগবতপু নুমিৎ ৭গী মনুংদা লোইনা তাহনখি। অস্মুম্না শুকদেব বক্তা, পরীক্ষিৎ শ্রোতা ঋষি পুম্নমক শ্রীকৃষ্ণ ফংখি। ভাগবত তাবদি পূন্নগী থৌজাল য়াওদনদি ব্যাসদেবগী পুরাণ ১৮গী মনুংদগী অখোইবা ওহববা কলি জীবশিংব লানবিনবা ওইবা শ্রীমদ্ভাগবতবু তাগনি। পূণ্য ফংদুনা শ্রীকৃষ্ণগী চরণ সেবা ফংননবা শান্ত-দাস্য-সখ্য-বাৎসল্য অমদি মধুর প্রেমদা চংজদুনা শ্রীরাসলীলা সেবা তৌগনি।

(ক) শ্রীমদ্ভাগবতকী মুংগী অথুপ্পা অর্থ মমাংচত্তা হনুমান অমদি মহাদেবনা পুক্রিংগী মুভাইবা ফংজরক্তুনা মরু মরু ওইবা তাৎপর্য্য কয়াগুব্যাখ্যা তৌরমখ্রে, অরাইবা কয়াদি লাইনা থম্বিরম্মি, মথংদা শ্রীধরস্বামীনি অহুগী তুংদা বঁশীধরি বিশ্বনাথ অম্বিতার্থ মায়াপুর খগেন্দ্রনাথ রাধাবিনোদ গোস্বামী কয়ানা ভাগবত ষট্ সন্দভ শ্রীজীব গোস্বামী টীকাকার কয়ানা পাক শন্না ব্যাখ্যা তৌবিরম্বনা লোইবা লৈত্রবা শ্রীকৃষ্ণগী তত্ত্ব কয়ানা পুল্লবা শ্রীমদ্ভাগবতনি।

ব্রজগোপীশিংনা কাত্যায়নী (দুর্গা) পূজা কৎচবদগী আশ্বিনগী পুর্ণিমাদা কুঞ্জরাস লীলা শায়খ্রে। মথংদা কৃষ্ণ চতুর্দ্দশীদা যমকিতা শম্থীগী তেঙ্গোৎতা মীগী থাউমৈ থান্দুনা হৈকক পানা লোঙ্গননা থোঙ্গাল্দা যম দেবগী পূজা তর্পণ কৎপা লোমখ্রে। অমাবস্থা তিথিদা দিপান্বিতা শ্রীরামচন্দ্রনা রাবণ বধ লোইরম্বনা অযোধ্যা পুরদা হল্লকখিবা মুমিত্তা প্রজা পুম্নমক্না হরাওদুনা য়ুমথোং খুদিং, থোঙ্গাল খুদিং ঘট লাতুনা লৈ পরেং খিবিক, কবোক অফাবা, লৈ খুজোক কয়ানা শ্রীরাম সীতানচিংববু পূজা কৎখি। অম্মুম্না অহিং চুপ্পা, অলক্ষ্মীবু তাম্থোকপ্রগা লক্ষ্মী পূজা কৎখি।

১। তৎ শুক্ল প্রতিপদি—গোবর্দ্ধন মহোৎসবঃ।

২। দ্বিতীয়ায়াং—ভ্রাতৃ ভোজনং।

৩। তৃতীয়ামারভ্য নবমী পর্য্যন্তং—শ্রীগোবর্দ্ধন ধারণং।

৪। দশম্যাং —বিস্ময় কথা বাহুল্যম্।

৫। একাদশ্যাং—গোবিন্দা ভিষেকম্।

৬। দ্বাদশ্যাং-ব্রত পালনম্। ৭। ত্রয়োদশ্যাং—বরুণ লোক গমনং।

৮। পুর্ণিমায়াং—মহারাস, ইত্যেবং কৃষ্ণেন ধর্ম্ম পালনং কৃতম্॥

দ্বিপান্বিতাদা—অলক্ষ্মী তান্থোক্তুনা লক্ষ্মী পূজা তৌগ্রে।

১। কার্ত্তিক থাগী নোংমা পানবদা—গোবর্দ্ধন পূজা তৌখ্রে।

২। দ্বিতীয়াদা ভ্রাতৃ দ্বিতীয়া মুমিং অসিদা—মচে, মচন লৈবনা যুমদা চাক চারবদি পঞ্চ পাতক পাপ মডা কংই হাঙ্গত্থুনা যম দেববু মচন মুপী যমুনানা চাক কৌথি ম্নারী অসি লিরম্থুনা গোপশিংবু যমুনা মপান্দা বন ভোজন তৌথি।

৩। তৃতীয়াদা—ইন্দ্র পূজা চহি থুদিং তৌরম্বা তোক্লগা গোবর্দ্ধন পূজা তৌখি হাঙ্গবদগী নোং-মুংশিং, অথাক-অরাও, বজ্র থাদরক্তুনা ইন্দ্ররাজনা প্রলয়গুম তৌরক্লবদা নবমীনা লোম্বা-কাও শ্রীকৃষ্ণনা গোবর্দ্ধন ধারণ তৌত্থুনা বৃন্দাবন পুম্বা কনখি।

৪। দশমীদা—বৃন্দাবন বাসীশিংনা কৃষ্ণ লাইনি হাঙ্গনা ভাংনখ্রে।

৫। একাদশী তিথিদা—শ্রীশ্রীগোবিন্দ অভিষেক তৌথি।

৬। দ্বাদশী তিথিদা—নন্দ মহারাজনা ব্রত পারণা পুং শোইথি-গনি থন্দুনা অহিংদা যমুনা স্নান তৌরুবদগী বরুনগী মনাইনা নন্দ নিংথৌ কাত্থুনা পুখ্রববু কৃষ্ণনা চত্তুনা (লেংত্থুনা) মপাবুং লৌরুরগা দ্বাদশী পারণা কাঙ্গহনখিদে।

৭। চতুর্দ্দশীদা—নন্দরাজবু পুরগা ব্রহ্মহ্রদ দর্শন তৌহনখি।

৮। পুর্ণিমাদা—শ্রীবৃন্দাবনগী শ্রীরাস মণ্ডলদা মহারাস শান্নখি।

অম্নুম্না ভাগবতগী ১০/২৯ শুবা অধ্যায়দা গোপীশিং কৌরত্থুনা রাস শান্নখি। ১০/৩০ শুবা অধ্যায়দা ব্রজগোপীশিংনা শ্রীকৃষ্ণ থিবা লোমখ্রে।

(ক) ঐশ্বর্য্যস্য সমগ্রস্য বীর্য্যস্য যশসঃ শ্রিয়ঃ।
জ্ঞান বৈরাজ্ঞয়ো র্ষণ্ণাং ভগ ইতি স্মৃতঃ ॥

(খ) ভগবানপি তাঃ রাত্রি শারদোৎ ফুল্ল মল্লিকাঃ।
বীক্ষ্য রন্তুং মন শ্চক্রে যোগমায়া মুপাশ্রিতঃ ॥ ভাঃ ১০/২৯/১

(গ) নিশম্য গীতং তদনঙ্গ বর্দ্ধণং ব্রজস্ত্রিয়ঃ কৃষ্ণ গৃহীত মানসাঃ।
আজগ্মু রন্যোন্য মলক্ষিতোদ্যমাঃ
স যত্র কান্তো জবলোল কুণ্ডলাঃ ॥ ভাঃ ১০/২৯/৪

---

(ক) সমগ্র জগৎকী ঐশ্বর্য্য-বীর্য্য-যশ-শ্রিঃ-জ্ঞান অমদি ফংঙমদ্রবা বৈরাজ্ঞ ৬ না পুল্লপ তিনববু ভগ কৌই, মথাদা বতুপ্রত্যয় তৌরগনি, ভগবান হাঙৈবদি নন্দরাজগী মচা কৃষ্ণতনা ষড়ৈশ্বর্য্যনি থংগনি।

(খ) ঐশ্বর্য্য তরুক্লা পরি পুর্ণ ওইরবা ভগবানস্নু শরৎকী ফজনা শাৎলবা মল্লিকা, থম্বাল, থরোনচিংবা লৈ মথল কয়াগী রাত্রিবু উরগা রসময় মধুরলীলা রাস শান্নরগে খন্দুনা যোগমায়াদা পংহনখ্রে।

(গ) বংশীবট রাস মণ্ডলদা লেংশল্লবা শ্রীকৃষ্ণনা সনানা শারবা বঁশিদা কামবীজ হাপ্তুনা গোপীশিংবু মথং ২ খোংলকপা (কৌরকপা) গীত (খোঙ্গেল) তারগা অমুক হৌমবা লৈতবা· ঐনা হান্না শ্রীকৃষ্ণ ফংলুরগে খন্দুনা মান্না থুনা কুণ্ডল নাইননা হাইবগী তানগা লোঙৈননা শ্রীকৃষ্ণনাক্লা লাকখরে গোপী পুন্নমক।

(ঘ) গোবিন্দ দাস কবি শ্রীজীব গোস্বামি—
জগ্মুবিতি বক্তব্যো আজগ্মুরিতি বদন্‌-
শ্রীশুক শ্রীকৃষ্ণ স্যান্তিকস্থ মিব আত্মানং মন্যতে স্মঃ ॥
ইতি অন্বিতার্থ ভাগবতে।

(ঙ) তথাহি—সেই মহাভাব হয় চিন্তামণি সার।
কৃষ্ণবাঞ্ছা পুর্ণকরে এইকার্য্য যারে।
মহাভাব চিন্তামণি রাধা স্বরূপ।
ললিতাদি সখী তারে কায়ব্যূহরূপ ॥

---

(ঘ) শ্রীজীব গোবিন্দ দাস সিদ্ধ দেহনা শ্রীরাসলীলা সেবা ওইজরকপদা ফংজখ্রে। বঁশি খোঙ্গেল তারবদা গোপীশিং শ্রীকৃষ্ণগী নাক্তা চংখ্রে হাঙ্গবসি হাঙ্গকম খোল্লবদা, লাকখ্রে হাঙ্গবসিনা শ্রীশুক দেবগী সিদ্ধ দেহনা শ্রীকৃষ্ণগী শ্রীচরণ নাক্তা রাসলীলা থোগজখ্রে, হাঙ্গবসিমক অন্বিতার্থ ভাগবতনা বর্ণন তৌখ্রে, হাঙ্গবসিনা ভাগবত তারিবা মতোমতা নত্তনা বর্ণন তৌরিবস্মু শ্রীকৃষ্ণ ফংখ্রে হাঙ্গবনা শ্রীশুকদেবনা হান্না কৃষ্ণ ফংখ্রে হাঙ্গবসি খংলে। অসিনা ভাগবতনা "বক্তারং শ্রোতারং পৃচ্ছকং ত্রীন্‌ পুনাতি" রাধাকৃষ্ণগী মধুরলীলা তাবদা সাধ্য ভক্তিগা লোঙ্গননা সিদ্ধ দেহনা তাজগদবনি খংহল্লি। মসিমক চৈতন্যচরিতামৃত মধ্যলীলা ৮ পরিচ্ছেদা রায় রামনন্দনা প্রভু চৈতন্যদেবদা হঙ্গংচখ্রে।

(ঙ) হে কৃপা সিন্ধো প্রভু! শ্রীকৃষ্ণগী অথোঙ্গবা পরম প্রেমগী মচি মরু ওইববু মহাভাব কৌই, মহাভাব কনামত্তদা লৈতে, শ্রীমতি

(চ) তথাহি—তন্ত্র প্রকাশে—

নেত্রে চ ললিতা দেবী আর শ্রীরূপ মঞ্জরী।
কর্ণে চৈব বিশাখিকা আর শ্রীরতী মঞ্জরী॥
মুখে চিত্রা তথা চৈব আর রস মঞ্জরী।
নাসায়াং চম্পকলতা আর অনঙ্গ মঞ্জরী॥
সর্ব্বাঙ্গে তুঙ্গবিদ্যা স্যাৎ আর গুণ মঞ্জরী।
উরুণ্ঠে রঙ্গদেবী স্যাৎ আর লবঙ্গ মঞ্জরী॥
স্তনে চ সুদেবী চৈব আর কস্তুরী মঞ্জরী।
বাহুতে ইন্দুরেখা স্যাৎ আর লীলা মঞ্জরী॥

---

রাধাতদা লৈবনা ইবেম্মবু "মহাভাব স্বরূপিনী কৃষ্ণবাঞ্ছা পুরায়িনী" হাঙৈরিবনি। মী অদুগী অপাম্বা থুংহনবা মণিবু চিন্তামণি কৌই। চিন্তামণি মহাভাব স্বরূপিনী রাধাগী চরন্দা চংজরবদি কৃষ্ণ ফংজগনি, ললিতানচিংবী সখী রাধাগী দেহদগী পুথোকপনি সেবা লাংজবনি।

(চ) মহাভাবকী শক্তম ওইবী রাধাগী মিত্তগী ললিতা, মঞ্জরীনা রূপ মঞ্জরী। নাকোংদগী বিশাখা, রতী মঞ্জরী। চিনবান্দগী চিত্রা, রস মঞ্জরী; নাতোন্দগী চম্পকলতা মঞ্জরীনা অনঙ্গ মঞ্জরী; থবাক্তগী সুদেবী, মঞ্জরী কস্তুরী। হকচাং পুম্বদগী তুঙ্গবিদ্যা, মঞ্জরী গুণমঞ্জরী। পাম্বোমদগী ইন্দুরেখা, মঞ্জরীনা লীলা মঞ্জরী। কৈগন্দগী রঙ্গদেবী, মঞ্জরীনা লবঙ্গ মঞ্জরীনি। অসুম্না সখীশিং মঞ্জরীশিং থংনগনি।

অসিগুম্না চন্দ্রবলীদগীসু মমিত্তগী অমদি সখী নিপান শৈব্যা-পদ্ম-শ্যামলানচিংবী অমদি মঞ্জরীশিং থংনগনি। মথং মথং গোপী

তথাহি—গোবিন্দলীলামৃতে ১১—২২ শ্লোকে—

(ছ) কা কৃষ্ণস্য প্রণয়জ নিভূঃ শ্রীমতী রাধিকৈকা।
কাস্য প্রেয়স্যনুপম গুণা রাধিকৈকা ন চান্যা॥
জৈহ্ম্যং কেশে দৃশি তরলতা নিষ্ঠুরত্বং কুচেহস্যাঃ।
বাঞ্ছা পূর্ত্ত্যৈ প্রভবতি হরেঃ রাধিকৈকা ন চান্যাঃ॥

---

চৌষষ্ঠী (৬৪) ওইখিবনি (চৌষষ্ঠী গোপী সঙ্গে রাস লীলা। গোপী সঙ্গে রঙ্গে প্রেম সেবা করে)। রামানন্দনা থৌগঞ্জখ্রে। (রাধা কৃষ্ণ কুঞ্জ সেবা সাধ্য সেই পায়। সেই সাধ্য পাইতে নাহিক উপায়)। শ্রীচৈতন্যদেবনা (লব মাত্র সাধু সঙ্গে সর্ব্বে সিদ্ধ হয়) আত্মাগী সিদ্ধ সাধ্য খিবিকশু মনাই সনাংনদা তম্বিখ্রে।

(ছ) শ্রীকৃষ্ণগী প্রেমগী পোক্লফম কনানো? শ্রীরাধিকা মতোমতনি, কৃষ্ণগী চান্নবী চাংদমনিঙাই লৈতবী গুণ পুবী কনানো? শ্রীরাধিকা মতোমতনি কনা অতোপ্পা নত্তে। রাধাগী খোই খোইবা শমদা অমদি মিত্তা তরু তয়াং তরোইবা, কুচদা কন্নকপা অসিগুম্বা গুণশিং শ্রীরাধিকা মতোমতনি। শ্রীকৃষ্ণগী নিংবা থুংনবগীদমক্তা পুরিবা চাংদমনিঙাই লৈতবা গুণনি, কনামত্তদা ওইদ্রবনি।

পূজ্যপাদ শ্রীজীব গোস্বামি সিদ্ধ সেবাদা চৈতন্যদেবগী কৃপা ফংহনখি ভগবান শ্রীকৃষ্ণ "হ্লাদক" রূপ ওইখি, ইবুঙোদগী হ্লাদিনী স্বরূপ ওইবী রাধা ওইখি। "যয়া হ্লাদতে-হ্লাদয়তি চ সা (হ্লাদিনী) সত্তা রূপোঽপি যয়া তাং দধাতি-ধারয়তি চ সা (সন্ধিনী) রূপোঽসি

যয়া জানাতি চ সা প্রাপয়তি (সম্বিৎ) উত্তরোত্তর গুণোৎকর্ষণে সন্ধিনী-সম্বিৎ-হ্লাদিনী ক্রমো জ্ঞেয়াঃ। মতৌ অসুম্না শ্রীরাধাকৃষ্ণগী তোঙান তোঙানবা স্বরূপ ওইথি।

শ্রীগোবিন্দগী বঁশি গান—ব্রজগোপীশিংগী মমিংশিং অসি হাঙ্গৈহুনা খোংথি মথং মথং কৌথি—শ্রীজীব গোস্বামি—

হে রাধে বৃষভানু ভূপ তনয়ে!

হে পূর্ণচন্দ্রাননে কান্তে কমনীয় কোকিল রবে!

হে বৃন্দাবনেশ্বরী রাধে!

হে মদ্ প্রাণ পরায়নে চ সুভগে!

হে সর্ব্ব যুথেশ্বরী আগত্য ত্বরিতং ত্বমত্র বিপিনে মাং আনন্দয়॥

হে বৃন্দাবন নাগরী গুণনিধে!

হে দামোদর প্রেয়সি!

হে ললিতে প্রিয়সখে প্রাণাধিকে পাহিমাং॥

হে শ্যামে সুভগে স্বভাব চপলে চিত্রে বিশাখে!

হে চন্দ্রাবলি শ্যামলে তুঙ্গবিদ্যে রমে!

হে ভদ্রে সুখদে চ চম্পক লতে-স্বর্ণরেখে স্বচ্ছে।

অন্যাঃ যা মম বল্লভাঃ ব্রজপুরে তাঃ তূর্ণমাগচ্ছতাম্॥ ইত্যেতে।

অসুম্না ব্রজগোপী শ্রীরাধাগী দেহদগী পুথোকথিবী—ললিতা বিশাখানচিংবী সখী ৮। চন্দ্রাবলীদগী পুথোকথিবী – শৈব্যা, পদ্মা, সুভগা, শ্যামলা, রমা, ভদ্রা, সুখদা অমসুং স্বর্ণ রেখা অতোপ্পা ঋষিচরী-মুনিচরী-দেবচরী-গোপীচরী পুম্নমক য়াম্না থুনা লাকলো হাঙ্গৈনা খোংহুনা কৌথি।

(জ) তথাহি—অত এব গোপী ভাব অঙ্গিকার।
রাত্রি দিনে চিন্তে রাধাকৃষ্ণের বিহার।
সিদ্ধদেহ চিন্তি করে তাহাই সেবন।
সখী ভাবে পায় রাধাকৃষ্ণের চরণ॥

(ঝ) পূর্ব্বরাগঃ—রতি র্যা সঙ্গমাৎ পূর্ব্বং দর্শন শ্রবণাদিজা।
তয়ো রুন্মীলতি প্রাজ্ঞৈঃ পূর্ব্বরাগঃ—স উচ্যতে॥
গোবিন্দলীলামৃতে ১ অঃ

তথাহি—পহিল হি রাগ নয়ন ভঙ্গ ভেল,
অনুদিন বাঢ়ল অবধি না গেল।
না সো রমণ না হাম রমণী,
দুহু মন মনো ভব পেষল জানি।
এ সখি! সে সব প্রেম কাহিনী,
কানু ঠামে কহ বি ছিছুরণ জানি॥

---

(জ) হে দয়াময়! অহিং নুংথিল অনিদা শান্নরিবা ইবুঙো ইবেম্মগী লীলা সখী ভাবতা য়াওগনি সিদ্ধ দেহনা মঞ্জরীনা সেবা চংজগনি, অমুম্মা গুরু-রূপা মঞ্জরীনা শ্রীরাধাগোবিন্দগী লীলা য়াওজগনি হাঙ্গিবসি রামানন্দনা প্রভুগী শ্রীচরন্দা হঙ্গৎচখি।

(ঝ) ঈশৈ অসি শ্রীরাধানা দুর্জ্জয় মানগী লোমগ্রবা কলহান্তরিতাদা থাংবা ওমত্রবা উৎকণ্ঠদা পূর্ব্বরাগনা দুতী সখীদা হাঙ্গখি। হাঙ্গিবাদ প্রেম হাঙ্গিবসি পূর্ব্বরাগদগী ওইবনি তাকই।

অরোম্বা ওমখৈ লৈতে ঐ মাগী গৃহিনী ওইদে, মানম্ব ঐগী পতি ওইদে। অনিগী পুন্নিংবু কামনা তিনশিন্নখরে থংলে; হে ইতা! 'সিগুম্ব প্রেমগী রারম কৃষ্ণগী মফমদা তশ্বিয়ুকে কাওথ্রমাল্লে মাদি।

(এ) শুন হে দয়িত ব্রজে জনমে তোমার।
ব্রজের সমৃদ্ধি সুখ অপূর্ব্ব অপার॥
শুন শুন প্রাণপতি আনন্দে ইন্দির সতী
তোমা লাগী ব্রজভূমে করেন বিহার।
কিন্তু হায়! গোপীকার, দুঃখের নাহিক পার,
তোমার বিরহ তাপে তপ্ত অনিবার॥
দেখ হে প্রাণের প্রাণ, তোমাতে ধরিয়া প্রাণ
তোমার গোপীকা তোমার খুঁজে চারিধাম॥

---

(এ) তাবিয়ু হে ব্রজগী মবুঙো! শ্রীবৃন্দাবন্দা জন্ম ওইবিবনা ব্রজগী থোঙ্গদোক্না নুংঙাইবগী চাওখৎপনি, তাবিয়ু হে থৱাইগী থৱাই ওইবা শ্রীকৃষ্ণনা জন্ম ওইবা বৃন্দাবনবু কংজবদা লক্ষ্মীনা নুংঙাইজরি। অদুবু ব্রজ গোপীদি শ্রীকৃষ্ণ কাঙ্গনবগী মৈচাক কোকপা ফংজদ্রে, কনথ্রেদা শ্রীকৃষ্ণগী প্রেম কনানসু খাংবা ভমলরোই রেংবিয়ু থৱাইগী থৱাই ওইবা ব্রজ গোপীনা দেহবু পুত্থনা হিংজরিবদি কনামত্তগী নত্তে শ্রীকৃষ্ণগীদমক্তনি, লেংথোকপিরক্লো দর্শন পিনবিরো;

*অসুম্না রাস হৌখ্রে, মথংদা কৃষ্ণ অন্বেষণ তৌখ্রে। হৌজিক্তি গোপী গীত লাক্লে।

# গোপী গীতম্

## দশম স্কন্ধঃ একত্রিংশোঽধ্যায়ঃ

শ্রীগোপিকা উচুঃ।

জয়তি তেঽধিকং জন্মনা ব্রজঃ শ্রয়ত ইন্দিরা শশ্বদত্র হি ।
দয়িত দৃশ্যতাং দিক্ষু তাবকাঃ ত্বয়ি ধৃতাসবঃ ত্বাং বিচিন্বতে ॥ ১ ॥

অন্বয়ানুবাদ। শ্রীগোপীকাঃ উচুঃ = গোপীশিংনা হাঙ্গজখি, দযিত = প্রাণ কোটিদগীসু তেন্না চান্নববা অথোঙ্গবা, তে = ইবুঙোনা, জন্মনা = ব্রজভুমি অসিদা পোকপিবনা, অধিকং = হেল্লিবনি, হাঙ্গবদি ব্রজভুমি অসে নহাক্না পোকপিবদগী বৈকুণ্ঠ লোক্তগীসু হেল্লবনি, জয়তি = থোইদোকনা অহেনবা মশক ওইরে, ইন্দিরা = লক্ষ্মীনা হাঙ্গবদি সম্পত্তি পুম্নমক্কী তুংনফম ওইবী লক্ষ্মীনা, অত্রঃ = ব্রজ অসিদা, শশ্বৎ = অতৎ অথম লৈতনা, শ্রয়তে = ব্রজ অসিদা সেবা তৌত্তুনা লৈরিএ, কিন্তু হা ! = অরাবদি অঙকপনি, ত্বয়ি = ইবুঙো নহাক্কী মফমদা গৃহস্থিশিংগী ওত্তবা পুম্নমকপু থাদোকলম্নগা নহাক্কী-দমক্তা, ধৃতাসবঃ = ইন্দ্রিয় ধারণ তৌরিবা, তাবকাঃ = প্রাণনাথগী ওইবা ননাই গোপীশিংন, দিক্ষু = মাইকৈ পুম্নমক্তা, ত্বাং = ঐথোঙ্গগী জিবিকা ওঙ্গরিবা ইবুঙোবু, বিচিন্বতে = কোঙ্গনা থিজরি মরমসিদগী, দৃশ্যতাং = থাঙ্গেশেংনা (উহনবিরো) ফংহনবিরো। ১

---

শ্রীকৃষ্ণ কাঙ্গনরবা ব্রজরমণী অমসুং শ্রীকৃষ্ণগী থোঙ্গনা চান্নরবী শ্রীরাধিকাগা লোইননা শুক্ল-নমলবা বনদগী যমুনা মপান্দা লাকখ্রে, যমুনাগী মপান থোঙ্গনা পাক-চাওই, শরৎ কালগী ফজরবা থোঙ্গনা

হেন্না লংলবা মঙালনি, মথল কয়াগী উচেক্কী মখোল, থম্বালনচিংবা অমদি ঈশিংদা হোৌবা লৈ কয়া, ময়াঈ কারবা থোঈমুশিংগী মখোন, মথল কয়াগী উ পাম্বী মচা কয়া, তপ্পা লিরি শিংপা নুংশিংনা সেবা তৌরিবা অমস্তুং থরো থম্বাল কয়ানস্থু ফজরিবা মফমনি। হাঈরিবা মফম অসিদা লৈরিবা শ্রীকৃষ্ণ কাঈনরবী ব্রজরমণীশিংনা ইবুঙোগী শ্রীরূপ অহ্নবু স্মরণ তৌরহুনা অমস্তুং নিংবা কাঈরবী গোপীশিংগী মফমদা ফজবা রূপ অহু ফোংদোকপিয়ু। পুম্নমক্না পুক্লিংদা থনপি, ঐখোঈনা ফজরবা যমুনা মপান অসিদা নিংজবা পুম্নমক লোঈনা কাঈরবনি, অনিংবা অসিনা ইনসিল্লক্লবা নিংবা কাঈরবা থম্মোইদা অনৌবা ভাব রাগ রাগিণী মুঙাইখ্রবা অমা ফাওরক্লে, মসিমক মতম অসিদা শ্রীকৃষ্ণতবু খঙ্গরিবী ব্রজরমণীশিংনা মখোঈগী প্রাণবল্লভতবু নিংহুনা মথল মথা অয়াম্বা প্রার্থনা তৌজহুনা, হংল-হংলহুনা কোঈনা চত্তুনা থিরথিরহুনা, হা প্রাণনাথ! হা গোবিন্দ! কৌর কৌরহুনা কোঈথি থিজরুরে মহারাজ পরীক্ষিৎ।

ব্রজরমণীশিংনা যমুনাবু তুংওইনরম্নগা, যমুনা মপান্দা লৈরিবা বনশিংদা মাইওক্লনা শ্রীকৃষ্ণবু থিবা হোৌরক্লে, পুক্লিংদা খল্লকই। মরমদি মখোঈনা মতম অসিদা যমুনা রোমদা ওনশিন্দুনা ফমথরে। অহুম ওইনমক কানন ভুমি বন অহুদগী থোক্লকপদি উবা ফংথিদবনি তৌইগুম্বস্তুং মখোঈনা যমুনাদগী খুদক্তা হোৌগৎলগা, মপান অহুদা (তোয়োথিস্তং তৎ পুলিনং সৈকতং সিকতাময়ং—অস্থুম্না অমরনা হাঈবি) ফম্নগা মখোঈগী মমাংদা যমুনাগী লৈঙোই অহুগী মথক্তা মশিং নাইদনা উগী পংতি (পরে') কয়ানস্থু ফজরিবা বনগী মফমনি।

(খ) কৃষ্ণৈকগম্যো বাগর্থো যাসাং লেখিতুমিষ্যতে।
জ্ঞাত্বাপরাধং দেবস্তাং ভক্তিং তন্বন্তু মে নিজাং॥
(মসি বৃহদ্বৈষ্ণবতোষণী টিকাদা হাঈবনি)

(গ) কৃষ্ণৈকগম্যো বাগর্থো যাসাং লেখিতুমিষ্যতে।
তা এব করুনাময়ঃ স্বীকুর্বন্তু মদাগ্রহং॥
(ইতি লঘুতোষণী টিকাদা হাঈরি)

---

ব্রজরমণীশিংনা মতমতদা প্রার্থনা হাঈজবি, মখোঈদি প্রাণবল্লভকী মহি চেল্লবা থম্মোইনি শোঈদ্রবনি অমসুং মহাক্না (কৃষ্ণনা) মখোই পুন্নমকী মফমদা লাক্লবদি শোঈদনা অরাবা অদু কোক্লগনি।

শ্রীভাগবতকী দশম স্কন্ধ ৩১ শুবা অধ্যায়দা, ২৯ শুবা অধ্যায়দা শ্রীকৃষ্ণগা কাঈনবা ব্রজরমণীশিংগী প্রার্থনা অদু বর্ণনা তৌরি। গৌড়ীয় বৈষ্ণবাচার্য্য শ্রীপাদ সনাতন গোস্বামি অমসুং শ্রীপাদ জীব গোস্বামীগী টিকাদা উব ফংগনি হাঈনা পুক্নিংদা থল্লি ব্রজরমণীশিংগী সিগুম্ব প্রার্থনা অসে থম্মোই শোকপা থোঈদোক্না অরাবা অমনি।

(খ) কৃষ্ণতবু অথোঈবনি খল্লিবী ব্রজরমণীশিংগী প্রার্থনা বাহৈ অসিনা খংহল্লিবদি মখোঈগী প্রাণবল্লভ শ্রীকৃষ্ণতবু খংনরিবনি। অদুমক্তি ঐনা অদুগুম্বা মহাক্কী ব্যাখ্যা অদুদা চংশিল্লিবনি চৎনব, ভক্তি অসিদি লাম্থোকই পিথোকই।

(গ) শ্রীকৃষ্ণপ্রেয়সী কৃষ্ণতনা মখোঈবনি খল্লিবী গোপীশিংনা হাঈরিবা বাদি অমত্র, ভাইরবা মখোঈগী প্রাণবল্লভ কৃষ্ণতবু খংই। অদুম ওইনমক ঐনা অদুগুম্বা মখোঈগী ব্যাখ্যা অদুদা চংশিল্লিবনি,

(ঘ) ততআরভ্য নন্দস্য ব্রজঃ সর্ব্ব সমৃদ্ধিমান্।
হরের্নিবাসাত্ম গুণৈ রমাক্রীড় মভূন্ নৃপ ॥ (শ্রীভাগবতম্)

---

মসিদা অসিগুম্বা তোল্লবী ব্রজরমণীশিংনা অমত্তা ঙাইরব। শ্রীকৃষ্ণতবু নিংজরি ঐশ্বোঙ্গী মাং অসিদা থোজানগী মিৎয়েং অদু উহনবিরো পিনবিরোগবা হে কৃষ্ণ ! অসিনি।

শ্রীকৃষ্ণতনা অথোঙ্গবনি খঙ্গরিবী ব্রজরমণীশিংনা তোল্লবীনি খংহন্দুনা প্রার্থনা তৌরহুনা হাঙ্গজখিবনি মহুদি—হে দয়িত ! —হে চানরবা ! নহাক্লা মফম অসিদা পোকপিবদগী ব্রজভূমি অসি মথল কয়াগী সম্পত্তিগী তুংনফম ওইরবনি। মফম অসিদা করিগুম্বা মথলগী অয়াংপা করিস্থ লৈখিদরে, পুম্নমক অপেনবা অমসুং মুঙাইবা ওইহুনা চিংনবা লৈতনা পুন্সিসি লেপ্তারিবনি। নহাক্লা পোক্লিবৈ মমাংদা পৃথিবী অসিগী করিগুম্বা মফমদা অসিগুম্বা সম্পৎ অসি লৈরমদবনি। হৌজিক অসিদদি অতোপ্পা সম্পত্তি কয়া কয়া উবক্লে, মসি ফোংদোক্লা থংনরক্লে, সম্পত্তিগী মপু ওইরিবী ইন্দিরা লক্ষ্মীনা অসিগুম্বা ব্রজ ভূমিদা বিরাজ ওইররে। ব্রজ বৃন্দাবন মুঙাইবা ফজবা কয়ানা শিনথুংলরে। বৈকুণ্ঠদসু শ্রীনারায়ণগী শ্রীপাদ সেবাদি ঐতগীনি হাঙ্গহুনা ফংভরি। ইন্দ্রগী স্বর্গদসু লক্ষ্মীনা থোগল্লি, মত্ত্য ধামগী য়ুমথোং কয়াদসু পূজা কৎচরি মুঙাইহল্লি।

শ্রীকৃষ্ণ পোকপদগী হৌরহুনা ব্রজভূমি অসি চাওখংপা হেক্লংলকপগী রা অসি, শ্রীকৃষ্ণ জন্মোৎসব মতাংসিদা পরহংস শিরোমণি শ্রীশুকদেবনসু বর্ণনা তৌগ্রবনি।

(ঘ) অসুম্না শ্রীকৃষ্ণ পোকপদগী হৌরহুনা নন্দগী ব্রজ অসে মথল

(ঙ) নিষেব্য সরিতাং পত্যুস্তটীং পক্ষিগণা শ্চিরম্।
যৎ পিবন্তি সরস্তোয়ং সৈব লজ্জা মহোদধেঃ॥
(ইতি প্রাচীন শ্লোকঃ)

---

কয়াগী চাওখৎপা মপুং ফাবা ওইরবনি। শ্রীকৃষ্ণগী লৈফম ওইরক-পনা ব্রজ অসে সম্পত্তি পুন্নমক্কী লৈফম ওইরিবী লক্ষ্মী দেবীনা ইবুঙো শোঙ্গদনা বৃন্দাবন্দা লেংবিরক্লগনি, ইবুঙোগী পুর্ণ সেবা থোগনজগে ঙাইরকপনি।

শ্রীকৃষ্ণ প্রেমগী ব্রজরমণীশিংনা হাঙ্গজখরে—হে দয়িত! (দয়িত হাঙ্গবগী অর্থদি থোজানবিবা, চানবি হৈবা, পুন্নমক্কী তুংনফম ওই-বিবা ইবুঙো মহাক্কুবু খংনরিবনি) নহাক্না পোকপিবদগী ব্রজ অসি সম্পত্তি পুন্নমক্কী তুংনফম ওইরিবী দেবী ইন্দিরা, ব্রজধাম বাসি, নর-নারী, পশু-পক্ষি, বৃক্ষ-লতা তুরেন্নচিংবা পুন্নমক্না মুঙাইবা মপুং ফাবা ফংজরিবনি।

(ঙ) সমুদ্র মপান্দা লৈবা উচেকশিংনা থোরাংবা কোক্নন-বগীদমক কোঙ্গনা পাইদুনা পুখ্রিগী ঈশিং থকলুরি, মসিদা মপান নাইদ্রবা সমুদ্রনা থোঙ্গদোক্না ইকাইনিঙাই ওইরিবনি লাল্লগদরনে?

মতাঙ অসিদম্মু মুংশিনবা কাঙ্গনবদা জীবন অদু ধারণ তৌবদা ওইথোক্কবা নত্ত্রে অদুম ওইনমক ঐথোঙ্গনা মতৌ করম্না হিংলিবসি খংবিফম থোক্কবরা? ঐথোঙ্গনা খংই ঐথোঙ্গগী প্রাণ কথোকখ্রব-নিনা কাঙ্গনবগী মৈনা চাকথেকখ্রবম্মু থরাই প্রাণদি লৎনবিগম্মু। অদু নত্রগা কাঙ্গনবগী মৈচাক কিদুনম্মু মৃত্যু অদু লাক্লবদা ঐথোঙ্গগী প্রাণ অসিদদি শ্রীচরন্দা থম্বিয়ু মতম চুপ্পগী ওইনা সেবা ফংহনবিয়ু।

(চ) অকৈতব কৃষ্ণ প্রেম, যেন জাম্বুনদ হেম,
হেন প্রেম নৃলোকে না হয়।
যদি হয় তার যোগ, না হয় তবে নিয়োগ-
বিরহ হইলে কেহনা জীয়য়া।

---

হে দয়ানিধে! কল্লবা কাঙ্গৈনবগী মৈচাক্ন চাকনি কিরন্থনা মৃত্যুগী মশক ওইবা শ্যেনপক্ষিগী মতোউগুম্বা ঐখোঙ্গী থন্নাঙুগী মশক ওইবিবা পিক্লবা উংচকপু গ্রাস তৌদে মসিদা চিংননিঙাই লৈত্রবনি।

(চ) জম্বুনদদা লৈবা সনাদি য়াম্না শেংবনি, হাঙ্গৈবিবা সনা অসি করিগুম্বা ধাতু অমা য়ানশিনত্রবনি, অসিগুম্বা শ্রীকৃষ্ণগী প্রেম মহৌ-শানা বিশুদ্ধনি শেংথ্রবা কৃষ্ণগী প্রেমনি। অসিগুম্বা ঐখোঙ্গী লৈজরিবা থম্মোইগী শেংলবা কৃষ্ণগী প্রেম কনানস্মু মাংঙনবা নমথবা গুম্নরোইদবনি। হাঙ্গৈরিবা অসে নব লোক সংসার অসিদা অতীব দুল্লভ অতাংবনি। অসি নত্রগস্মু "নবা অরে সর্ব্বস্থ কামায় সর্ব্বস্বং প্রিয়ং ভবতি, আত্মনস্তু কামায় সর্ব্বং প্রিয়ং ভবতি" (মসি শ্রুতিনা হাঙ্গৈবনি) কনাগুম্বনা কনাগুম্বা অমবু হেক পেলহনবা ওইথোক্রবনি। প্রেমনা মরম ওইদুনা হাঙ্গৈনরুবা লৈতনা লাঙ্গৈবক্লা তম্বনি থনগদবনি অবস্থা অসি ওইরক্রবদা মুংশিবা কাঙ্গৈনবগী অরাবা থাদোকদবনি, মহুগীদমক্তা চিন্তা থাদোকনি। ব্রজগী রমণীশিংনা মশাগী অপাম্বা লৈত্রবস্মু প্রেমগী সমুদ্রগুম্বা কৃষ্ণ কাঙ্গৈনরবস্মু হৌজিক হিংলি। "ত্বয়ি ধৃতাসবঃ" অমত্তা ঙাইরবা কৃষ্ণ ফংমনবগী রাখন্দা মখোঙ্গ কাঙ্গৈনবগী মৈচাক্না চাক্লবা দেহ থন্নাইদি লৈরি শিদ্রি। অমদি প্রাণদি কৃষ্ণগী চরন্দা কখোক্লে হাঙ্গৈরবস্মু ঐখোঙ্গী থন্নাইদি মাংখিদ্রি।

শরদুদা শয়ে সাধুজাত সৎ সরসিজোদর শ্রীমুষা দৃশা
সুরতনাথ তেহশুল্ক দাসিকা বরদ নিঘ্নতো নেহ কিং বধঃ ॥ ২ ॥

অন্বয়ানুবাদ। সুরতনাথ ! = তিন্নবা প্রেম হাঙ্গৈরিবা অসিগী মপু ওইরিবা, বরদ = অপাম্বা মীথুগী পিবিরিবা, শরদুদা শয়ে = শরৎ কাল মতমদা ওইরিবা পুক্ত্রি অদুদা, সাধুজাত-সৎ-সরসিজোদর শ্রীমুষা = ফজনা ফুগাইনা শাংলবা থম্বাল অদুনা (শ্রীনয়ন থম্বালনা) পুক্রিং তুনা ইংনা নিংথিজনা ফজরবা, দৃশা = অদুগুম্বা মিৎ অদুনা, যা শুল্কদাসিকা = মমল য়াওদনা নমাই ওইজবিবী ব্রজগী রমণী ঐখোঙৈবু, নিঘ্নতঃ = হাৎতোকপিরি, ইহতে = অসিগুম্বা নহাক্কী মতোসে, কিং ন বধঃ = করম্বা মীহাৎনো করম্বা মথলগী থুংলাইনো হাৎপিরিবা অসিবো ? ॥ ২ ॥

---

কৃষ্ণ কাঙ্গৈনরবী ব্রজরমণীশিংনা মতম অদুদা যমুনা মপান্দা শ্রীকৃষ্ণতবু লক্ক তোতুনা তোন্না, নোল্লুরা, ইকাঙ্গৈ মুংশি য়ান্নরনা, প্রার্থনা তৌজরি পুক্রিংনদি থাজদে। মরমদি মতম অমত্তদা গোপ-রমণী কোটি ১০০ তিন্নরগা থম্মোই শোক্না লাও খোংবা হৌরকই অমসুং মাঙৈকে অমরোমদা প্রার্থনা তৌজখি, মসিদা কবিশু থাজনিঙাই (সঙ্গতি) দি ওইদবনি। মবম অসিদগী গোপী ১০০/১০০ তিন্নদুনা অমমমগী লুচিংবী গোপীনা মশা মশাগী রাথলগী মতুং ইন্না প্রার্থনা তৌনা খংহনখি। গোপী পুম্নমক্কী প্রার্থনাগী রাহৌশিং বর্ণনা তৌবদি ওইথোক্কে হাঙৈদুনা পরমহংস শিরোমণি শুকদেবনা মখোঙৈ পুম্নমক্কী মসুংদা থরগী প্রার্থনাদি তৌরি। শ্লোক খুদিংনা তোঙান তোঙান গোপীগী রা অদু কোংদোক্লবসু পুম্নমক রাথল মান্নরগা করিশুম্বদা সঙ্গতি ওইদবসু নত্তে যমুনা মপান অসিদা

মশিং খংদবা গোপী ঐখোঙ্গী তিন্নরগা পুন্নমক্কী লুচিংবী গোপী অমনা "জয়তি তেহধিকং জন্মনা ব্রজঃ······" অসিনচিংবা শ্লোক্তা পুক্রিংগী অরাবা খংহনবা অমস্তুং শ্রীকৃষ্ণ দর্শনগী প্রার্থনা অসি তৌবগা কৃষ্ণগী মফমদা হাঙ্গীগদবা ওইবা অরোঙ্গবদা অতোপ্পা কাংবুগী লুচিংবী গোপীনা হাঙ্গীজখি—হে সুরতনাথ ! নহাক্কী মিংকী ভঙ্গিদা ঐখোঙ্গী পুন্নমক্কী হাঙ্গীজরিবা অমুকস্তু বস্ত্রহরণ তুমিত্তা বব পীবত্তু কাওবিরব্রা ? অহুবু অরাবদি ঐখোঙ্গী অসে লাঙ্গীনক থিবগী মথা পোল্লবীনি। অসিগুম্বা নয়ন ভঙ্গিনা ঐখোঙ্গী পুন্নমকপু হাংপিরে নহাক্কী নয়ন ভঙ্গি অসি কয়াদা মগুণ লৈব্রবনো. অসিদা করি অনুক হাঙ্গীসিগে ?

পুন্নমক ওইগ্রসনু ঐখোঙ্গী অসে ইচম চম্বা ব্রজবালানি, ওসিদগী হৌরহুনা নহাক্কী নয়নগী গুণ খংবা ঙমদ্রি। ঐখোঙ্গীনা অতৎপা লৈতনা নিংথিজরবা বন অসিদা কোহইনা চংলি। মবম অসিদগী নহাক্কী হুরানবা মিং অসিদগী ঐখোঙ্গী তপংবা ঙমখিগদরা ? নহাক্কী হুরান মিত্তা অসিদা ঐখোঙ্গীগী মান, ধৈর্য্য. ধর্ম্ম, লজ্জা, প্রাণ, মন, অসিনচিংবা পুন্নমক লোঙ্গীনা হুরাল্লগা মতম কুইনগীদমক ঐখোঙ্গীনা নহাক্কী চরন্দা মমল য়াওদনা ননাই ওইরিবনি। ঐখোঙ্গীনা করিগুম্বা তুমিত্তা করিগুম্বা মওংদা থওক্তরুদবা তৌরুহুনা চুন্না সাধারণ ওইনা মফম পুন্নমক্তে। চংলি, নহাক্কা ইরাঙ্গী লাঙ্গীনা ঐখোঙ্গীগী ধৈর্য্য, ধর্ম্ম, লজ্জানচিংবা হুরাল্লি অমস্তুং ঐখোঙ্গী মমল য়াওদনা ননাই ওইরিবনি।

মবম অসিদগী হে চান্নবা ! মতম অসিদা নহাক্কী রমণী কোটি ১০০/১০০ হাংপা পাপতগী মুক্তি লম্বী ফংননবগীদমক নিংলিবনি, অহু ওইরবসু তিন্দনমক ঐখোঙ্গীগী মিংকী মমাংদা লৈবিরবো অমস্তুং করিগুম্বা মতমদা নহাকপু উদ্রবদা ঐখোঙ্গীনা করম্না জীব ধারণ তৌহুনা লৈজবহু ওইথোক্তবনি নিংই।

তথাহি—শ্রীগোপাল সহস্রমে কৃষ্ণবাক্যং—
গৌরতেজো বিনা যস্তু শ্যামতেজঃ সমর্চ্চয়েৎ।
জপেৎ বা ধ্যায়তে বাপি সভবেৎ পাতকী শিবে॥ ১৭

---

অহুগুম্বা মীহুনা গৌরতেজ ওইবী শ্রীরাধাবু হন্দোকুনা কৃষ্ণ ঐবু পূজা তৌববা, হোম জপ, ধ্যান তৌরবদি মথোঙ্গ অহু পাতকী পাপী হাঙ্গীবহুনি খংনগনি, হাঙ্গীবদি মীহুনা রাধাগী মীংনা মাং থারগা "রাধাকৃষ্ণ, রাধেকৃষ্ণ" হাঙ্গীদহুনা কৃষ্ণরাধে হাঙ্গীনা শোল্লবদি পাতকী ওইরগদবনি অসুম্না শ্রীকৃষ্ণমক্না তাকপিখি।

মতৌ অসুম্না থুপনা থমগ্রবা শ্রীরাধাগী প্রেমবু অখণ্ডনি পুর্ণনি হাঙ্গীবসিনা খংগ্রসনু। কৃষ্ণ ঐগী মুরলীবু থেক্তুনা হন্দোকখ্রবা ফাওবদা পুর্ণ ওইবনা রাধাকৃষ্ণগী প্রেমদি পুর্ণানন্দনি হাঙ্গীনা খংলসনু।

* মুরলী হরনগী মতাংদসু শিবানন্দজি গোস্বামিনা খংহনজে। মতেক মতেক থুদেকখ্রবা মখুল অমত্তা ডাঙ্গীরবা বঁশীদো রাধাগী খুত্তগী গোবিন্দগী খুত্তা হেক য়ৌবদা হান্নগী রন্ধ্র তরুক্কী মপুঙ ফাথা হেক্তা ওইখি। শ্রীরাধিকাগী প্রেম্না পুর্ণ ওইখিবনা মতেক মতেক তারুরবা বঁশী ফাওবা পুর্ণ ওইখি। মুংগী রসদি—ইবেম্মগী প্রেমদি অখণ্ডনি পুর্ণনি। অতৈ সখিশিংগী প্রেমদি খণ্ড ওইবসু লৈ শ্রীরাধিকাগী খুত্তা লৈহৌরিবা মুরলী মতেক অদুদি খুদক্তা পুর্ণ হেক্তা ওইখি শেমজনখি, মসিনা খংহনবদি—কৃষ্ণ পুর্ণানন্দ ঘনীভূত সাকার ব্রহ্মানন্দনি।

শ্রীমদ্ভাগবতদা—রাধা পন্দবদি গোপী প্রেমগী রহস্য তত্ত্বু ফংজনিংবনা শ্রীশুকদেবগী হৃদি মন্দিরদা রাধাগী বিগ্রহবু প্রেমগী থৌরিনা পুন্দুনা থৌগঞ্জখিবা সেবানা ইবেম্মবু মপান থোংদা পনখিদবনি।

শুন হে সুব্রত নাথ তোমার নয়ন. সবার সর্ব্বস্ব ধনকবয়ে হরণ।
শারদ সরসীজল হাতে ফুল্ল শত দল,
তার গর্ভ পত্রে যেই অসম সুষমা॥
(আনন্দ বৃন্দাবন চম্পুঃ)

---

তাবিয়ু হে সুব্রত নাথ ! ইবুঙোগী শ্রীনয়ন থম্বালদি জীব ওইবনা নমাই ঐখোঙ্গপুম্বগী লল-থুম, মণি-মুক্তা, ইচা-ইগু অমস্তং স্বপরিবার পুম্নমক্তা লোইনরবা থম্নাইস্নু হুত্থনা পুবিখ্রে। লেমহৌবিবত্থদি পঞ্চ ভূতনা শাবা দেহ অসি থক্তুংদি লেমছৌবি, শরৎ-ঋতুগী লুরবা পুখ্রিদা ফজনা শাংলিবা থম্বালগী নৈস্নিক নৈকা লোইননা পুখ্রিবুস্নু ফজহল্লবা অতুংগুম্নবা শ্রীনয়ন থম্বালনা লৈতেংলবা শ্রীরূপ মাঙথরে থিবা কংদ্রে উহনথিরোগবা। পঞ্চ ভূতনা শাবা দেহ করি কাম্ননি।

* * * * *

* শ্রীকৃষ্ণগী লীলাদা বাসুদেব, প্রত্যুম্ন, অনিরুদ্ধ, সঙ্কর্ষণ লোইননা অবতার তৌই। লক্ষ্মীসু বৈকুণ্ঠদা শ্রীনারায়ণ পাদ সেবা তৌদুনা লৈ। স্বর্গদা ইন্দ্র রাজগী কোম্নুং ঙাক্তুনা অরাং-অপা লৈহন্দে। মর্ত্ত্যধামদা লৈরিবা অরাবা, লাইরবা কয়াগী য়ুমথোং থুদিংদা পূজা তৌরি মথোঙ্গীগী মফমদা অরাংপা লৈহন্দে। শ্রীবৃন্দাবন্দা শ্রীকৃষ্ণ লেংবিরক্কদোরি হাঙ্গদুনা ইবুঙোগী সেবাগীদমক ঙাইদুনা লৈজখ্রবীনি শ্রীকৃষ্ণসু বৃন্দাবন্দা অবতার তৌবিরকপা ইবুঙোতনা ঐশ্বর্য্য তরুক্তা সম্পূর্ণ ওইবনি মরম অসিনা শ্রীবৃন্দাবন্না অথোইবা ওই হাঙ্গদুনা ব্রজ গোপীশিংনা শক-শোঙ্গরিবনি।

বিষজলা প্যয়াদ্ ব্যালরক্ষসাদ্ বর্ষমারুতাদ্ বৈদ্যুতানলাৎ।
বৃষময়াত্মজাদ্ বিশ্বতো ভয়াদৃষভ তে বয়ং রক্ষিতাঃ মুহুঃ ॥ ৩ ॥

মণিপুরীদা অন্বয়ঃ। ঋষভ ! = হে নুপা মরক্তগী অথোইবা ! বিষজলা প্যয়াদ্ = হু য়াওবা কালিহ্রদগী ঈশিং থকলুবদগী মণশিং অমদি গোপ গোপীশিংসু শিরগবদগী, ব্যালরক্ষসাদ্ = অচৌবা লিনগী শক্তম লৌরিবা অঘাশুর হিংচাবদগী, বর্ষমারুতাৎ = ইন্দ্রনা তৌরকপা অকনবা নোং-নুংশিৎ, চাওরবা লেনগা লোইননা শিৎপা নুংশিৎকী, বৈদ্যুতানলাৎ = অথাক-অরাওদগী, বৃষময়াত্মজাৎ = বৃষাশুর ব্যোমা-শুর হিংচাবদগী, বিশ্বতো ভয়াৎ = মাইকৈ কয়া কয়াদগী অকিবদগী, দাবনলা = মৈগী অকিবদগী, তে = ইবুঙো নহাক্না, বয়ং = ব্রজ গোপী ঐখোইবু, অন্যে চ = অতোপ্পা ব্রজদা লৈরিবা কয়া, রক্ষিতা. = ঙাকপিরকথ্রবনি।

---

অমরোমদসু অমুম্মা হাঙ্গৈর -হে পুরুষ শ্রেষ্ঠ ! নুপা পুম্নমক্তগী অথোঈবা ! নহাক্কী মিৎকী মিৎয়েংনা ব্রজরমণী কোটি ১০০ সে শ্রীকৃষ্ণ কাঈনবগী মৈচাক্না শিরগদবদগী হম্না হম্না মথল কয়াদগী কনবিগ্রে। অদুগুম্বা নুমিৎ অদুদা কালিহ্রদগী হু য়াওবা ঈশিং শোকলুবদা ব্রজগী মণ, ইরোই, মথল কয়াগী শা অমসুং মণজেম্নহা কয়াগী থরাই মাংথ্রগদবনি অমসুং মখোঈবু কালীয় নাগ (লিন) না কোইশিনখিবা উরগা ব্রজগী অহল অমদি বনিতাশিং শিবা য়াবা দশা লাকথ্রবদা নহাক্না কনবিখি। নুমিৎ অদুদা হে ব্রজগী থরাই ওইরিবা ! ইবুঙোনা কালীদমন তৌৎগ পুম্নমকপু ঙাকপিখি অমদি

অদুগুম্বা কালীয় সর্প লিনস্থু যমুনাদগী তাংথোক্লগা যমুনাগী লু য়াওরবা ঈশিং অমৃত ওইহনখি। চাওরবা লাইবেন মশক লৌরবা অঘাশুর হিংচাবদগী মুমিৎ অদুদা গোপ বালক অমদি বৎসী-বৎসাও পুম্নমকপুম্ন কনবিখি। দেবরাজ ইন্দ্রনা মতম অদুদা শাওরদুনা গোকুল লোঙ্গৈনা মাংহনবগীদমক অকনবা নোং হৈথখি, থাক-লাওবা কয়া তৌদুনা অমস্থুং হন্না হন্না নোন তাহনখি, অকনবা নোং হৈথবা মতম অদুদা নহাক্না ওইগী খুদোল্তুনা গোবর্দ্ধন চীং মুমিৎ তরেৎনি থাঙ্গত্তুনা ঐখোঙ্গী পুম্নমক কনবিখি। অদুগী মতুংদা ইন্দ্রগী নাপল লোঙ্গখিদুনা অমুক হন্না নবমী তিথিদা গোবর্দ্ধন থাংথখি, অরিষ্টাশুর ব্যোমাশুরনচিংবা কয়াবু মাংহল্লগা ব্রজবাসি পুম্বা কনবিগ্রবনি।

শ্রীমদ্ভাগবতকী ১০ শুবা স্কন্ধগী ৩৬ শুবা অধ্যায়দা অরিষ্টাশুর হিংচাবগী মরমদা বর্ণনা তৌরি—

ফত্রবা মপাঙ্গল মথৌনা য়াম্না লৈবা যণ লাবগী মশক মানবা হিংচাবনি। মহাক অসে মশা মউ য়াম্না চাও শাংই চীংগুম্বনি। লেংজুম অনিগী মকম য়াম্না রাংই, নোংগী মপৈনা খেৎলিবনি। কংসগী অরিষ্টাশুর হিংচাবনা নোংমগী মুমিত্তা বৎসী, বৎসাও, গোপ, গোপীগা লোঙ্গৈননা ব্রজ ভূমি অসি মাংহল্লনি হাঙ্গৈদুনা ব্রজদা লাক্লগা নোং খোংবগুম লাও খোংদুনা অকিবা উংলদুনা অমস্থুং মখোংনা থিনবদা উফুলনা পুঙমম মমখি। ব্রজগী গোপ গোপী পুম্নমক কিখিদুনা কৃষ্ণগী মফমদা লাকখি অমস্থুং ভাকপিয়ু কনবিয়ু হাঙ্গৈরদুনা চংক্লখি। শ্রীকৃষ্ণনা মতম অদুদা কিগনু কিগনু হাঙ্গৈরদুনা ব্রজবাসি

পুন্নমকপু থেমজিল্লগা পাম্বোম অনি থাঙ্গতুনা অরিষ্টাশুরগী মনাক্তা চেনশিনখি অমস্থং মহাক্কী মচি অনি অতু পায়রগা মহাকপু লৈপাক্তা কন্না লংথখি অম্সুন্না মহাকপু লানবিখি।

শ্রীমদ্ভাগবত দশম স্কন্ধগী ৩৭ শুবা অধ্যায়দা ব্যোমাশুর রাক্ষসকী বৃত্তান্ত বর্ণনা তৌরি—

নোংমগী মুমিত্তা শ্রীকৃষ্ণনা শ্রীদাম সুদামনচিংবা গোপ পুন্নমক্কা লোইননা মণ শেনবদা গোবর্দ্ধন চীংগী মনাক্তা লাকখি অমস্থং মণ মযাম্না লৈবা মফমদা গোপশিংগা লোইননা কেকু লোৎপি শান্নখি। গোপ কয়া য়াওশিং লোয়ননা মুঙাইরবা লীলা শান্নখি হুরানবা য়াবা হুব'ম্লগা গোপশিংবু কোইথি থিখি, য়াওগী মশক লৌরবা গোপশিং ময়দানবপকী মচা ব্যোমাশুরনা অম্সুন্না হুরগা চীংগী শুহাদা থম্লগা মুংপাক্লা মমাই অতু মেনশিনখ্রে। শ্রীকৃষ্ণনা পুন্নমক উরতুনা খংলতুনা অকনবা নোংশাগী খোলাওদা ভংলতুনা ব্যোমাশুর তমনা পাইশিনখ্রে ব্যোমাশুর নিজ মুত্তি পুথোক্লগা শ্রীকৃষ্ণদগী মশা হিংননবা হোৎনখি। শ্রীকৃষ্ণগী লীলা কনানা খংগনি ব্যোমাশুর কৃষ্ণগী খুত্তা প্রাণ থাখ্রে।

শ্রীমদ্ভাগবতকী বর্ণগী মতুং ইন্না শ্রীকৃষ্ণনা মথুরাগী নোংপোক ওইরপ্পা, অরিষ্টাশুর অমস্থং ব্যোমাশুর হিংচাবা অনি লানবিথরে। গোপ রমণীশিংনা রাস লীলা হৌগৎলকপদা শ্রীকৃষ্ণনা অন্তর্ধ্যান (মাংখিবদা) তৌফম খংদ্রতুনা শ্রীকৃষ্ণ লীলাগী য়ারী শান্নখি। মতম অসি কৃষ্ণগী বয়স চহি ৮নি। মরম অসিদগী অরিষ্টাশুর, ব্যোমাশুর হাৎত্রিবৈগী মুমিৎ হুমনিগী মমাংদা গোপ রমণীশিংনা লীলা অসি ফোংদোকখিবনি। মসিদা মথোঙ্গনা থম্লি— গোপ রমণীশিং, মুনি

মসিগী মরমদা গৌরীয় বৈষ্ণবাচার্য্য শ্রীপাদ গোস্বামিনা মহাক্কী বৃহদ্বৈষ্ণবতোষণী টিকাদা অস্নুম্না হাঙ্গৈখরে—

(ক) তত্র বৃষময়াত্মজাদিতি ভাবিস্নচনং সহজ সর্ব্বজ্ঞাৎ।
তস্থ ভাবিত্বেহপি ভুতনির্দ্দেশং সুনিশ্চিতত্বাৎ॥

---

গর্গাচার্য্য, ভাগুরিনচিংবা মুনিশিংনা, শ্রীকৃষ্ণগী ভবিষ্যৎ কালগী লীলা বর্ণনা তৌবনি। শ্রীকৃষ্ণ কাঙ্গনরবী গোপ রমণীশিংগী মহৌশাগী ওইবা শক্তি খংলবদা ভবিষ্যৎ কালগী মুঙাইবত্তুদি ওইথোক্কবস্নু নত্তু।

(ক) কৃষ্ণ কাঙ্গনরবী ব্রজরমণীশিংন অদুগুম্বা অরিষ্টাশুর অমসুং ব্যোমাশুর বধগী কথা অদু খন্নখরে, মসিদা মখোঙ্গী মহৌশাগী ওইবা পুন্নমক খংবগী ঘাদা লাক্কদৌবিবা কৃষ্ণগী লীলা ফোংদোকখি। থোঙ্গদোকপা অমনা মখোঙ্গী কাঙ্গনবগী মতম অসিদা অখোঙ্গবা প্রেম পুথোক্কনা শ্রীকৃষ্ণগী হৌগ্রবা, তুংদা ওইরক্কদা অমসুং হৌজিক ওইরিবা, মতম অহুমগী লীলা অসে মখোঙ্গী থম্মোইদা ফাওরকই। "বৃষময়াত্মজাদ্ বিশ্বতো ভয়াদ্ঋভ ত্তে বয়ং রক্ষিতাঃ মুহুঃ" অসিগুম্বা গোপীগী ৱাকম অসিদা ঐখোঙ্গনা অরিষ্টাশুর অমসুং ব্যোমাশুর-নচিংবনা তৌরকপা অত্যাচার (ওং-নেরকপা) কয়া কয়াবু নহাক্কী কৃপানা কনবিখিবনি। অসিগুম্বা হৌখ্রবা মতমগী থবক অদু নিংশিংলগা খংখ্রবনি মদুদি, কৃষ্ণনা ওইবক্কদবগী মমাংদা শোইদনমক অসিগুম্বা লীলা শান্নখ্রবনি। ভবিষ্যৎকৌস্নু লীলা ওইনা হৌখ্রবা মতমগীদি নির্দ্দেশ তৌরুবগী কাম্নদরে হৌখ্রবনি।

শ্রীপাদ বিশ্বনাথ চক্রবর্ত্তিনা মহাক্কী সারার্থ দর্শিনী টিকাদা মতাং অসি আলোচনা তৌগ্রবনি—

মতম অসিদা শ্রীকৃষ্ণ কাঙ্গনরবী ব্রজরমণীশিংনা কৃষ্ণতন্ন খল্লগা মখোঙ্গী অরাপমু কোকই হাঙ্গদুনা থংহল্লগা প্রার্থনা তৌবা, শকপা-শোনবা হায়রক্লে। মখোঙ্গনা অস্নুম তৌনা হুনিং কয়ানিগী মতুংদা শ্রীকৃষ্ণনা অরিষ্টাশুর অমস্নুং ব্যোমাশুরবুস্নু লানবিখি। তৌইগুম্বস্নুং গর্গাচার্য্য অমসুং ভাগুরিনচিংবা মুনিশিংনদি শ্রীকৃষ্ণগী জন্ম পত্রিকাদা তাকখরে মসিদি ব্রজরমণীশিংনা অমসুং মসিগী প্রসঙ্গদা গোপ রমণী-শিংনস্তু নুমিং কয়ানিমুক্কী মমাংদ। তাগ্রবনি।

অদু ওইরবস্তু শ্রীকৃষ্ণ কাঙ্গনববী ব্রজরমণীশিংনা শ্রীকৃষ্ণ উদ্দেশ্য তৌরগা পুক্লিংগী অৱাবা থংহনগে হাঙ্গবগী দমক প্রার্থনা তৌখরে—হে ব্রজ জীবন! নহাক্লা অৱাবা তারবা ঐখোঙ্গ পুন্নমকপু ঙাকপিরি, মসিদা করি অমুক হাঙ্গরুগনি। ঐখোঙ্গনা হে কৃষ্ণ! ইবুঙো নহাক্লা কালীয় দমনদা অঘাশুর হাৎপদা, গোবর্দ্ধন ধারণ তৌবদা, অমস্নুং অরিষ্টাশুর অমদি ব্যোমাশুর হাৎপ। কান্দস্তু ঐখোঙ্গগী জীবনসে ঙাকপিখিদবা নত্তে. পুন্নমক দাবানল নচিংবা মখলে কয়াদা ঐখোঙ্গনা অকিবগা লোইননা পঞ্চ স্বরদা লাওবদা নহাক্লা ঙাকপি-থ্রবনি অৱাবনি! লাইবক থিবী ঐখোঙ্গগী পুন্সিবু কনবিখি, কোটি কোটি গুণদগী হেল্লবা কাঙ্গনবগী মৈচাক অসিনা ঐখোঙ্গ মৈ চাকলি, হে ব্রজ জীবন! পুন্সিগী অৱোইবা মতম ফাওবদদি হুডাইনা সেবা ফংহনবিয়ুগবা গোবর্দ্ধন ধারণনচিংবা তৌবরগা ঐখোঙ্গগী জীবন ঙাকপিখ্রিবসিগী কান্নবনা করিনো? “বিষবৃক্ষোঽপি সংবর্দ্ধ্য স্বয়ং

(খ) দোষাকরোঽপি কুটিলোঽপি কলঙ্কিতোঽপি,
মিত্রাবসান সময়ে বিহিতোঽপি ।
চন্দ্রং তথাপি গিরিশং শিরসা বিভর্ত্তি নৈবাশ্রিতেষু,
গুণ দোষ বিচারনা স্যাৎ ॥ ইতি (প্রাচীন শ্লোকঃ)

---

ছেত্তুমসাম্প্রতম্" অসিগুম্বা শিষ্টশিংগী বচনদি মশানা থাজখিবদি হু পাম্বীনি খংলবসু মশামক্তা হেক ককথৎপদি য়াদে। হাঙ্গৈবিবা বা অসি সংসার অসিদা চৎনরিবনি খংনবিবনি।

তৌইগুম্বসুং হে ব্রজগী জীবন! নহাক্কী মফমদা জীবন দান তৌগ্রবসু করিগীদমক্তা করম্না পুন্সিসি লোইবমদাই ফাও চানবি-বংবোইদ্রা? মসি হাঙ্গৈবিয়ু হে গুণ পুম্নমক্কী তুংনফম ওইবিরিবা! পুম্নমক্কী অথোঙ্গৈবা ঐখোঙ্গীগী থৱাই কোটি কোটি ওইরিবা হে ব্রজ জীবন। উদ্রবা মতমদা ঐখোঙ্গীগী থৱাই ওইদ্রগা উরবা কান্দা ঐখোঙ্গীগী জীবন ডাকপি অঙকপা কৃষ্ণনিকো!

(খ) থা হাঙ্গৈবসি অহিংগী মকপনি, খোঙ্গৈনা চৎলি কলঙ্কনি অমসুং মকপ ওইবিবা সূর্য্যনা ময়েং তারবা মঙালনা শাম্নবা মতমদা, থোকপনি তৌইগুম্বসুং অসিমক ওইরবসু শ্রীশঙ্কর মহাদেবনদি খক থাদোক্তে। শ্রীশঙ্করনা থাগী (চন্দ্রগী) মথল কয়াগী দোষ খংলবসু মহাকপু কোক্তা থেত্তুনা থাঙ্গত্তুনা থমগ্রবনি। চংজরক্লবা মীগী দোষ অমসুং গুণদি কবিগুম্বদা বিচার তৌরোইদবনি হাঙ্গৈনৈ।

মরম অসিদগী হে গোপীজন প্রাণবল্লভ! নহাক্কী চবন্দা চংজ-বক্লিবা গোপীশিংনা দোষ ১০০/১০০ লংজগ্রবসু (থৌগঙগ্রবসু), ঐখোঙ্গৈনা ইবুঙো নহাক্কী শ্রীচরণবুদি কৈদৌঙৈদসু থাদোকচররোই।

(গ) হে কৃষ্ণ পুরুষ শ্রেষ্ঠ ব্রজের জীবন।
কতশত বার ব্রজের রেখেছ জীবন॥
কালিয়ের বিষজলে মৃত ব্রজের প্রাণ দিলে
অজগর গ্রাসে পুনঃ করিলে রক্ষণ।
ইন্দ্রের প্রচণ্ড কোপে বর্ষা বায়ু বজ্রতাপে
গোবর্দ্ধন গিরি তুমি করিলে ধারণ॥

---

(গ) হে কৃষ্ণ পুরুষশ্রেষ্ঠগী অথোঙ্‌বা! ব্রজভূমি অসিদা লৈরিবা জীব কনা কয়াগী শোঙ্‌থিবা লানথিবা ১০০/১০০ ইবুঙো নহাক্না ঙাকপিখি কনবিখি। ইন্দ্রগী অত্যাচারদা নহাক্না গোবর্দ্ধন চীংবু ইবাই লাইনা অদাং মচা অমনা ছাটিন থাঙ্গৎপগুম থাঙ্গৎপিদুনা জীবশিংবু কনবিখিবদাই।

য়েক্লবা অমা ওইরবা অরিষ্টাশুর কেশী অমসুং ব্যোমাশুরবু ভক্ত অমগুম শ্রীচরণ ফংহনবিখি।

অদুগৈ কালিয়হ্রদগী হু য়াওবা ঈশিং থকলুবদগী অরাবা তারবা ব্রজগী গোপ গোপী, ষণ্ডী কয়াগী থরাইবু মনাই কল্লবা হু অদুবু চিংথোক্পিদুনা রক্ষা তৌবিখি।

অদুগুম্বা হুগী শরুক খরা ব্রজরমণী ওইরবী ঐখোঙ্গী থম্মোই মুংশিদা লৈহৌরদুনা ঙসি ঐখোঙ্গী থম্মোইদা নাপল হাঙ্‌বদো লৈত্রবরনে? হু য়াওবা ঈশিংবু অমৃত ওইহনবিখিরগুম ঐখোঙ্গী হু চেল্লবা দেহ অসে, হু চেল্লবা দেহ হাঙ্‌বদো ওইহনবিদুনা শ্রীচরণ সেরা অমুক্তদি লেংথোকপিরক্‌নুনা ফংহনবিয়ুগরা হে! গিরিধারী।

ন খলু গোপীকানন্দনো ভবা নখিল দেহিনা মন্তরাত্ম দৃক্ ।
বিখনসার্থিতো বিশ্ব গুপ্তয়ে সখ উদেয়িবান্ সাত্বতাং কুলে ॥ ৪

অন্বয়ানুবাদ । হে সখে ! = হে পরম প্রেমাস্পদ ! ভবান্ — নহাকসে, খলু = লেপ্পমক, গোপীকানন্দনঃ = শ্রীযশোদাগী মচানি হাঙ্গবদা, ন = নত্তে, অখিল দেহিনাং = অয়াম্বা জীবশিংগী, অন্তবাত্ম-দৃক্ = অন্তর্য্যামিনি, বিশ্ব গুপ্তয়ে = জগৎ অসি কনবিনবগীদমক, অর্থিতঃ = হাঙ্গজরুবদগী, সাত্বতাং = ভক্ত ওইবা যদু বংশগী, কুলে = শাগৈ অসিদা, উদেয়িবান্ = ফাওরক্লিবনি ।

---

শ্রীকৃষ্ণ কাঙ্গনবগী মৈচাক ফংলবী ব্রজরমণীশিংনা কৃষ্ণগী চৎন্দা তোল্লবনি থংহল্লহনা, মতম অসিদা শ্রীকৃষ্ণগী কালিদমন, গোবর্দ্ধন-ধারণ, অঘাশুর মোক্ষ অমদি ফত্রবা ব্যোমাশুর হাৎপা অসিনচিংবা লীলা ফোংদোকপিখি, মতম অসিদা মখোঙ্গী কাঙ্গনবনা চাক্লবা থম্মোইদা শ্রীকৃষ্ণগী তোবা ভম্বগী গুণ ফোংদোকই । মসিমক মখোঙ্গনা কৃষ্ণগী খ্বাইগা মাম্নদবা অথোঙ্গবা ঐশ্বর্য্য অদু শক্ল-শক্লহনা তোল্লবনি হাঙ্গজখি হে সখে ! ঐখোঙ্গনা অস্থুম্না থংই নহাক অসে ব্রজেশ্বরী যশোদাগী মচানি থাঙ্গেশেংনা যশোদাহুমক্কী মচাদি নত্তবনি নহাক অসিদি “অখিল দেহিনাং অন্তরাত্ম দৃক্…” জীবনা তৌরিবা পুম্নমক উবা থংবা সাক্ষীনি। অন্তর্য্যামি ওইরগা সর্ব্ব জীবগী থম্মোইদা ভান্দুনা লৈরিবনি। মরম অসিদগী নহাকপু উদবদা ঐখোঙ্গী থম্মোইদা নিংবা কাঙ্গবা থম্মোই শোক্লা তোল্লবনি খন্দুনা থংবিগদবনি থংবিদবসু নত্তে। নহাক অন্তর্য্যামিনি জীব পুম্নমক্কী

(ক) মাধুর্য্যানুভবেঽপি তদেতদৈশ্বর্য্যং যাচক রীত্যা নিজাভীষ্ট-সাধন মাত্রায় প্রযোজিতমিতি জ্ঞেয়ম্ এবমুত্তরত্রাপি॥

থম্মোইগী বৃত্তান্ত খংলিবনি, মরম অসিদগী নহাক্কী মফমদা কাঙ্গনবগী মৈচাক করম খংহনসিবা। মতম অসিদসু অন্তর্য্যামি ওইনা পুন্নমক্কী থম্মোইদা খংহন্দুনা লৈখরে। কনানা মতমসিদা মহাকপু খংদে উদে অতুম ওইনমক বিশ্বসৃষ্টি কর্ত্তা ব্রহ্মানা জগৎ ঙাক্লনবগীদমক নহাক্কী চরন্দা হাঙ্গজখিবনি হাঙ্গবতুনা নহাক্না নহাক্কী ভক্ত চুড়ামণি যদু বংশদা অবতার তৌরগা পুন্নমক্কী মফমদা য়েংবি অমসুং হিংচবশিং মাংহনবা অসিনা মরম ওইদুনা ব্রহ্মানা সৃষ্টি তৌরিবনি। নহাক্না ভক্তশিং পালন তৌই খংদবা নত্তে। সৃষ্টি কর্ত্তা ব্রহ্মানা জগৎ শেম্ন-নবগীদমক নহাক্কী চরন্দা প্রার্থনা তৌখি অমসু' নহাক্না বিশ্বপালনগী-দমক য়েংবিরি। মসিমক হ'ঙ্গজরি—ঐখোঙ্গনা নহাক্কী ভক্ত ওইদ্রবসু ঐখোঙ্গবু ঙাকপিবদি তৌবিগদবনি।

(ক) মতম মতম অদুদা অপাম্বা ফংননবগীদমক্তা লৌখি অমসুং অতোনবনি হাঙ্গনসু ব্যবহার তৌখিবনি। অলঙ্কার অদু লৌদুনা কনাগুম্বগী নিমন্ত্রণসু চৎলি। মতাংসিদা গৌরীয় বৈষ্ণবাচার্য্য শ্রীপাদ জীব গোস্বামিনা মহাক্কী বৃহৎ ক্রমসন্দর্ভ টিকাদা অসুম্না হাঙ্গরি—"ন খলু গোপীকানন্দনো ভবা নখিল·········" অসিনচিংবা শ্লোক্কী ইনৌ নৌবা ব্যাখ্যাদা উবা ফংই। যথা—মতৌ অসুম্না নিমন্ত্রণ হল্লক্লগা অলঙ্কারশিং অদু অমুক পিথোকখ্রিবনি, অসুম তৌনা ব্রজরমণীশিংবুসু শ্রীরূপ ঐশ্বর্য্যনচিংবা জ্ঞান লৈতবা ওইরবসু, মখোঙ্গনা শ্রীকৃষ্ণ্ণ মফমদা অতোনবনি হাঙ্গবসি খংহল্লি। মতম

অসিদা গর্গাচার্য্য ভাগুরিনচিংবনা শ্রীকৃষ্ণগী স্বরূপ ঐশ্বর্য্য মুন্ন। খংবা মুনিশিংগী রাদগী হাঙ্গজরগা কৃষ্ণগী স্বরূপ।শ্বৈর্য্য অদু লৌখি অমসুং অতোনবনি খংহল্লগা চৎখিবনি অদুগা অমুকস্তু হল্লক'খদনি। মফম মফম খুদিংদা থোঙ্গদোকপা প্রেম্না তিল্লবা ব্রজরমণীশিংগী রাফম অদুদা শ্রীকৃষ্ণগী নিংথিজব', ফজবা অদু ফংলদুনা মফম অসিদা হাঙ্গজ-নোঙ্গবগী চৎনবা অদুমক পুক্লিংদা খল্লকই মথল কয়াগী চিংনবা অদু লোইনা কোকখরে।

হে কৃষ্ণ! নহাক্কী মবমদা ব্রজ অসিদা মথল কয়াগী রা তাবা কংই। ব্রজগী গোপ গোপী পুম্নমক্না নহাক অসে যশোদাগী মচানি হাঙ্গনবি। গর্গাচার্য্য ভাগুবিনচিংবা মুনিশিংনা নহাকপু জীবগী অন্তর্য্যামিনি সক্ষাৎ নারায়ননি হাঙ্গখ্রবনি।

"ন খলু গোপীকানন্দনো ভবা······" অসিনচিংবা গোপীশিংগী প্রভাব অসিগী তাৎপর্য্য অদুতংদি লৌবিগনি, মদুদি মখোঙ্গনা শ্রীকৃষ্ণগী মফমদা হাঙ্গজখ্রিবনি—হে সখে! ঐখোঙ্গনা অঙাং ওইবিদৈদগী নহাক্না অরুব অঙাংনি, যশোদাগী মচানি হাঙ্গদুনা নহাক্না লোইননা ঐখোঙ্গী জাতিগী ওইবা তোদ-য়াদবা কর্ম্মনা পেল্লবস্তু অঙাং ওইরিদৈদগী ঙসি ফাওবদা ককথৎপা য়াদনা লৈরিবনি, অস্নম্না অন্তর্য্যামি ওইদুনা জীব পুম্নমক্কী থম্মোইদা লৈদুনস্তু ঐখোঙ্গী তৌইগুম্বস্নুং নহাক্কী ব্যবহার অদু উরগা পুক্লিংদা খনবত্তা নত্তে থম্মোইগী চানবনি খন্দুনা চেৎনা থম্মোই নুংদা লাৎলিবনি। অদুবু হে কৃষ্ণ! নহাক্নদি করিস্তু রাবিদে খংবিদে মসিদা ঐখোঙ্গী করি দোষনো লাইবক্না তম্বনি যশোদাগী মচা অরাবসি কোকপিরোগবা।

নহি বল্লব বংশজো ভবান্ গতভী বল্লব যোষিতাং বধে।

সহবাস সগোত্র সম্পদে বত যঃ কোঽপি ভবেদমু নহি ॥

দ্রুহিনেন বিশ্বগুপ্তয়ে ত্বমভিষ্টুতো ভুবি প্রকাশিতঃ।

অথ বিশ্বগতা হি যাদৃশী ব্রত গোপায়সি কিং ন মুহ্যতীং ॥

(আনন্দ বৃন্দাবন চম্পুঃ)

সখে ! তুমি গোপীকানন্দন নহে।

সকলের অন্তর্য্যামি তুমি নারায়ন ॥

ব্রহ্মার প্রার্থনা তুমি পালিবারে মর্ত্ত্য ভুমি,

ভক্তের কুলেতে আমি হয়েছ উদয়।

কিন্তু কেন গোপী কারে না হন্ত সদয় ॥

---

হে কৃষ্ণ ! ঐখোঈবু হাৎপদা করিস্থু চিংনবা লৈতবস্থু উবদা পুক্লিংদা খল্লি, নহাক অসি গোপীকাগী মচা নৎত্রে হাঈনা। জগৎ অসিদা কনাগুম্বা অমত্তগা লৈমিল্লবা অমস্থুং সগোত্রশিংগী সম্পত্তি চাওখৎননবগীদমক্তী মসুংদা পুক্লিং চংহুনা লৈবিরিবনি অমদি জগৎসি ঙাক্লনবগীদমকস্থু হাঈজরগা ব্রহ্মানা নহাকপু জগৎসিদা ফোংদোকখি মসিমক পুক্লিংদদি খল্লমদবনি। মসিমক হৌজিক ওইরয়ে, ওইরবস্থ নহাক্না করিগুম্বদস্থু ঐখোঈগী অরাবা অসি য়েংবিরগা ঙাকপিদবদি ভৌবিগনু (কোমখোকপিগনু) হাঈজরি।

জীবপুম্বগী অন্তর্য্যামিনি ভগবাননি সৃষ্টি কর্ত্তা ব্রহ্মাগী প্রার্থনাদগী অবতার ওইবিরিবনি হাঈজরি।

## শ্রীকৃষ্ণস্য চরণ চিহ্ন

(ক) দক্ষিনস্য পাদ ঙ্গুষ্ঠমূলে চক্রং বিভর্ত্ত্যজঃ।
তত্র ভক্তজনস্যারি ষড়্বর্গচ্ছেদনায়সঃ॥

(খ) মধ্যমাঙ্গুলি মূলে চ ধত্তে কমল মচ্যুতঃ।
ধ্যাতৃচিত্ত দ্বিরেফানাং লোভ-নাযাতিশোভনং॥

---

(ক) য়েৎ থংবা খোংবী মরুদা চক্রনা থৌগল্লি, অতুগুম্বা চক্র অহুনা কৃষ্ণগী মনাই ভক্তশিংগী য়েক্লবা (ষড়্বর্গ) লোভ, মোহ, মদ, মাৎসর্য্য ক্ষুৎ অমসুং পিপাশা হাঈরিব। তরুক অসি ককথত্তুনা মাংহন্নবগীদমক চক্র অসিনা লৈতেংলিবনি। হাঈরিবা বিপু তরুক অসিনা ফাজিন পুনশিনগ্রবা মীনা শ্রীকৃষ্ণগী চরণ নাক্তা চংবা ভমদে, মরম অসিনা পামজত্তুনা চংজরক্লবা জীবশিংগী য়েক্লবা মাংহন্নবগীদমক খোংবীদা (থৌগল্লিবনি) লৈতেংলিবনি অস্তুম্না থংহল্লি।

(খ) ময়াঈ থংবা খোংশাগী মরুদা থম্বালনা লৈতেংলি, মহুনা করি কান্নবা শিবগে অতুম্থু হাঈরি—"ধ্যাতৃচিত্ত দ্বিরেফানাং……" শ্রীকৃষ্ণগী রূপবু মতম পুম্নমক্তা ধ্যান তৌজরিবশিংগী পুক্নিং খোইমুনা শ্রীকৃষ্ণগী চরণ পাম্নবগীদমক থম্বালনা লৈতেংবনি। মরমদি অসিনি থম্বালগী মনম ফংবদা খোইমুনা লৈ অতৈদা তোংহুন্না লৈথোকপা ভমদে, মরম অসিনা মনাই ভক্তগী পুক্নিং খোইমুনা. শ্রীচরণ তমনা পাইরক্লবগীদমক শ্রীচরন্দা থম্বালনা (থোগনবনি) লৈতেংবনি।

ধ্বজনা শ্রীকৃষ্ণগী মনাইশিংদা থংহল্লি, মতম পুম্নমক্তা মঙ্গল ওইগনি হাঈনা তাকপনি। (বজ্রঃ) থংহল্লি মনাইশিংগী পাপ পুম্নমক ব্রজনা ককথৎকনি। (অঙ্কুশঃ) শামু কাটি মানবা রেথামা থংহল্লি,

(গ) এবং চক্র শঙ্খাত পত্রৈর-ধ্বিকৈঃ-উনবিংশতিশ্চিহ্নানি।
স্কান্দেতু ষচ্চক্রাদি ষটক মাত্রমুক্তং তত্তুশ্রীবিষ্ণুপাদেব॥

---

শ্রীকৃষ্ণগী মনাই ভক্ত ওইজগে হাঙৈনা নিংহুনা চংজরক্লবা মী অদুগী শামুগুম্না কল্লবা থম্মোই অদু কাটিনা লাকুনা থোংহনগনি তাক্লি। (যবঃ) ফৌ মানবা রেখানা শংহল্লি, শ্রীকৃষ্ণগী মনাইশিংগী মফমদা চাননবা, শেংননবা ভোগ সম্পৎ পুম্নমক ব্রাক্তনা লৈ হাঙৈবা তাক্লি।

মতৌ অসুম্না রেখা ১৯ অসি মাগী মাগী মগুণগা কোন্নবা ভাক্তনি (রেখা ১৯গী শুগাইবা অর্থ অদু হাপচদরে)। শ্রীকৃষ্ণগী রেখা ১৯ অসি টোষণী টিকানা অসুম্না পিরি। য়েৎ থংবা শ্রীচরন্দা উদ্ধরেখা, ছত্র স্বস্তিক ৪, জম্বুকন ৪, অষ্টকন রেখা ১১ অসিনা য়েৎকী চরন্দা লৈতেং ওই। ওই থংবা শ্রীচরন্দনা শঙ্খ, গদা, বেদি, কুন্দল, শক্তি, পর্ব্বত, রথ অমসুং মৎস্য হাঙৈরিবা ৮ অসিগা পুন্না ১৯ অসিনা লৈতেংলি। অসুম্না মান্নদবা থরম্ন য়াওই, অমবু ওইরবসু অমবু ওইরবসু (উনবিংশতি রেখা) রেখা ১৯না ইরং লংনা তাদুনা লৈব্রিবা শ্রীকৃষ্ণগী পাদ চিহ্নশিং অদু উরগা হরাওবগা লোঈননা মুন্না য়েংগি অমসুং খনখি থোঙ্গুলশিং অসিগী মতুং ইন্দুনা চৎলবদি কৃষ্ণগা থেংনরগনি হাঙৈনা খল্লুরগা গোপী পুম্নমক নুভাইবগা লোঈননা থোঙ্গুলশিং অসিগী মতুং ইন্দুনা চৎলসি হাঙৈনা খন্নখি।

(গ) পদ্ম পুরান্দা হাঙৈব্রিবা ১৬সিগী মথক্ত (চক্র-শঙ্খ-আতপ) চক্র মানবা, মোইবুং মানবা অমসুং ছাটিন মানবা অহুম অসিগা য়াওরগা রেখা ১৯ শুই। অদুগা চক্রনচিংবা ৬ অসিন বিষ্ণুগী পাদ

চিহ্ননি হাঈবা অসিসু স্কান্দ পুরান্দা হাঈরি। হাঈরিবা চিহ্ন অসিনা*থংনগনি। বৃন্দাবন্দা অবতার তৌহুনা মথল কয়াগী লীলা শান্নরিবা নন্দ নন্দন কৃষ্ণনা (পুর্ণতমঃ) অবতার পুম্নমক্কী অথোইবনি হাঈবা অসি শোঙ্ঈদ্রবনি। মরমদি—শ্রীবিষ্ণু ভগবান্দনা চিহ্ন ৬ ওইরগা কৃষ্ণগী পাদ চিহ্ননা ১৯ শুরিবা অসিনা সাক্ষীনি।

অমনা শ্রীকৃষ্ণগী (অংশ) অবতার, (কলা) অবতারশিংদসু রেখা ১৯ শুনা য়াওদে। অবতার অমদনা রেখা অনিদা য়াওই, অমদনা অহুম য়াওই, অমদনা মরি য়াওই, অমদনা মঙা য়াওই মসিদগী হেন্না য়াওবা অশং অবতার লৈতে। মরম অসিনা বৃন্দাবন্দা অবতার তৌহুনা ভক্ত বৈষ্ণবশিংগী চংজকম লম্বী তাকপিরিবা শ্রীকৃষ্ণদি পরং ব্রহ্ম ভগবাননা অবতার তৌবনি মরমসিনা রেখা ১৯না লৈতেংবনি। শ্রীচরণ থম্বালদি মাধুর্য্য পুম্নমক্কী থৌজাল পুরৈ ওইরিবনি, লক্ষ্মীনা গোলক থাদোক্লগা শ্রীগোবিন্দগী মাধুর্য্য সেবা ফংহনবিয়ু নিজহুনা বৃন্দাবন্দা ইবুংঙোগী চরণ সেবা ফংহনবিরিবনি। কালি কৌবা লিনগী কোকথক্তা শ্রীচরণ ফংহনবিখিবনি, ব্রজগোপীশিংনদি উজনিংবগী রাখলনা ককণ্ডাওনরে। শ্রীচরণ থম্বালনা ব্রজগোপীগী বক্ষ মণ্ডলদা নেংপিহুনা কাইনা মৈচাক চিংহনবিরো (কোকহনবিরো), পাপ পুণ্য লৌবিগনু, অশোঙ্ঈ অরান থিবিগনু, শ্রীচরণ সেবা ফংজবা নত্তনা অতৈ অমা পামজদে।

---

* শ্রীকৃষ্ণগী চরণ রেখা ১৯ অসিগী লৈকম মায়দে তোঙানবশিং অহু সনাতন গোস্বামিগী টৌষণী টিকাদা য়েংবিয়গা থংগনি। ইতি—

বিরচিতা ভয়ং বৃষ্ণিধুর্য্য তে চরণ মীয়ুষাং সংসৃতে ভয়াৎ।
করসরোরুহং কান্ত কামদং শিরসি ধেহি নঃ শ্রীকরগ্রহম্ ॥ ৫

অন্বয়ানুবাদ। বৃষ্ণিধুর্য্য! যদুবংশাবতারক! =হে কান্ত! হে নোংঙৌ ঙমজবা চান্নবা, সংসৃতেঃ ভয়াৎ=হুন্না হুন্না পোকপা শিবগী মশক অসি কিবদগী, তে চরণং ঈয়ুষাং=ইবুঙোগী শ্রীচরন্দা চংজরক্লি চরণ ফংজবদা, বিরচিতা ভয়ং=অকিবা কয়া কোক্তুনা, কামদং=অপাম্বা কয়াবু পিনরিবা, শ্রীকরগ্রহং=শ্রীলক্ষ্মী দেবীগী খুত্তা লৈরিবা, করসরোরুহং=শ্রীকৃষ্ণগী ওইবা খুৎ থম্বালনা, নঃ= ঐখোঙ্গী পুম্নমক্কী, শিরসি=কোকথক অসিদা, ধেহি=হাপ্লিয়ু।

---

শ্রীকৃষ্ণ কাঙ্গনরবী ব্রজরমণীশিংনা শ্রীকৃষ্ণবু উদ্দেশ্য তৌরগা প্রার্থনা থংহনবগী মতাং অসিদা মখোঙ্গী থম্মোইদা শ্রীকৃষ্ণগী মতিক মগুণ ফজবা কয়া কোংদোকই। গোপীশিংনা মাগী মাগী ভাবতা ঐশ্বর্য্যতু বর্ণনা তৌরগা কনা লৈজদবী অতোনবগা লোঙ্গননা পুক্লিংগী অপাম্বা অদু থংহনখরে। "ন খলু গোপীকানন্দনো ভবা নখিল......" অসিনচিংবা মথক্তা বর্ণনা তৌপ্রবা ব্রজগী রমণীশিংনা কৃষ্ণগী নিংথিবা কয়া বর্ণনা তৌরগা "বিরচিতা ভয়ং বৃষ্ণিধুর্য্য......" অসিনচিংবা শ্লোক্তা প্রার্থনা তৌখরে—হে বৃষ্ণিকুল কমল প্রভাকর! ইবুঙোনা ঐখোঙ্গী ইকোকথকসিদা খুৎ থম্বালদু থম্বিরগা ঐখোঙ্গী পুম্নমক নিজদাসী ননাইনি হাঙ্গৈবসি য়াবিরো। নহাক্কী খুৎ থম্বাল করি অমুক হাঙ্গগনি মহৌশানা করকমল (খুৎ থম্বাল) না দেহদা লৈবা পাপ কোকপিরিবনি, তৌইগুম্বসুং নহাক্কী খুৎ থম্বাল অসিনা হেক শোকপদা জীবগী থম্মোইদা চান্নম্বা মৈচাক কয়া মুৎলিবনি।

(ক) অকামঃ সর্ব্ব কামো বা মোক্ষ কাম উদারধীঃ।
তীব্রেণ ভক্তি যোগেন যজেত পুরুষং পরং ॥
ইতি—(শ্রীভাগবতম্)

(খ) ভুক্তি মুক্তি সিদ্ধি কামী সুবুদ্ধি যদি হয়।
গাঢ় ভক্তি যোগে তবে কৃষ্ণের ভজয় ॥
(চৈতন্যচরিতামৃত)

---

মথোঙৈনা হন্না হন্না পোকপা শিবনচিংবা সংসারগী জীবনা হঙৎ হন্দা চংজকম ওইরিবনি চংজবিবনি। মবম অসিদগী পণ্ডিত ওইবশিংনা পুন্নমক থাদোক্লগা মতম পুন্নমক্তা মহাক্কী শ্রীচরন্দা চংজনবগীদমক্তা চেষ্টা তৌহুনা লৈরি।

(ক) অপাম্বা লৈত্রবা পরম ভক্ত, মুমুক্ষুশিংনা সুবুদ্ধি ওইবা হুমদ্রবদা পুন্নমক থাদোক্লগা মথোঙৈনা পরম পুরুষ শ্রীভগবানগী চরণতবু নিংহুনা লৈত্রে চংনত্রে।

(খ) মসিগী মরমদা গৌরীয় বৈষ্ণবাচার্য্য শ্রীপাদ গোস্বামিনা সমালোচনা তৌহনসু থংহনখরে। মথক্কী কৃপাগী প্রেম সম্পদ, মথক্ক মখা অম্নাম্বা অরাবা, অত্তোনবা কয়া অসি নিবৃত্তি ওই হাঙৈরিবনি। মরম অসিদগী প্রেম্না তিনবা ভক্তশিংনা প্রেম সেবা অসিদা অপনবা লৈতনা চংশিল্লকখরে। একান্ত ভক্তশিংগী করিগুম্বা মথলগী ভোগ অহু পামলুদ্রবসু মথোঙৈনা শ্রীকৃষ্ণগী সেবাদা মতিক চাবা ত্রিবর্গ সম্পত্তি অহুদা পামজহুনা চংনরি। প্রেম্না তিনবী ব্রজরমণীশিংনা অসিগুম্বা ভাবতা কৃষ্ণগী মথল মখা অয়াম্বা গুণশিং বর্ণনা তৌরগা মথোঙৈগী চংজনবগী মতিক মগুণ অহু কীর্ত্তন শক-শোনখরে মসিদা মথোঙৈগী প্রেম হেন্দংলকপা অহু ফোংদোকলিবনি।

(গ) শুন আহে বৃষ্ণিকুল কমল প্রভাকর।
মোদের মাথায় দাও তোমার কমল কর ॥

---

শ্রীকৃষ্ণ প্রেয়সী রমণীশিংনা মথল মথা অয়াম্বা ভাবশা শ্রীকৃষ্ণগী কর কমলগী গুণ অদু বর্ণনা তৌরগা মমৈ থংদা হাঙ্গখি—হে বৃষ্ণি কুলতিলক! ইবুঙোগী খুৎ থম্বালগী গুণ অসি করি অমুক হাঙ্গগনি। "শ্রীকরগ্রহম্" থোঙ্গনা নিংখিজরবা খুৎনি পুম্নমক্না খংনরবনি।

সম্পত্তি পুম্নমক্কী দেবতা ওইরিবী লক্ষ্মী দেবীনা নহাকপু খুত্তম চল্লগা গোকুলদা লৈথ্রবনি, মসিমক পুক্কি-দা খল্লিবনি, কমলা লক্ষ্মীনা অদুগুম্বা নহাক্কী কর কমল অদু লৌখরে। মরম অসিদগী নহাক্কী খুৎ অসিদি অযাম্বা সম্পত্তিগী চংক্লফমনি। হে কান্ত! মতম অসিদা নহাক্কী কর কমলদা কংথোকচরবনি। ঐখোঙ্গনা মসিমক্ত হাঙ্গজরি - নহাক্কী চরণ সেবাদা মতিক চাদবনি হাঙ্গদুনা ঐখোঙ্গনা ভয়ঙ্কার- পিরবস্লু, হে যদুবংশগী মণি! হিংজবশিংগী অপাম্বা পুম্বা থুংহনবিবা, পোকপা, শিবা তাইবং লোনচৎপু কিজদুনা শ্রীচরণ থম্বালদা চংজরক্লিবশিংবু অকিবা কোক্লবনি খনরিদুনা লক্ষ্মীবু অলিঙ্গন ওইবিখিবা শ্রীহস্ত পদ্মনা ননাই ওইবীশিংগী ইকোক্তস্থু অমুক্রদি পম্বিয়ুগবা।

(গ) তাবিয়ু বৃষ্ণিবংশগী শাৎলিবা থম্বাল অথোঙ্গবা ইবুঙোগী শ্রীহস্তনা ইকোক অসিদা হাপ্পিরগা কাম কৌব। ম গী রাখল কোক- হনবিয়ু। ইবুঙোগী খুৎ থম্বালদি অকিবা কোবা দেবতাস্মু লাপনা চেনখিবনি। হে কান্ত! পিমবিরো প্রেমগী ভীক্ষা ফংহনবিরো, ননাইনা অতে অমা পাম্বক্রে।

ব্রজ জনার্ত্তিহন্ বীর যোষিতাং নিজ জন স্ময় ধ্বংস ন স্মিত।
ভজ সখে ভবৎ কিঙ্করীঃ স্ম নঃ জলরুহাননং চারু দর্শয় ॥ ৬

অন্বয়ানুবাদ। ব্রজ জনার্ত্তিহন্! = হে! ব্রজদা লৈরিবশিংগী অরাবা কোকপিরিবা (অকনবা পুন্নমকপু ওম্বা), নিজ জন স্ময ধ্বংস-ন স্মিত= মশাগী ওইবশিংগী নাপনবু মাংহল্লগা মোনোন নোকলিবা, সখে= হে মরুপ! ত্বং=ইবুঙো নহাক্‌সে, ভবৎ কিঙ্করী=ননাই ওইজবিবা, নঃ=ঐখোঈ পুন্নমকপু, ভজ – পুক্লিংগী অপাম্বা মপুং ফাহনবিরো, চারু=থোঈনা নিংথিজরিবা, জলরুহাননং=নহাক্কী মাইথোং থম্বালদো, যোষিতাং=ব্রজবাসি ব্রজগোপী ঐখোঈ পুন্ন-মক্তা, দর্শয়=উহনবিরো ॥ ৬

---

শ্রীকৃষ্ণ কাঈনবদা অরাবা তারবা ব্রজরমণীশিংনা ওহানবা মক্তদা মকোক্তা খুৎ খাঙ্গৎলগা মখোঈবু দাসীনি হাঈনা থংহল্লগা মথং মথং মখোঈগী পুক্লিংগী অপাম্বা অদু ফোংদোক্লগা হাঈজখি—হে ব্রজ-জনার্ত্তিহন্! নশাগী ব্রজদা লৈবিবা ঐখোঈগী অরাবা কয়া মাংহন্দুনা লৈবিরিবনি। কৃষ্ণ নহাক্কী কৃপাতনা ব্রজদা লৈরিবশিংগী কবিগুম্বা অরাবা অমা লৈহনবিদবনি। বকাশুর মাংহনবা, কালিদমন তৌবা, দাবানল-দগী মোক্ষ ফংবা গোবর্দ্ধন ধারণ অসিনচিংবা অরাবা কয়াসি ঙাকপিরক্লিবনি। অসুম্না অরাবা কয়া ঙাকপিত্নসু ঐখোঈদা নহাক কাঈনবগী অরাবদি লৈরি, অসিনা মরম ওইদুনা প্রার্থনা শ্রীচরন্দা কচ্চরি। মরম অসিনা ব্রজগী অরাবা মাংহনবিরিবা নহাক্না, হুমিৎ কয়ানিগী মতুংদা করম্বা মথলগী অরাবা কোকপিরগবনো? মসিমক

(ক) হে প্রিয় ! হে স্বজন গর্ব্ব খণ্ডণ কারিন্।
হে ব্রজ দুঃখক্ষয় বীর ! হে কৃষ্ণ ! হে অভয় !

(খ) ব্রজ জনের আর্ত্তিহর হে গোকুল বীর।
তোমার বিরহে মোরা হয়েছি অধীর॥
তোমার মধুর হাসি, নিজ জনের গর্ব্ব হানি,
দাসী করে বেধে রাখে চরণে তোমার॥

---

হাঙজরি হে সখে। নহাকপু উত্তরবদা ঐখোঙগী জীবন করি ওইগনি। মতম অসিদা অরাবনা শরুক ওইরবী ঐখোঙগী অরাবদা নহাকী মুত্তাইবা ওইরবস্ু ঐখোঙগী জীবন পুন্সিনা লোঙবা কান্দা অনুতাপ তৌরোইদরা ? নহাকী শ্রীচরণ সেবা ফংজবা অসিনা অপাম্বনি, ঐখোঙনা ধৈর্য্য, ধর্ম্ম, লজ্জা, কুল, শীল, মান অমস্থং ভয়নচিংবা পুম্নমক থাদোক্লগা নহাকী চরন্দা চংজরক্লিবসি কাওবিরগনুবা।

(ক) হে যদু বংশগী মণি! নিংজবশিংগী অপাম্বা ফংহনবা, পোকপা শিবা ধর্ম্মগী মপু ওইরিবা। শ্রীচরণ থাদা চংজবশিংবু অকি অথং কোকপিবা, লক্ষ্মীবু আলিঙ্গন ওইবিখিবা শ্রীহস্তনা ঐখোঙগী ইকোক্তা চানবিদুনা থম্বিরোগবা।

(খ) হে গোকুলগী অরাবা কয়া কোকপিরিবা কৃষ্ণ, ইবুঙোগী মোমোন নোকপা মিনোক উত্তরবতদা মশাগী নাপল মাংজরিবনি ইবুঙোবু কাঙনবা ভমজরোই ননাই ওইজবীদি, যোগী ঋষি থিবিক্লা ধ্যান জপ কয়া তৌদুনা তাঞ্জরিবা শ্রীচরণ সেবা পামজৈ ফংহনবিয়ু।

প্রণত দেহিনাং পাপকর্ষণং তৃণচরানুগং শ্রীনিকেতনম্ ।
ফণি ফণার্পিতং তে পদাম্বুজং কৃণু কুচেষু নঃ কৃদ্ধি হৃচ্ছয়ম্ । ৭

অন্বয়ানুবাদ । প্রণত দেহিনাং=নহাক্কী চরন্দা চংজরক্লিবশিংগী, পাপকর্ষণং=অয়াম্বা পাপ মা·হনবিরিবা, তৃণচরানুগং=যন্নাও-শিংনা নংগী তুং ইন্না চংলিবা অতুগুম্বা, শ্রীনিকেতনং=শ্রীলক্ষ্মীগী চংজকম. পিরিবা, ফণি ফণার্পিতং=কল্লবা কালিগী মকোক্তা তোংলগা তাণ্ডব জগোই শাখিবা, তে=ইবুঙো নহাক্কী, পদাম্বুজং=চরণ থম্বালবু, নঃ=ঐখোঙ্গী পুন্নমক্কী থম্মোইদা, নিধেহি=হাপ্পিয়ু, হৃচ্ছয়ং=থম্মোইগী মৈচাকপু, কৃদ্ধি=মাংহনবিয়ু । ৭

শ্রীকৃষ্ণ কাঙ্গনরবী ব্রজরমণীশিংনা গোপীনাথ উদবগী অরাবনা তপথবা ওমত্রহনা থনখি—হে গোপী কান্ত ! ইবুঙোগী বদনচন্দ্র দর্শন ফংজবতনা ঐখোঙ্গী সর্ববিধ তাপ ত্রয় কোকপিবনি হাঙ্গনা হঙ্গৎচরি মরমদি—রাসলীলা য়াওরিবী গোপীশিংসি মশাগী মুঙাইবা পাম্বা চন্দ্রাবলীগী কাওবুনা কাম ভাবতা নিংজবদগী শ্রীকৃষ্ণবু চন্দ্রাবলীনা শক্তুনা কামগী ভাব কোংদোকপনি । শ্রীমতি রাধিকাগী যুথগী গোপীশিংনা রাসলীলা থোগজবদি প্রেম সেবাদা থোগজবনি হাঙ্গবদি শ্রীরাধা গোবিন্দগী অপেনবনা মখোঙ্গীসু অপেনবনি হাঙ্গনা খল্লে । মরম অসি চৈঃ চঃ ১৯ পঃ দা হাঙ্গরি—আত্মেন্দ্রিয় প্রীতি ইচ্ছা থাকে বলি কাম । কৃষ্ণেন্দ্রিয় প্রীতি ইচ্ছা ধরে প্রেম নাম । অসুমা তোঙানবা রাথল লৈবনা বক্ষস্থলদা শ্রীহস্তপদ্ম থম্বিয়ু হাঙ্গবনি । গর্গাচার্য্য, ভাণ্ডরিনচিংবা মুনিশিংগী মফমদদি শ্রীচরণগী মৃত্তিক মণ্ডণ, কয়া শকলি শোল্লিবনি খুরুমজরিবনি ।

(ক) একোঽপি কৃষ্ণ সকৃত প্রণামঃ দশাশ্বমেধা মভৃথৈর্ন তুল্যঃ।
দশাশ্বমেধী পুনরেপি জন্ম কৃষ্ণ প্রণামী ন পুনর্ভবায়॥

কৃষ্ণনা ভক্ত-চূড়ামণি অর্জুনদা প্রণামগী মহাত্ম্য বর্ণনা তৌখ্রে—

(খ) মন্মনা ভব মদ্ভক্ত মদ্যাজী মাং নমস্কুরু।
মামেবৈষ্যসি সত্যং তে প্রতিজানে প্রিয়োঽসি মে॥

---

(ক) ভয়ারক হুম্না অশ্বমেধ যজ্ঞ তৌবদগী "অবভৃথ" স্নানগা লোইনরগা অমুক্তং শ্রীকৃষ্ণগী চরণ প্রণাম তৌবগা চাংদম্নবা য়াদবনি মরমসিনা ১০ রক হুম্না যজ্ঞ তৌরবস্মু মহাক্কী পুণ্য ময়েং তাহ্নিবনি। অমুক্তং মর্ত্ত লোক অসিগী মী ওইনা পোকচরগা শ্রীকৃষ্ণগী চরন্দা অমুক্তং খুরুমজবদা হুতাইজখিবা পুক্কিং অসিদি অমুক হুম্না পোক্কে হাঙরি।

(খ) হে অর্জুন। নহাক্কা ঐবু পুক্কিং অনি লোংদনা নিংলবদা ঐগী যজ্ঞনচিংবা কয়া তৌরবা অমসুং ঐবু পুক্কিং চংনা খুরুম্নবদি ঐগী চান্নবা ভক্তনি, নংগী নমকমদা (প্রতিজ্ঞা) রাশক্তুনা হাঙরিবসিনি।

ব্রজরমণীশিংনা শ্রীকৃষ্ণগী মকমদা হাঙজখি— হে চান্নবা! নহাক্কী শ্রীচরণ খুরুমজরম্নে মথল কয়াগী পাপ কোক্রিবনি। মসি ঐখোইনা খং-হৈরবা পণ্ডিত কয়াদগী হুম্না হুম্না তাজরবনি। মরম অসিদগী নহাক্কা ঐখোইবু-থৌজানবিয়ু অপরাধ কয়া ভাকশিয়ু। করি মরমদগী নলকুবের মণিগ্রীব-নচিংবনসু শ্রীচরন্দা চংজরগা কৃতার্থ ওইরিব্রনি। মতম অসিদা হে দয়াময়! থোংলবা নৌরবা শ্রীচরণ থম্বাল অহুনা ঐখোইগী-কল্লবা থম্মোইগা শম্নবদা য়ারগদবনে?

(গ) প্রণত জনের সর্ব্ব পাপ বিমোচন ।
বক্ষস্থলে দাও মোদের তব শ্রীচরণ ॥
পরম যতন করি লক্ষ্মী যাহা হৃদে ধরি,
নিরবধি কায় মনে করেন সেবন ।
যে চরণ কালিয় শিরে নানা ছন্দে নৃত্য করে,
সে চরণ হোক মোদের হৃদয় ভূষণ ।
প্রবল হৃদয় জ্বালা হউক খণ্ডন ॥

---

নহাক্কী শ্রীচরণগা শোক্ক-শয়বত্তু ননাইশিংগী অধিকার ওইত্রবরনে ? "তৃণচরানুগ" শ্রীচরণ অসিগী মরমদা, শোক্কবা অমদি সঙ্গ তৌবদা মতিক চাদ্রে অসিরা ? তিখ্যং, মুঙ্গাইগা তিন্নরবা বনগী লম্বীদা রাদ্রবা অহু ওইরবদি ঐখোঙ্গীগী বক্ষ স্থলদস্থ (থবাক্তস্থ) শোকপদা রাকম খোক্কে অমদি যগং, ঈরোইনচিংবগা লোইনবহুস্থ ঐখোঙ্গী খংদব। নত্তে শ্রীচরণ অসিনা অলঙ্কার তৌবিবদা ফজবা হেজংলিবনি ।

(গ) হে চান্নবা কৃষ্ণ ! ইবুঙোদি জীবগী পাপস্থ মাংহনবনি । থম্বালগী মওং মতৌ মাস্লিবনি, শ্রীলক্ষ্মীগী তম্পাক্তা শ্রীচরণ পিবিরিবনি, শ্রীবৃন্দাবনবু সেবা ফংহনবনি । কালিয়গী মকোক্তা পদ কমল হাপ্লিবনি, ননাই ঐখোঙ্গীগী হৃদিদস্থ শ্রীচরণ থম্বিরো । রসিক নাগর কচ্চরিয়ে, শ্রীচরন্দা জীবগী থরাই ওইরিবা, পাপ পুণ্য লৌবিগনু । উজরগা পেঙ্গ্গ ননাইনা চরণগী সেবা ফংজবা নত্তনা অতৈ অমা পামজদে । হে ললিত ত্রিভঙ্গরূপ ! গোপী পুক্কিং হুবা মাইথোং হৃদিগী কাইনা মৈচাক ইংহনবিরোনে হে বংশী ধারি !

মধুরয়া গিরা বল্গুবাক্য য়া বুধমনোজ্ঞয়া পুষ্করেক্ষণ।
বিধিকরী রিমা বীর মুহ্যতী রধরসীধুনা প্যায়য়স্ব নঃ। ৮

অন্বয়ানুবাদ। পুষ্করেক্ষণ=হে থম্বাল মানবা মিত্তানা নহাক্কী ওইবা! বীর=ইশাগী অথোবা ওইবশিংবু ঙাকপিরিবা, মধুরয়া=অমৃতগুম্না থুম্লবা অমদি ফজবা কয়ানম্ তিল্লবা, বল্গুবাক্যয়া=পুক্নিং হুবগী মশক ওইরবা নযাথংনা ইবুঙোগী ওইরিবা, বুধমনোজ্ঞয়া=বৈজ্ঞানিকশিংগী থম্মোই চিংশিল্লিবা, গিরা=মথক্তা হাঙ্গিরবা বিশেষণ রাঙাং অসিনা, মুহ্যতীঃ=মুক্নংপিরিবা, ইমাঃ=অসিগুম্বা, বিধিকরী =নহাক্কী ননাই ওইবশিংবু, অধর সীধুনা=নহাক্কী থুম্বা শ্রীমুখনা, নঃ=ঐখোঙ্গী পুম্নমক্কী থম্মোইদা, অপ্যায়য়স্ব=হাপ্পিরোগবা।

---

ইংনা নিংথিজরবা থম্বাল মিত্তানা লৈতেংলিবা, অমৃতগুম অমদি থোইদোক্লা পুক্নিং হুবগী মশক ওইরিবা, বৈজ্ঞানিক কয়াগী থম্মোই খুত্থম চিংশিল্লিবা (শুক্নংলিবা)। হে কৃষ্ণ! ইবুঙোগী ননাই ওইবী ব্রজরমণীশিংগী নাক্তগী লাপথোকপিরগনু।

মন্তব্য—মশাগী নুঙাইবা ইন্দ্রিয়গী পেন্নবা পাম্ববু কাম কৌই। শ্রীকৃষ্ণনা পেনবিনবা থন্দুনা তৌবা সেবাবু প্রেম কৌই। মরম অসিনা ব্রজগোপীশিংনা ইবুঙোনা পেনবিনবা হোৎনজবা সেবাদা রাসলীলা থোগঞ্জরিবা অসিদি প্রেম সেবাদা য়ুমফম ওইহুনা মপুঙ ফানবগীদমক য়াওজবনি।

গোপীশিংনা হঙ্গৎচৈ—হে ইবুঙো! গোপীশিংগী থরাই ওইবা, ইবুঙোগী নয়াথং কয়াদি জ্ঞান লৈরবা কবি কয়া পণ্ডিত কয়া ফাওবা

(ক) কঠোর ভব মৃত্বীবা প্রাণাঙ্ক মণি রাধিকে।
অস্তি নান্যা চকোরস্য চন্দ্রলেখাং বিনা গতিঃ॥

---

থাজহনা লৈরিবনি হাঙৈনা ননাই ঐখোঙৈদা তাকপিখিবদাই "কৃষ্ণগী থরাইদগী হেন্না চান্নরবী গোপীশা! ঐহাক নখোঙৈগী প্রেমনা পুন্দুনা মিংকুপ অমা থাদোক্তনা নখোঙৈগী নাক্তা লৈবনি থাজদবা তৌগনু"।

(ক) হে রাধিকে! নহাক অসি বাম ভগিনী (থাংবা কনবীনি) অমদি আস্বাদন তৌবদা থোৎ নৌরিবনি কৃষ্ণ ঐগী থরাইনি। অমত্তা ঙাইরবা চন্দ্রলেখাদগী হেন্দোকপা থাগী চকোরনি, অতোপ্পা অমা অমুক হাঙৈনিঙাই লৈত্রবনি।

হে ব্রজনন্দন! কনানা থংবা ঙমগনি, ইবুঙোনা নোংমা শ্রীমতি রাধিকাদা অস্নুম্না হাঙৈখিবদাইনে। অসিগুম্নবা রাঙাং অমদি খোইনা চৎপা শাথেক, মথগ কয়াগী বিন্যাস অমস্তুং হাঙৈরিবসি জগৎতা চাংদমনিঙাই লৈতবনি। মসিদা রসগী ভাব অয়াম্বা অলঙ্কারনা তিনবা অমস্তুং পুক্নিং চংবা, মতিক চাবা, রাখলগী অপাম্বা অহুগা লোইনবা খোংথাংগী ফজবা, মথল মথা অয়াম্বা খোম্থোক (রাঙাংদা) য়াম্না হৈ-শিংবা ফোংদোকই। মসিবু তাবদা জ্ঞানিশিংগী থম্মোইদা অর্থগী জ্ঞান, পরমা মন্দগী অমস্তুং থংদবা মীনা থংত্রবস্নু থম্মোই মুংদা ফোংদোকপা ঙমদবা মুঙাইবগী সমুদ্রগুম্বা ইফুৎ অমদি ফাওরকই।

শ্রীকৃষ্ণগা কাঙৈমরবী ব্রজরমণীশিংনা ইবুঙোগা লোঙৈননা তিন্নবহু পামখিবনা তপথনা লৈবা ঙমলক্রুহুনা মখোঙৈগী উদ্দেশ্যদা মথল মথা অয়াম্বা প্রার্থনানা থংহল্লগা নানা ভাবতা মখোঙৈ মখোঙৈগী অরাবহু ফোংদোক্লগা, কৃষ্ণগী চরণ পদ্মদা থম্বিবা পাম্বনি থংহনখ্রে।

(খ) ভবং কঙ্কণমিব শস্তুং হস্তাঙ্ক গতমেব মা জানিতেতি।
স্ফূর্ত্তি প্রাপ্তং তং বাক্য মাকর্ণ্য পরা আহুঃ মধুরয়া॥

(গ) পর্য্যাচিতা মৃত রসানি পদার্থ ভঙ্গি বল্গুনি,
বলগিত বিশাল বিলোচনানি।
বাল্যাধি কানি মদবল্লভ ভামিণীভি র্ভাবে লুঠন্তি,
স্মৃকৃতাং তব জল্পিতানি। ইতি বিশ্বনাথ।

---

(খ) হে ব্রজগী চান্নরবী গোপীশিং! নখোঙ্গগী খুত্তা শিরিবা সনাগী খুজি অত্তু তাহৌতুনা মাংখিনি হাঙ্গবস্তু খন্দে, অত্তুগা তাস্তু তাহৌদে, অত্তুগুম্না কৃষ্ণ ঐনা নখোঙ্গগী থম্মোইদা লেংদমা লৈবনি। অস্তুম্না তাকপিখিবা ফজরবা রাহৈশিং অত্তু নিংশিংলতুনা কনাগুম্বী গোপী অমনা হাঙ্গজখি—হে পুষ্করেক্ষণ! হৈশিংলবা ইবুঙোগী পুক্লিং শুম্মাংলবী গোপী ঐখোঙ্গগী হকচাংদা কাঙ্গনা মৈচাক অসি কোক-হনবিয়ু। অস্তুম্না শ্রীরূপবু উজরগা পেপ্পগে শৈথাতুনা শকচখি।

হে অথৌবা! ইংনা মিৎতা ফজবা। নিংথিজরবা শ্রীরূপকী মুংশিজরবা নয়াথংতনা পুক্লিং হুবা ওইজৈ, অথংবা কয়াগী পুক্লিং ফাও খংবিরিবা ইবুঙোনি, ঐখোঙ্গগী পুক্লিং খংনা ননাই ওইগ্রবী ব্রজগোপীবু অধরামৃত পিবিতুনা শ্রীচরণগী সেবা ফংহনবিরো।

(গ) হে গোপীবল্লভ! নহাক্না মতম অসিদা ময়াই কারবা গোপাঙ্গনা শিংগা লোঙ্গমনা প্রেম অলাপ তৌবা হৌরবরনে? মতম অসিদা নহাকী ঈশ্বরগী ওইবা অমৃত চেল্লবা মপুং ফারবা রাহৈ অমদি মগুণ কয়ানা তিল্লবা ভঙ্গিদা থোঙ্গদোক্না পুক্লিং হুবগী মশক ওইবা

(ঘ) বচনা মধুনোহপি মঞ্জুনা মধুরার্থেন সুকোমলেন নঃ।
চিরকাল মুপোষিতে ইব শ্রবনে জীবিত নাথ তর্পয় ॥
দরহাস সুধাম্বু ধারিণা মধুরেণা ধর বিম্বসী-ধু-না।
ত্বদদর্শন শোক সোষিতা দয়িতা প্যায়য়িতুং ত্বমর্হসি ॥

---

অমস্তুং পাক চাওরবা মিংযেংগা লোঙ্গননা মভিক চারবা কৈশোর বয়সকী ওইবা চন্নবা রাঙাং অমদি মিংচৎ লৈবশিংগী ভাব লাকশিনবা ওইদুনা মখোঙ্গী পরম আনন্দগী রস অদুদা ফংহনবিবি।

প্রেমবতী ব্রজরমণীশিংনা শ্রীকৃষ্ণবু লক্ষ তৌরগা হাঙ্গজরিবনি — হে কমল নয়ন! অসিগুম্বা থুম্নবা রাহৈ কয়া অসি তাবদা আত্মা অসিদি লৈক্ষম থংজদ্রে অমস্তুং পুন্নমক থাদোক্লগা মপোক মপোক খুদিংগী ইবুঙো নহাক্কী শ্রীচরন্দা ননাই ওইজরিবনি, তৌইগুম্বস্তুং লাইবক থিবদগী নহাক্কী শ্রীচরণ ফংজদদুনা ঐখোঙ্গ অসে মৃত্যুগী দশা ফংলগদবনি। মতম অসিদা নহাক্না নহাক্কী অধরামৃত পিদ্রবা ঐখোঙ্গী জীবন অসি ঙাকপিদ্রবা অদু ওইরবদি ঐখোঙ্গী অমুক হন্না গতি লৈজদরে। মরম অসিদগী ইবুঙোগী মত-না দান তৌবগী মাইকৈদা ফংগুমদ্রবা অধরামৃত অদু পিবদা করিসু ওইথোক্লোইদবা নত্তে অখোইবা দয়া-বীর; পুন্নমক্কী মক্মদা থৌজানদু পিনবিরো।

(ঘ) হে থরাইগী মপু! থুম্বদগী হেন্না থুম্নবা অথুম্বগী অর্থতনা তিল্লবা অমস্তুং থোৎলবা নৌরবা রাহৈগী মুঙাইবা অসিনা নাকোং অনি অসিদা তাবদা মুঙাইবা কয়া পোকহনবিরে। হে চান্নবা! নহাক্কী মোমোন নোকপগী শেংলবা মধুর অমৃত অদুনা ঐখোঙ্গ পুন্নমক্সে পা।নহাল্লবা।ন।

তব কথামৃতং তপ্তজীবনং কবিভী রিড়িতং কল্মষাপহম্।
শ্রবণ মঙ্গলং শ্রীমদাততং ভুবি গৃণন্তি যে ভুরিদা জনাঃ ॥ ৯

অন্বয়ানুবাদ। তপ্তজীবনং=চাক্লবা হাঈবদি শ্রীকৃষ্ণ কাঈনবগী মৈচাক করি চাঈগনি সংসারগী অরা-মুঙাই কয়াদগীসু চিংলি শিরগ-দবদগীসু ঙাকপিরি অমসুং মুক্তিসু পি, কবিভী রিড়িতং=জ্ঞান লৈবশিংনা মথল কয়াগী ভাবনা স্তুতি তৌরি, কল্মষাপহং=পাপকী অরাবা কয়াবু ঙাকপিবিবা, শ্রবণ মঙ্গলং=তাবতদা মঙ্গল পিরিবা পুন্নমকপু ডমহল্লিবা, শ্রীমৎ=পুন্নমক্কগী অথোইবা, আততং=পুন্নমক শিন-থুংলিবা, তব কথামৃতং=অরাবা কযাসু কাওথোক্লিবা থোইনা থুম্নবা নহাক্কী কথানি, যে=অয়াম্বা মী পুন্নমক্কা, গৃণন্তি=লৌন-বিবা উচ্চারণ তৌনরিবা শক-শোন্নরিবনি, ভুবি=জগৎ অসিদা, তে=জীব পুন্নমক্কা, ভুরিদাঃ=দাতানি পিনবিবনি হাঈনরিবনি।

---

শ্রীকৃষ্ণ কাঈনা মৈচাক ফংলবী ব্রজরমণীশিংনা রাখল কয়া তৌরদুনা শ্রীকৃষ্ণগী চরন্দা তোল্লবীনি থংহল্লদুনা অরোইবদা অসুম্না হাঈজগি—হে জীবিত বল্লভ! "কথৈব মৃতং মৃত্তিঃ কথৈব মারযতী-ত্যর্থঃ। কুতঃ জীবনং কস্মাৎ, তপ্তে তৈলাদৌ জলমিবেতি শ্লেষঃ" ॥ কৃষ্ণ কাঈনবগী মৈচাক্লা চাক্লবা ঐথোঈগী দেহসে হৌজিক হিংদুনা লৈরি মসি ঐথোঈ ধারনানা ফংলিবনি। মতম অসিদা ঐথোঈগী জীবিতাস্তদি মৃত্যুদি ওইদরি। ইবুঙোগী থুম্নবা প্রভাবকী ওইবা কথামৃতদি অমৃতনি; সাধারণ ওইবা সমুদ্র নৈবদগী থোকপনি, স্বর্গগী সুধা অমসুং জন্ম মৃত্যুদগী মোক্ষ ফংহল্লিবনি। অদু ওইদুনসু নহাক্কী

(ক) যানি বৃতি স্তম্ভভৃতাং তব পাদ পদ্মধ্যানাৎ,
ভবজ্জন কথা শ্রবণেন বা স্যাৎ।
সা ব্রহ্মণি নিজমহি মন্যপি নাগমাভূৎ,
কিংত্বস্তু কাসি লুলিতা পততাং বিমানাৎ॥

---

কথামৃত অসিদি স্বর্গগী সুধা অমৃতগা চাংদম্নরুবা য়াদে মোক্ষস্ম নস্রে থাজৈ শেংবা অমৃতনি। অতোপ্পা করিগুম্বা অমৃতগা লোঈননা চাংদম্নরুবা য়াদ্রে। স্বর্গগী সুধা অমৃত ওঈরবস্ম মহাক্কী অশুম্না থুম্বা অতুদি ওইদ্রবনি অমসুং মোক্ষগী মশক ওইবা অমৃতনি হাঈরবস্ম অনুভব তৌগনি। তৌইগুম্বসুং নহাক্কী কথা অসি শকপা শোনবদা থোইনা মুঙাই আস্বাদন ফংলিবনি, অসিদি লোইবা নাইদে অমসুং মসি ইবুঙোগী রূপনি, গুণনি, লীলানি, পুম্নমক্ক মপুং ফারিবনি। মুঙাইবগী ঙমখৈ লৈতে, অতৎপা লৈতনা ঈথক-ইপোম মুঙাইবগী সমুদ্রদা লুপ্তুনা লৈরিবনি হাঈবদা হাঈমল্লোই। মরম অসিদগী ভক্ত চূড়ামণিশিংনা নানা ভাবতা—ব্রহ্মা, শিব, চতুঃসন, নারদ, ব্যাস, শুক, ধ্রুব, যোগী-ঋষি অমসুং কবিশিংনা অতৎপা লৈতনা নহাক্কী কথামৃত আস্বাদন তৌহুনা লৈগ্রবনি কথামৃত-তনা প্রসিদ্ধনি।

(ক) ভক্ত চূড়ামণি ধ্রুবনা যমুনা মপান্দা মধুবন্দা তশেংনমক শ্রীনারায়ন নিংজখি উনবা ফংখি, মতম অতুদা মহাক্কী স্তুতি প্রসঙ্গদা হাঈজখিবনি। হে নাথ! নহাক্কী পাদ পদ্ম ধ্যান নিংজবদা, ভক্ত চূড়ামণিশিংগী ৱারী তাজবদা জীবগী থোইদোক্লা মুঙাইবা ফাওই। অতুগুম্বা মুঙাইবা অতুমক্লা ননাইদা অথোইবা জ্ঞান অতুমক্তি ওইদে, হন্না হন্না মতমগী থায়াত্তা তাই শ্রীকৃষ্ণ সেবাদদি মতু ওইদে।

তথাহি ভক্তি রসামৃত সিন্ধু,—

(খ) শ্রবণং কীর্ত্তণং বিষ্ণোস্মরণং পাদ সেবনং।
অর্চ্চনং বন্দনং দাস্য সখ্য মাত্মনিবেদনং॥

শ্রী শ্রীচৈতন্যচরিতামৃত মধ্য লীলাগী ৮ পরিচ্ছেদদা মপুং ফানা শ্রীগৌরাঙ্গগী চবন্দা মনাই রামানন্দনা গদাবরী তীর্থদা হঙ্গৎচখরে।

(গ) প্রাগসঙ্গ তয়োর্ভাবঃ পূর্ব্বরাগো ভবেদ্ দ্বয়োঃ।
স পূর্ব্বরাগো মানশ্চ প্রবাসাদি ময়স্তথা।
বিপ্রলম্ভো বহুবিধো বিদ্বদ্ভি রিহ কথ্যতে॥

---

পূর্ব্ব প্রসঙ্গদা কৃষ্ণগী নাম মহিমা বর্ণন তৌব্রে 'এক কৃষ্ণ নাম' শ্রীকৃষ্ণগী নাম অমুক্তং শোনবদা নুঙাইবদি সমুদ্রনি। ব্রহ্মানন্দগী নুঙাইবদি করি হাঙ্গনি—তন্দন্না ডানবগুপ্নি। মরম অসিদগী ব্রজ গোপীনা—হে ব্রজ নাথ! তব কথামৃতদি হাওবদগী হেন্না হাওই হাঙ্গনিংঙাই লৈত্রবনি অমৃতনি, ফংদে কদাঙ্গদস্ন। মতম পুম্নদা নামগী নামি ওইরিবা ইবুঙোবু দর্শন ফংহনবিয়ু ইবুঙোগী নামামৃতদি তব কথাদি মৃতং (শিতল্লি) নাম সেবা তৌজবতনা শিবা ফংহনবিয়ু। মত্তাং অদুদস্ত উহনবিয়ু ফংহনবিয়ু শকচরি কচ্চরি। তব নামনা জীবগী নাকোং খুদিং চংখিবদা থাঙ্গে শেংনা জীব পুম্নমক্কী মঙ্গল কয়াগী মঙ্গল ফংহনবি।

(গ) চান্নরবা নায়কা তান্নগী ওইরম্বা শক্তম অমদি কেনবা শাওনবা, লংকৈদা চংখিবা অমম্নং হল্লকপনচিংবা মথল কয়াগী অপ্রসঙ্গ ওইববু হরাওমিন্নরকপনচিংবা (বিপ্রলম্ভবু) পূর্ব্বরাগ কৌই।

যস্যাঃ প্রেমার্দ্রয়া কৃষ্ণঃ কান্তঃ পার্শ্বং ন মুঞ্চতি।
বিচিত্র বিভ্রমা সক্তঃ সা স্যাৎ স্বাধিন ভর্তৃকা॥
ন দানং ন তপো নেজ্যা ন শৌচং ন ব্রতানি চ।
প্রীয়তে অমলয়া ভক্ত্যা হরি-রন্যদ্ বিরম্বনং॥

---

শ্রীমতি রাধাগী প্রেমগী গুণনা খুড়ম চনখিবনা কৃষ্ণনা ইবেম্মগী মনাক্তগী লেংথোকখিদ্রে যুগোল সেবা ওইথরে।

মন্তব্যঃ— ১। শ্রবণং—পরীক্ষিৎনা শ্রীমদ্ভাগবত তাজখিবনা মুমিৎ (৭) নিদা কৃষ্ণ ফংজখি। করম্না তাখি—পূর্ব্বরাগেণ তথাহি—ভক্তি রসামৃত সিন্ধৌঃ ৮২৮ পৃঃ সনাতন গোস্বামি বাক্যং।

২। কীর্ত্তণং—নারদঃ প্রবাসে চাপি কীর্ত্তণং। উজ্জ্বল নিলমণি।

সত্য যুগতা শ্রীনারদনা শ্রীকৃষ্ণ নাম শোঙ্গ-শকচবতনা য়ুগ মরিদা য়োগে খনবা মফম খুদিং যৌখি। উন্ননিংইবা মনাই অন্নাবনা মুঙাই-ববু আক্রমন তৌরবশিং উন্নখি পেনজখি। দ্বাপুর যুগতা শ্রীরাধা কৃষ্ণ ফংদ্রবদা বৃন্দাবন্দা লাক্লুনা ইবুঙো ইবেম্মা অনি দর্শন ফংজখি। ইবেম্মগী তুংগী ওইরক্কদবা কয়া বৃষভানু নিংথৌদা থংহল্লম্মি। ঙসি ২৮ শুবা কলিদদি নারদ অমু শ্রীব্যাস ওইবিররে।

৩। বিষ্ণোস্মরণং—প্রহ্লাদ প্রেম বৈচিত্র্যে। চৈঃ চঃ মধ্য খণ্ডে।

প্রহ্লাদনা মপাবুং হিরণ্যকশিপু (মপা নিংথৌবু) হরি শোন্নবা মমাগী (কয়াধু) গী গর্ভদা লৈরিঙৈদা শ্রীহরিনা তাকপিখিবা খিবিক হাঈরবদা ব্রহ্ম শাপনা শ্রীহরিবু য়েক্লবনি খনখিবনা হেন্না হেন্না অস্তুম শাওরকপদগী মচাদা দণ্ড কয়া পিরবদসু, পাবুং মহারাজ হরিবু শোল্লু মতৌ অস্তুম্না প্রহ্লাদনা হাঈজরবদা, মপাবুংনা হংলকই—প্রহ্লাদ!

হাঙৈয়্ নংগী হরি কদাইদা লৈ ? পিতা মহারাজ ! শ্রীহরি ইবুঙোদি মফম পুম্বদা লৈতবা লৈতে, নিংবিয়্ শোনবিয়্ হরি হরি······।

ইবুঙো মহাক্তি মফম খুদিংদা শিনবা থুংনা লৈ হাঙৈজবা মচাগী রা তাবদগী···অদুদি ঐগী লীকলাই য়ুম্বী অসিদসু লৈবরা হাঙৈরম্লগা খুৎতুম্না থোমগে চেনশিল্লকপদা, লীকলাই য়ুম্বী অদু চেৎখাইরকুনা শ্রীনরসিংহ দেব দর্শন ফংহুনা হাঙৈজরক্লে—হে প্রভু ! ননাইবু শ্রীচরণ অমুক্তদি ফংহনবিরো। অসুম্না হিরণ্যকশিপু শ্রীচরণ ফংহনখি।

৪। পাদ সেবনং—লক্ষ্মী রসাতলে চ সেবনং।

সমুদ্র নৈবদা থোক্লকখিবা শ্রীলক্ষ্মীনা ভগবান নারায়ন, শ্রীপাদ সেবা ফংজৈ, ওসি বৃন্দাবন্দদি গোপী মপোক ফংখিদে অদু ওইরবসু ইবুঙোগী লীলাগী সেবাদি ফংহনবিখ্রে। অমদি ভক্ত বলিরাজবুসু রসাতল ফংহনবিখি।

৫। অর্চ্চনং—পূজায়া পৃথুরাজা কুঞ্জ সেবায়াম্। কুঞ্জ সেবানা শ্রীকৃষ্ণবু পৃথুরাজনা ফংজখি।

শ্রীমদ্ভাগবতদা হাঙৈখ্রে—ফত্তবনা অফবা মচা ফংই, অফবনসু ডাকু পোক্তবা নত্তে।

বেন নিংথৌ. প্রজাবু ওৎ-নৈহুনা পাল্লম্মি। মপুন্সি তেনবনা (শাংদবনা) মৃত্যু ওইখ্রবদা, বেনগী মহারাণী ওইবী কয়ানা বিলাপ তৌখি। নিংথৌ অমা হাপত্রবদি নিংথৌগী সংস্কার তৌনরক্তবনা, তেংথাজরকই—হা মহারাজ ! করিনো হৌজিক তৌগদৌরিবসি ? উপায় লৈত্রবা রাণীনা বেন রাজগী মশা পাঙৈহুনা নোইর-নোইরহুনা, রাণীনা অসুম্না নোইবদগী য়াম্না পিকপ্রবা "পঞ্চ ভূতকী" মুর্ত্তি অমা

বেন রাজদগী লৈমায়দা চোংথোরকখি। মুর্ত্তি অদু ঙাইহাক্কী মনুংদা অসুম অসুম চাওখোরকপা, কোনুংগী পাত্র মন্ত্রীনচিংবা কয়ানা উবে পার্থিব শরীর ওইদুনা থোরকখিবদগী "পৃথুরাজ" হাঙৈনা মিংথোন্দুনা নিংথৌগী ফম থিন্দোক্লগা, মপাবুং বেনগী সংস্কার তৌখি।

অথোইবা ভক্ত পৃথুরাজগী হাকুক্তা শান্তি পুর্ণ ওইবা মরৈপাক ফংখি। পৃথুরাজনা শ্রীকৃষ্ণগী সেবা নীতিগী তত্তনা (কাঙৈদনা) কচ্চবা পামখি। খল্লুরগা দ্রব্য পুন্নমক মতম খুদিংদা চপ মান্ননা ফংদে, 'জল' হাঙৈবসিদি বড় ঋতুদা মুমিং থানা ঙাল্লিবা মথৈ ফংদবা লৈত্তে হাঙৈবদগী শ্রীকৃষ্ণ পাদদা ঈশিং খুজোক ৩ নীতি নীতিগী মফম মফম কুঞ্জ কুঞ্জ খুদিংদা কচ্চবগী মহৈ কৃষ্ণগী শ্রীচরণ ফংজখি।

৬। বন্দনং—মানেহপি চ বন্দনং। বন্দনা ভক্তিনা অক্রুর ভক্তনা শ্রীকৃষ্ণ ফংজখি।

শ্রীকৃষ্ণ হাৎনবগী হিংচাবা কয়া কয়া থাগ্রবদা শিবা (মা'বা) নত্তনা কাম্নদ্রবদা কংস মহারাজনা চিন্তাগ্রস্ত ওইরবদা, শ্রীনারদ অন্তস্পুরদা লেংবিরকখ্রে। কংসনা হংজৈ—হে দেবর্ষি! তাকপিয়ু করি কররম্না কৃষ্ণ হাৎপা ঙমগনি?

নারদ মুনিনা হাঙৈরকই—কংস, ধনুর্যাগ তৌরো···শোইররোই উপায় হাঙৈববু। কংসনা হংই—নিমন্ত্রণদি কনানা চৎকনি? কংসগী ৱা তারগা নারদনা—ননাও অক্রুর চৎহল্লো। হাঙৈবদগী কংসনা অক্রুর কৌদুনা বলরাম কৃষ্ণগী নিমন্ত্রণ চৎলু হাঙৈখ্রে। ময়াম্বগী ৱা তারগা অক্রুরনা খল্লি ··· চৎলগে ইয়াম্বনা কৃষ্ণদা অতৎপা লৈত্তনা অপরাধি ওইরুবগী ফলনা ঙসি ঐগী অরোইবা মুমিং হাঙৈবদু ওইরনি, মুঙাই-জরে। পেম্না নাম শোঞ্জগে অমুম্না অক্রুর শ্রীবৃন্দাবন বন্দনা বচ্চখি।

(ক) জয় শ্রীমদ্‌বৃন্দাবন ধাম রম্যং দ্বাদশ বন শোভিতম্ ।
শুদ্ধ স্বর্ণ ময়স্থানং কল্পবৃক্ষ সুশোভিতম্ ।
নানা পুষ্প বন রম্যং তত্র গন্ধেযু পূর্ণিতম,
প্রিয় নর্ম্ম সখী বৃন্দে সেবন স্থান শোভিতম্ ॥
"হে রাধে হে কৃষ্ণ দীনং মাং চরণ সেবাং প্রাপয়তু" ।

(খ) গমন মধুর শান্তং সর্ব্ব যোগেন্দ্র কান্তং,
নব নব শিশু মধ্যে কিঙ্কিনি জাল রূপম্ ।
জয় জয় ব্রজনাথ কৃষ্ণচন্দ্রং নতোঽস্মি ॥

---

(ক) শ্রীচরণ য়োনা চংজবা ওমদ্রবা মনাইগী নাক্তা শ্রীকৃষ্ণ লেংখোকপিরক্লে থোজানগী মবুঙো ব্রজনাথ । মনাই অক্রুরনা উরগা শ্রীচরন্দা ভক্তি কৎচৈ "গমন মধুর শান্তং সর্ব্ব যোগেন্দ্র কান্তং ···"।

অসুম্না শ্রীচরণ তম্না চংজবা ওমদ্রবা মনাই অক্রুরবু প্রেমা ভিগিয়তে পুশিনবিহুনা কৃপা ফংহনবিখি । শ্রীকৃষ্ণ দর্শন ফংজরগা প্রাণ থাদোকচরগে খঞ্জবা মনাইবু কৃপা পিবিখি । শ্রীচরন্দা ভক্তি ভীক্ষা নিজখি—"শ্রীরাধাগোবিন্দ যুগল চরণ মাথে দেয়া গো । আমার অন্ত কালে দুহার চরণে রাখি বো" । অসিগুম্বা প্রার্থনা কচ্চহুনা শ্রীকৃষ্ণবু থম্মোই নুংদা নিংজরকপা, মপান থোকপা ওমজখিদ্রবা মনাই ভক্ত অক্রুর যুগোল সেবা ফংহনবিখি ।

৭ । দাস্যং—দাস্য ভক্তিদা পবন সুতঃ হনুমাননা রাম দাস ফংখি মরু ওইবদি শ্রীরাম বনগী সেবা চহি ১৪ লোয়্নহুনা অযোধ্যাদা রাম, সীতা, লক্ষ্মণ, হনুমান, সুগ্রীব অমসুং ভক্ত বিভীষণ পুন্নমক লোঈনহুনা অযোধ্যাপুরদা লেংলক্নুনা কোজাগর লক্ষ্মী পূজা অমদি

দ্বিপান্বিতানচিংবা পর্ব্বদিন কৃত্য মুংঙাইরবা থৌরম কয়া হৌজিক ফাওবা চৎনরিবা ধর্ম্ম কৃত্য খিবিক হৌদোকপিরম্মে। নোংমদি মতমনা শ্রীরামচন্দ্রস্মু চহি ১৪ অরাবা খিবিক লোমখিত্নুনা অযোধ্যা-পুরগী মুংঙাইরবা খিবিক ফংলক্লবদা সংসারগী প্রকৃতি লীলা কয়া নিংশিংলক্লে। সতি ওইবী সীতা রাণীনা চরণ থৌগঞ্জরি, মণি মুক্তা কয়ানা শেম্লবা ফজরবা সনাগী কাংথোন থক্তা। মনাই হনুমানস্মু মবুভোগী মাংদা সেবা থৌগঞ্জরি। মতম কুইনা রারক্লবা মৈচাক্লা মনাই হনুমান তুম্মিংলকপা (নিদ্রা) না থাংবা ঙমদ্রত্নুনা হকাম চল্লকই অসি ফাওবদা শ্রীহনুমান্না খুৎকাপ্পী (অঙ্গুমলক) কাপলগা থাংজখি। মতাংসি য়ৌরকপদা মবুঙো শ্রীরামচন্দ্রনা—দাসরথি পোত্থাজরুরো রাররিগনি, রাম ঐগীদমক নংনা রাখিবা কয়া এ পোম্লে নহাক অমর পদবি ফংজরো। অসি হাঙৈত্নুনা কৃপা পিবিখি. শ্রীরামচন্দ্রস্মু লীলা কারণগীদমক হয়েং ভুংদা "লব" হাঙৈনা থংনরক্কদৌরিবা মচা ইবুঙো, মমা ওইজনী সীতানা গর্ভ লক্ষণ ফংজখি।

৮। সখ্যং—অর্জ্জুনঃ মহারাসে ভাবেৎ সৌখ্যং সাম্ভোগা অনিবে-দনম্। সখা ভক্তিদা পাণ্ডুপুত্র (কুন্তীসুত) অর্জ্জুনত্না শ্রীকৃষ্ণ সখা ওইখি। শ্রীভগবান্না মনাইবু সখা অস্থুম্না কৌবিখি, অদুম ওইরবস্মু মনাই অর্জ্জুন্নদি "প্রভু" অস্থুম্না হঙৎচৈ থৌগঞ্জে শ্রীচরণ সেবা ফংখি, অরাং-অপা লৈখিদে। চহি ১২ বনগী সেবা পঞ্চ পাণ্ডবশিংনা চহি ১ লোৎপা লোমগ্রবস্মু লাল নত্রবদি হাঙৈনা দুর্য্যোধনগী কুনিতীনা মহাভারত লাল শোক্লখি পাণ্ডবনা জয় ওইখি; হস্তিনাপুর মরৈপাক সেবা ফংজখি করিস্মু অরাং-অপা, অত্রাবা, লৈখিদে পাণ্ডবশিংদো।

৯। আত্মনিবেদনম্—

বলি রাজা কদা রাধাদাস্যামৃত সর্ব্ব মূর্দ্ধ্নি প্রেমাভিধিয়তে।
ত্রিপাদূর্দ্ধ উদৈৎ পুরুষঃ পাদোস্যে হা ভবৎ পুনঃ।
ততো বিষঙ্ ব্যকরা মত্ সাশনা নশনে অভি॥

মাগী মতমনা লোঙ্গিবল্লবা কালদদি মশাগী খুৎলাই গাণ্ডিব ক্লিকং খাঙ্গৎপা ভমখিদ্রে। শ্রীবৃন্দাবন্দা কৃষ্ণ দর্শন লাকচখি মবুঙো দর্শন ফংবা ভমখিদ্রে, গুরু কৃপা, শ্রীকৃষ্ণ কৃপানা মনাই অর্জ্জুনবু সখী মঞ্জুরী ফংহনবিরক্লন মবুঙো মবেন্মা (শ্রীরাধাগোবিন্দ) যুগোল দর্শন অমদি শ্রীরাধিকাগী কৃপানা ফংভমক্রবা মহারাস লীলা প্রেম সুখ সেবা ফংজখি।

৯। বলিবাজ মতমতুদা অকনবা দানবীরনি। কখোকপদা মশামক পাম্মুবা লৈতবনি। মনাই বলিগী দান লৌবিরগে হাঙ্গনা শ্রীভগবান "বামন" অবতার তৌবিবে। তাকপিরক্লে মনাইদা— দানবীর বলিবাজ! ঐবু যেংউ ঐগী খোং অহুম অসি অমনা স্বর্গদা থম্লে, অনিশুবনা পৃথ্বীদা থম্লে, অহুমশুবা পাদ (খোং) গী থমফম পিয়ু অম্মুম্মা তাকপিরক্লে। তাবদা মনাই বলিরাজ পেল্লে সুঙাইজরে, হে ভগবন্! কচ্চবগে শ্রীচরন্দা লৌবিরো ননাইগী প্রেম সেবা।

ননাইনি ননাইনি শ্রীচরণগী ননাইনি ফংহনবিরো শ্রীচরণ সেবা।

"ছলযসি বিক্রমণে বলি মদ্ভুত বামন,
পদ নখ নীর জনিত জন পাবন"। (গীত গোবিন্দে)।
"কেশব ধৃত বামন রূপ জয় জগদীশ হরে"।

হে কেশব! হে বামনগী মশক ওইরিবা! হে দয়ানন্দ! ত্রিভুবন মরোল ১৪ গী প্রভুনি ইবুঙোদি। ননাই ঐনা নিংজরকপা করম্মা

(ক) হে কৃষ্ণ ত্বদীয় পাদ পঙ্কজ পিঞ্জরান্তে,
অদ্যৈব মে বিশতু মানস রাজহংসঃ।
প্রাণ প্রয়াণ সময়ে কফ বাত পিত্তৈঃ,
কণ্ঠা বরোধেন বিধৌ স্মরণং কুতস্তে ॥

---

মতমদা শ্রীচরণ সেবা ফংহনবিরক্কবা খঞ্জরকপা শ্রীপাদগী নখ (খুজিন) দগী চেন্থবকপা চবণামৃতনা জীবগী পাপ খিবিক শেংদোকপি অমদি শ্রীচবণবু ফংহনবিবনি। ইবুঙোগী থৌজান্না ননাই বলিবু মঙ্গাংপিববে হে দযাময় ! ফংঙমদ্রবা শ্রীচবণবু ননাইন থাদোকচরবোই কচ্চবে, শ্রীচবণ থম্বালদা ননাইগী আত্মা খোইমুবু বস আস্বাদন ফংহনবিযু। শ্রীচবণবু মনাইনা থাদোকখিদ্রে, খুৎ অনিনা মকোক থঙ্গা হাপচখ্রে, তাকপিরকখ্রে বামন ভগবান্না—হে বলিরাজ ! নংগী সেবাদা ঐনা পেল্লে, ঐগী পাদ (চরণ) বু সেবা তৌহুন মহাপাতালদা নংগী লৈফম ওইজরো, মতৌ অসুম্না বলিবাজগী লৈফম পিবিখি।

(ক) হে কৃষ্ণ ! মিৎকুপ অসিমত্তদা প্রভুগী শ্রীচবণ থম্বালদা ননাইগী পুক্নিং রাজহংসনা তাইবং সংসাব শৃঙ্খলা য়োংহল্লং থাদোক-পিহুনা, রাধা কৃষ্ণ হাঙ্গৈবা নাম শোঞ্জহুনা প্রেমগী সেবা ফংহনবিযু। হে করুনাময় ! মধুব ওইরবা নামবু কণ্ঠবিরোধ লাক্লবদা 'কফ বাত' ঈহৌবক্লবদা অধ্যাত্মিক, আধিভৌতিক, আধিদৈবিক, তাপ ত্রয় মৈচাক অহুম্না চাকলক্লবদা তব নামামৃতবু কাউজদবা থৌজালতদি পিনবিয়ু ফংহনবিয়ু ননাইবু।

(খ) হে নাথ ! যোনি সহস্রেষু যেষু যেষু ব্রজাম্যহম্ ।
তেষু তেষু অচলা ভক্তি বতাস্তু সদা ত্বয়ি ॥

---

(খ) হে নাথ ! ঐগা কর্ম্মগী ফলনা মপোক লিশিং লিশিং চিংদুনা পুববদস্থ পাপ পুণ্য থিবিগন্থ অরাল অশোই লৌবিগন্থ শ্রীচবণগী সেবা ফংজবা নত্তুনা অতৈ অমা পামজদ্রে। হে কৃষ্ণ ! ইবুংঙোগী ভক্তিদদি তোল্লবা ননাইদা পিনবিয়ু (ফংহনবিয়ু নিজরি।

মন্তব্য—ভগবান বামন ; শ্রীভগবান অহানবদা অদিতিগী মচা ওহনা পোকই মখোং নেমই হাঙ্গদুনা "বামন" কৌই, বলি নিংথৌদা অহুমশুবা খোংগী থাক্ষম লৌখি, বলিনা কৎকনি হাঙ্গরিঙৈ মতমদা ঙাইহাক্তুংদা খংচাও চাওথোক্লুনা খোং নামনা পৃথি থনগুমই। মতাংদুদা বলিনা পূজা কচ্চগে হাঙ্গজরগা পায়রিবা জল (ঈশিং) না শ্রীচবন্দা হৈবদা চোংথিদ্রে অদুবু থুজিল থরদংদি চোত্তুনা মদুদগী তারকপা ঈশিং অত্তুনা পৃথিবীদা জীবশিংবু শেংবিরি। খোং নামা স্বর্গদা খিনগৎখি, মদুনা মথং মথং থিঙ্গাইদুনা ব্রহ্মলোক য়ৌথি। ব্রহ্মানা মাগী কমণ্ডলু জলনা পূজা তৌথি, চরণ অদুনা অমুক বৈকুণ্ঠ লোক য়ৌখরে। বৈকুণ্ঠগী থাঙ্গাপাৎ বিরজা নদীদা অমুক থিঙ্গাই-কবদগী মথাগী লোক কয়াশিংদা চেন্থবক্তুনা গঙ্গাগী মশক ওইদুনা জীব পুম্নমকপু শেংবিরি। অম্মুম্না স্বর্গ মর্ত্ত্য মফম অনিদা ভগবান বামনগী শ্রীচরণ থমখরে। অসিগী তুংদা অহুমশুবা চবণগী থমফম লৈত্রবদগী বলি নিংথৌগী মফমদা খোংথাফম পিয়ু তাকপিখিবনি। মরমসিদগী বলিনা হাঙ্গজখি—ননাইগী কোকথক্তা (নেৎপিয়ু থম্বিয়ু অসিদগীনি "কেশব ধৃত বামন রূপ জয় জগদীশ হরে" হাঙ্গরিবনি।

* মতাং অসিদা নববিধা ভক্তি বিশেষ ওইখরে। ইতি—

দক্ষিণ ভারতকী প্রতাপরুদ্রনা, মাগী মহামন্ত্রী সংকর অমদি মল্লিকনা ফম থাদোক্তুনা শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য ফংজতুনা শ্রীবৃন্দাবন্দ লৈখ্রে তারবদা মহাকস্থু প্রভুগী চরণ ফংজনিংতুনা সার্ব্বভৌম ভট্টাচার্য্যগী মফমদা মতোমতা লোম্না চংজরকখি। ঐর অমুক্তা চানবিহুনা প্রভুগী শ্রীচরণ ফংহনবিয়ু তারবদ—হে রাজন্ রথ যাত্রা মুমিত্তা কাং সেবা য়াওরবো তাকপিগি। অমুম্না মহারাজ প্রতাপরুদ্রগী মচিন্দগী শ্লোক অসি হাঙ্গৈরকখি—

এইমত প্রভু আছে প্রেমের আবেশে।
হেনকালে প্রতাপরুদ্র করিলা প্রবেশে ॥
সার্ব্বভৌম-উপদেশে ছাড়ি রাজবেশ।
একলা বৈষ্ণববেশে আইলা সেইদেশ ॥
সবভক্তের আজ্ঞা লৈল যোড়হাথ হৈয়া।
প্রভুপদ ধরি পড়ে সাহস করিয়া ॥
আঁখি মুদি প্রভু প্রেমে ভুমিতে শয়ান।
নৃপতি নৈপুণ্যে করে পাদ সংবাহন ॥
রাসলীলার শ্লোক পড়ি করয়ে স্তবন।
"জয়তি তেঽধিকং" অধ্যায় করয়ে পঠন ॥
শুনিতে শুনিতে প্রভুর সন্তোষ অপার।
"বোল বোল" বলি উচ্চ বলে বারবার ॥
"তব কথামৃতং" শ্লোক রাজা যে পড়িল।
উঠি প্রেমাবেশে প্রভু আলিঙ্গন দিল ॥
তুমি মোরে বহু দিলে অমুল্য রতন।
মোর কিছু দিতে নাই, দিমু আলিঙ্গন ॥

এত বলি সেই শ্লোক পড়ে বার বার।
দুই জনার অঙ্গে কম্প—নেত্রে জল ধারা॥
"ভূরিদা" "ভূরিদা" বলি করে আলিঙ্গন।
ইহা নহি জানে—"এহো হয় কোন জন"॥

---

মতাং অসিগী অবস্থা ওইরক্লবদা সার্ব্বভৌম ভট্টাচার্য্যনা মখা তাৎকখি—হে মহারাজ! প্রভুনা খ্বাইদগী পাম্বদি শ্রীমদ্ভাগবতগী মতুংদগী গোপী গীতনা খ্বাইদগী হেন্না পাম্বা সেবানি গোপী গীত পাঠ তৌবগা শ্রীচরণ সেবা ফংজরো। অস্লুম্না ভট্টাচার্য্যনা হাঙ্গৎকপদগী মহারাজ প্রতাপনা— "জয়তি তেঽধিকং জন্মনা ব্রজ শ্রয়ত ইন্দিরা" শ্লোক অসি হিখরে। হে প্রাণনাথ! কম্কুদি চেতন লাকপিদ্বনা তোম্লবা ননাইবু দর্শন ফংহনবিয়ুগবা? "দয়িত দৃশ্যতাং দিক্ষু তাবকা স্তুয়ি ধৃতাসব স্ত্বাং বিচিন্বতে" শ্রীচরণ সেবা তৌজরি "শরদুদাশয়ে সাধুজাত" অস্লুম অস্লুম পাঠ তৌজরনপদা শ্রীনয়ন থম্বাল তগুপ তরাং কুফেং কাক্ষেং তৌরকই। প্রতাপরুদ্রগী প্রার্থনা তারক-তারক্লগা প্রভু ভমখৈ লৈত্তনা পেল্লে। হাঙ্গয়ু হাঙ্গয়ু হৌনা লাওনা পেন্না। তবকথামৃতং শ্লোকপু প্রতাপ নিংথৌনা মখা তানা থিরকই "ভুবি গৃহ্নন্তি যে ভূরিদা জনাঃ"। শ্লোক লোইখিত্তুনা হাঙ্গজরকখি থম্মোই মুংদা কপ্পা কপ্পা—হে প্রভু দয়ামম! ননাইবু করি ওইরশিংগে সংসার মীওইবগী মপোক ফংজরবদা, রাজ্য ভোগকী নাপন্না ঐগী মুংশিজরবা মহামন্ত্রী সাকর, মল্লিক, অনিনা থরাই থুবাক্লা হাপ্তুনা ইরৈপাক ডাকপিরম্বনা শ্রীচরণ ফংঙ্রবদা প্রতাপ ঐদি কৈদৌরুনি।

মন্তব্যঃ—অস্মুম্না ব জা প্রতাপরুদ্র রাখল হোংখ্রে বাজা ভাগ থাদোক্লগা শ্রীগৌরাঙ্গগী চরণ ফংনরগীদমক সার্ব্বভৌম ভট্টাচার্য্য মফমদা কয়াবক চৎলুবদগী মতাং চাবা ফংলগনি খগুতনা প্রসিদ্ধ নিংথৌ প্রতাপরুদ্র লাক্লুনা বৈষ্ণব বেশ লৈতেংজবগা জগবন্ধু অমদ শ্রীগৌরাঙ্গ প্রভু দর্শন ফংজরবে।

শ্রীজগবন্ধু, বলভদ্র অমদি সুভদ্রা তোপান তোপান বথ থক্লা লেতখৎলে। ভক্ত খিবিক শ্রীগৌরাঙ্গ প্রভুগা লোঈননা সঙ্কীর্ত্তন তৌতুনা বথগী মাঙদা পান্থোম রাংনা থাঙ্গতুনা জগোয় শাই প্রেমা-বেশ ওই শ্রীনযন্দগী প্রেমগী ধাবা শিন্থে। ইবুঙো ইবেম্মা অহুমগী নাম শোল্লি, কাংগী থৌবী পাযথরে ভক্তশিং লাঈননা জয় জয় জয় জগন্নাথ; জ-জ জ-জ জ-গন্নাথ, শোন্দুনা কাং চিংই দর্শন তৌই। মতৌ অস্মুম্না চেনশিন্দুনা জগোয় শ রম্বদগী প্রেমাবেশ (মাথুব লীলা নিংশিংলকপদগী) রাধা ভাবতা চংতুনা শ্রীগৌরাঙ্গ প্রভু রাম্থখবে। ভক্ত পুম্বা চেনশিন্দুনা প্রভুবু সেবা তৌখরে কান্নবা ফংদ্রে, ইবুঙোগী নাতোন্দা লশিং মফোন তাপ্পুনা ইবুঙোনা পামজবা "হবিনাম" শোল্লবদম্ভ প্রভু চেতন ওইখিদ্রে, উপায় লৈখিদ্রে ভক্ত পুম্বনা লশিং মফোন লেংবা উখিদ্রে রানরে, কপ্পরে। প্রভুগী লীলা মতাংসিদা সম্বরণ ওইবগদরা চিংনাথ্রে।

পাপিষ্ঠ জীবন্দা পোক্লবা ননাইনা, শ্রীচরণ ফংজখ্রবা শ্রীরূপ অমদি সনাতন ভক্ত অনিগী মফমদা বৈষ্ণব অপরাধি ওইদ্রবা ননাই-নিনে হভু ননাইবু অমুক্তদি কৃপা তৌবিয়ুগবা। হে রূপ সনাতন!

বৈষ্ণব অনিনা চানবিহ্না ভোল্লবা ননাই প্রতাপরুদ্রবু জীবগী মথুংগী শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যদেবগী সেবা ফংহনবিয়ু হাঙ্গনা হঙ্গৎচরি। হে কৃষ্ণচৈতন্য দেব! ননাইনা হন্না হন্না প্রার্থনা তৌজরি চানবিয়ুগবা হে চানবিহৈব

তাঞ্জাসিদা শ্রীগৌরাঙ্গ প্রভু লেঙথৎলক্লে, মমাই প্রতাপরুদ্রবু আলিঙ্গন পিবিথরে (কোনবিখরে)'। নংনা ঐংঙান্দা মমল নাইদ্রবা রত্নবু পিবিরে, হে প্রতাপরুদ্র! ঐদি করিস্ম পিনিঙাই লৈতেনে লাইররবা লম্বোইবনি কোন্নজবু পিরে ফংজরো নংনা পেনবিরো হাঙ্গরো হৌজিক নংনা থিথিবা শ্লোক তবকথামৃতং।. গৌরাঙ্গ প্রভু অমদি প্রতাপরুদ্র মপু মনাই অনি শ্লোক মখা থিরকপা (চত্থবকপা) অসিদা প্রভুগী হকচাং নিকলক্লে, প্রতাপরুদ্রস্নু রাওনা প্রেম শিংষ্টে, মিত্তগী তারকপা পিতনা গঙ্গা ধারা মতৌ ওইখি। চাক্লস্বশিংগী মৈচাক ইংনবা ওইরা অমদি নংগী রাহৈ অমৃতবু লৌজ্ররবা মীশিংহ্না পুম্নমকপু পিনহৈবনি। পিনহৈবা পিনহৈবা হাঙ্গইহ্না গৌরাঙ্গ প্রভুনা কোনবিরি; অমুম্না প্রতাপরুদ্র নামামৃতনা শ্রীচরণ সেবা ফংজরি। প্রভুগী থৌজাল্না, শামু কয়ানা ইনবদা চৎপা ঙমদ্রবা কাং শামুশিং পুথোকখ্রগা প্রভুগী কোক্না মনাই প্রতাপরুদ্রগা লোঙ্গননা ইনবদগী রথ (কাং) অত্থু মথক্তা চেঞ্জখরে। অসিগুম্লবা মুঙাইখ্রবা রথ যাত্রাগী সেবা তাংখ্রবা ফংজখি। অসিনি ফংঙমদ্রবা মীওইবা গুরু কৃপাতনা শ্রীগৌরাঙ্গ প্রভু শ্রীচরণ ফংজরগা অমদি "হেন নিতাই বিনে ভাই রাধাকৃষ্ণ পাইতে না" হাঙ্গইবদগী নিতাই প্রভুগী শ্রীচরণ ফংজবহ্না শ্রীরাধাগোবিন্দ অনিগী প্রেম সেবা সিদ্ধ দেহনা ফংহনবি হাঙ্গইহ্না ভক্ত ভাবনা শ্রীগৌরাঙ্গ চরন্দা চঙজনরিবসি। ইতি—

প্রহসিতং প্রিয় প্রেম বীক্ষিতং-বিহরণঞ্চ তে ধ্যান মঙ্গলং।
রহসি সম্বিদো যা হৃদিস্পৃশঃ-কুহক নো মনঃ ক্ষোভয়ন্তি হি। ১০

অন্বয়ানুবাদ। হে প্রিয়=জীবগী নুংশি চান্নবা ও! হে কুহক=লৌনম চাওবা ও! তে ধ্যান মঙ্গলং=কৃষ্ণ কোবা ইবুঙোবু নিংজবত্তদা জীবনা মঙ্গল ফংজরিবনি, প্রহসিতং প্রেম বীক্ষিতং=নোকনি মোমোন নুংশি মিংয়েংনা দর্শন ফংহনবিবনি অমদি, রহসি বিহরণং=ইংলবা শ্রীবৃন্দাবনগী নির্জ্জণ স্থানদা চান্না-মিংয়েং পিবিবনি, যা=অদুগুম্বা, হৃদিস্পৃশঃ সম্বিদো=থম্মোই শোক্লা রা কয়া তাকপিবা অমদি ফাগী রাহৈ কয়া ফংহনবিখিবা থিবিক্লা, হি=কেপ্পমক, নঃ=ব্রজগোপীগী, মনঃ=পুক্নিংবু, ক্ষোভয়ন্তি=লাংতক্নহল্লি মরমসিদগী, ত্বয়া দৃশ্যতাং=দর্শন ফংজরবত্তদা পুক্নিং শান্তি ওইজগনি চানবিয়োনে। ১০

---

শ্রীকৃষ্ণ বিরহিণী ব্রজরমণীশিংনা শ্রীকৃষ্ণগী কথামৃতগী মহুণ বর্ণনা লৌজরগা অরোইবদা হঙ্গৎচরি, হে পরমপ্রেষ্ঠ! "কিং মম দর্শনেন" হাঙ্গৈবা নামতনা পুমহেন হেনবনি। সংসার মৈচাক পুম্বা শান্তি ফংবনি কয়ামকম তাকপিপ্রে, তথাপি অদুম ওইরবসু হে কৃষ্ণ করুনাময়! নাম ভাবগী কন্নদবা ওইরবসু তোঙানবদি দর্শন হেক ফংজবদদা যুগ কয়া কাঙ্গনগুম (প্রাণ মাংলগদ্রা) রাই। দর্শন ফংজবগাদি "সর্ব্ববিধ তাপ শূন্য" পুম্নমক্কী মৈচাক কোকই। বিচিত্র বিলাস ভক্তি কয়াগী আনন্দ ময় সেবা ফংজৈ অনি অসি থৈন্নে।

মরম অসিনা মন্তাংসিগী ঈশৈদা (যা) হাঈবা শব্দসি পুম্নমক্তা প্রয়োগ তৌবি, (যা স্নদিস্পৃশঃ যৎ প্রহৃষিতং প্রেম বীক্ষিতং) অসুম্না মহারাজ পরীক্ষিৎনা অসিগুম্বা গোপীশিংগী পুক্লিং হুবা ঈশৈসি তাবদা স্বর্গগী বিমান ভোংচুনা চৎলিবী দেবস্ত্রী কয়া কবরী (শম্বুন) নাষ্টে অমদি দেহদা লৈতেংলিবা আভরণ কোমথোকখি হাঈনৈ। হে প্রিয়! ননাই ওইবী গোপীদি শ্রীচরন্দা দেহ মন অমস্তুং প্রাণ কৎচগ্রবীনি। জন্ম জন্ম খুদিং ননাই ওইজবা মপোক ওইহনবিয়ু। হে কিতব! ইবুঙোগী নোকমি মিৎয়েং অমদি শ্রীঅঙ্গগী ভক্তি বঁশী থোঙ্গেলদি কাওবা ঙম্নরোইদবা শ্রীরূপনি। অস্তুম্না ব্রজগোপীনা "হে কুহক..." (লৌনম চাওবা...) হাঈবা ঈশৈসি শকখি। অমুকস্তু ব্রজগোপীগী ধৈর্য্য ধর্ম্ম লজ্জা ভয়নচিংবনা নরক তাহনবিরবস্তু ইবুঙোগী শ্রীচরন্দা মন প্রাণদি কৎচগ্রবনা জন্ম জন্ম খুদিংদা ইবুঙোগী চরণ দাসী ফংজবা অহুদদি পিনবিয়ু।

অপরংচ—"কৃষ্ণ" শব্দনা খণ্ডনরিবদি ব্রজগী কৃষ্ণবুনি যদুপতি শ্রীকৃষ্ণবু নত্তে। যদুনন্দন কৃষ্ণ অমনি গোপালনন্দন কৃষ্ণ মহাক্তি বৃন্দাবন থাদোকুনা কদাঈদস্তু চত্তে। বৃন্দাবনং পরিত্যজ্য স কচিৎ নৈব গচ্ছতি। রাকম অসি কাওবা য়াদে, রসব্রহ্ম মানা বৃন্দাবন থক্তদা রস ফোংদোকফম ওই। বৃন্দাবনতনা মহারাস লীলাগী ধামনি, মসিদনি নিত্য লীলা শান্নরিবা অহুনা রাসবিহারী শ্রীকৃষ্ণ করম্না বৃন্দাবন থাদোকদৌরিবা।

অহুবু নিত্য ওইবা মানা নিত্য ভাবতা বৃন্দাবন্দা লৈনা লৈনা অতোপ্পা লীলা শান্নবস্তু অহুম মঙমই করিস্তু ঙক্লিংঙাই ওইদে। মঙোন্দা অঘটন ঘটনাওয়সি শক্তি লৈ।

মতাংসিদা প্রেমামৃতবু "কৃষ্ণকর্ণামৃতগী" ৯২ শুবা শ্লোক্তা শক্তি—

(ক) মধুরং মধুরং বপুরস্য বিভো-মধুরং মধুরং বদনং মধুরং।
মধুগন্ধি মৃদুস্মিত মেতদহো মধুরং মধুরং মধুরং মধুরম্॥

(খ) চিন্তামণি র্জয়তি সোম-গিরি-গুরু-র্মে
শিক্ষা গুরুশ্চ ভগবান্ শিখি-পিচ্ছ-মৌলিঃ।

(গ) হস্তাহুৎ ক্ষিপ্য নির্য্যাসি বলাৎ কৃষ্ণ কিমদ্ভুতম্।
হৃদয়াৎ যদি নির্য্যাসি পৌরুষং গণয়ামি তে॥

---

(ক) শ্লোক অসি বিল্বমঙ্গল ভক্তনা চান্নজরবী চিন্তামণিনা হে ব্রাহ্মণ! ননাই ঐগী প্রেম থাদোকপিয়ু। ঐদি পুন্নমক্না তুকচ্চনরবী (শুক্তবী) হঙ্গোইনরবীনি, হাঙ্গিজরবদা প্রিয়ে নংগী প্রেম থাদোকপা শুম্নোই হাঙ্গিরবদা, অতুদি শসি অহিংসি ঐ রাস লীলা শকচগে পুক্নিং চংনা তাবিয়ু (শ্রীকৃষ্ণ প্রেম পোকপা ফংনবা তাবিয়ু) হাঙ্গিজতুনা তাহগ্গখি, রাস লীলা লোইনদা শ্রীকৃষ্ণগী প্রেম ফংজখরে বিল্বমঙ্গলদো। হে কৃষ্ণ! মধুর শুইবা মোমোন নোকপা বদনচন্দ্রদি ফংজত্রিদকো অস্মুন্না বিলাপ তৌখি।

(খ) চিন্তামণিনা জয় ওইরে, ঐগী শিক্ষা গুরু সোম গিরি কৃপানা ভগবান শিখি-পিচ্ছ চুড়ামণি শ্রীচরণগী প্রেম ঈহৌরে।

(গ) চিন্তামণিগী কৃপানা ফংঙমদ্রবা কৃষ্ণগী প্রেমবু ফংহনবিরে বৃন্দাবন্দা ঐ চংশ্রগে হাঙ্গিরম্নগা গুরু কৃপানা সন্ন্যাস তৌতুনা বৃন্দাবন যাত্রা ওইথরে। মতোমতা মম্নিং তাংহন্দুনা চংপা (ঙমদ্রবা) ব্নারবা

মনাই বিল্বমঙ্গলনা উখোংদা ফম্লগা "মধুরং মধুরং......" শ্লোক অসি থিরদুনা কপ্পা কপ্পা শ্রীগোপাল কৃষ্ণবু কৌজরকই। গোপাল কৃষ্ণনা তারদুনা মনাইবু প্রেম হাঈহৌহল্লকই......করিগীনো কপলিবদি? বিল্বমঙ্গল ঙকই হৈস্! ইবুঙো নং কনানো? অমুক্তদি পবিচয় পিবিয়ু, শ্রীগোপাল কৃষ্ণনা—অ! বাবা ঐ বন অসিদা যণ শেনবা গোপ মচা অমনি। অস্মুম্না গোপাল কৃষ্ণনা খুম্লবগী তুংদা বিল্বমঙ্গলনা—রাখাল নংনা ঐবু বৃন্দাবন অমুক্তংদদি ফংহনবিয়ুগবা। যণ শেনবা শ্রীগোপাল কৃষ্ণনা— এঃ! লাকও লাকলো চৎলসি হাঈদুনা মনাই বিল্বমঙ্গলগী মখুৎ শম্লগা পুবিরকই। অস্মুম্না খরা চৎলগা মিত্তাংলবা অদুগী মখুৎ (থাদোক্লমই, নাম্ভোকহনখি। চৎপা ভমদ্রবা মিত্তাংলবা মনাই বিল্বমঙ্গলনা হাঈজরকখি—হস্তাদুৎ ক্ষিপ্য নির্য্যাসি বলাৎ...।

হে গোপাল! যণ শেনবা কৃষ্ণনা খুত্তগী নমদুনা নাম্ভোক হল্লগা চৎকে নিংলিবদো অঙকপনি মরমদি—খুত্তগী নাম্ভোকপদি ভমলে অদুগা (হৃদয়াৎ যদি নির্য্যাসি) ঐগী হাংলবা থম্মোই মন্দিরদগী নাম্ভোক্লনা লেঙবিথিবা ভম্বিরবদি ননাই তোল্লবনা নিপা থোকই হাঈনা শ্রীচরন্দা। হঙ্গৎচগেনে তাবিয়ুকো প্রাণকৃষ্ণ। খুদোং থিরবা থিবিকী মবুঙো হে রাধিকা নাথ! ননাইনদি কর্ম্ম ফৎলক্ত-বনিনা অরাবা পিবিবা নত্তনা কনাদবু পিরুগদগে? পিবিয়ু লাক্লবিয়ু মপোক ফত্রবা ওইবনা আচার সদাচার ফত্রবনিনে ননাইদি... হে প্রাণকৃষ্ণ! জীবগী মবুঙো ননাইবু লাক্লবা য়াবা লাক্লবিরবস্ম শিজগে হাঈনা পোক্লকপা মপোকনিনা, নোংমদি ননাইগী অরোইবা মতম লাকনিনে ইবুঙো। মতম অদুদদ মিং তাংলবা ননাই

(ক) ধ্যানা নয়েন পুরঃ পরিকল্প্য ভবন্ত মতীব দুরাপম্ ।
বিলপতি হসতি বিষীদতি রোদিসি চঞ্চতি মুঞ্চতি তাপম ॥

---

বিল্বমঙ্গলনা—রাধে কৃষ্ণ রাধে কৃষ্ণ শোঞ্জনা ভমহনবিয়ু (ললিত ত্রিভঙ্গ রূপ গোপী চিত্ত হারি) শ্রীরাধিকানা ওইদা থৌগঞ্জনা যুগোল রূপ অদুতদি দর্শন পিনবিয়ু ননাইগী পুক্লিং খোইমুনা রস আস্বাদন প্রেম সেবা ফংহনবিয়ু শ্রীচরন্দা প্রার্থনা কৎচরি ।

(ক) হে কৃষ্ণ ইবুঙো ! ননাইনা দর্শন ফংলক্রবদা ফংভমদ্রবা মুত্তিবু নিংজবগী অচেংপা প্রেমতনা ননাইগী মাংদা য়েক্লুনা লেঙদনা থমজরগা ননাই রাধানা তেঙথাই, নোকই, হ্রাই, কপই অমস্তং অরাবা কয়াস্তু কোকচৈ ।

বিরহগী মতমদা খল্লি ইবেম্মা রাধানা······রাজগুরী ঐঙোন্দা রাহল্লিবা হে কামদেব ! নহাক অসি শ্রীকৃষ্ণনা থোকহল্লিবনিকো । শ্রীকৃষ্ণ বিরহ অসি ওইরমদ্রবদি কামদেবনা, রাধা ঐঙোন্দা অরাবসি পিরমলোই । রাজববা বিরহ দশা ফংলবা মতমদদি "ব্রজরাজ নন্দন নবঘন শ্যাম" শ্রীকৃষ্ণগী মুত্তিবু য়েক্লগা হৈনৌ মপাম্মা তেন ওইরগা ইবুঙোগী বিরহগী অরাবসি খাঙজবনি। অমুকস্তু তেঙথাজৈ ঙসাই-মথৈদি কদাইদা লেঙবিরুবগে শুষ্মোক্লা ব্রারুরেদা হাইবনচিংবনা তেঙথাজরগা ননাই রাধামা দর্শন ফংজরেদনা করিগী অমুক ব্রারু-খিগদগে হাইহুনা নোকই । নোকপা উজরগা করিগী অমুক রা ঙাংদ্রিবনো ? তাকপিবা শ্রীমুখ বাণীদো তাকপিরো য়েঙবিরো হাইহুনা কপই । ননাই রাধানা অমুক তেঙথাই, খোংথাং থুদিং

হে মাধব ! শ্রীচরন্দা খুরুমজরি অমৃতগী লৈকম মশক ওইবা থাবলনা ননাই রাধাগী হৃকচাংদদি মৈ ওইহনা চাকই। অস্নুম্না সখীনা ইংবেম্মগী শাওবা, হুরাওবা, কল্পনানচিংবা কিলকিঞ্চিতগী শক্তমশিংনা থোগল্লি মসিবু "দীপকালঙ্কার" কৌই।

বিরহিণী শ্রীরাধানা বিরহগী মতমদা ইংলবা থাবলবু উরগা থা অমদি লক্ষ্মী সমুদ্রগী মচানি, লক্ষ্মীবু উরগা লোম্নবীনি খন্দুনা থাগী মঙাল্লা মৈ ওইহনা মৈচাক ফংই। হাঈজরি—তাবিয়ু হে কৃষ্ণ ! অরাবনি ইবুঙোবু কাঈনরবদা ননাইদি শক্তি অমোমগুম ওইরে। লাঈম্নেগী মৈচাককুম কাঈনবগী মৈশা ফংজে। মুঙাইবগী মশক ওইজবহু কৈনা শান্নবগী মতৌগুম ওইরে, হে কেশব ! ননাই রাধানা অশুক্কী মতিক রাজেদো। সখীশিংনা ঐগী ওকশম, থবাক্তা মণি মুক্তা পরেংশিংনা শিবি (মলয়জ) চন্দনা দেহদা লৈতেংবী অহুবু হুগী মতৌগুম ওই খঞ্জেদো, হোল্লিবা মুংশাম্বরবু (মদন দহনমিব) কামগী মৈচাককুম্না চাকইদো অমদি (নয়ন নলিনম্) মিৎ থম্বালবু (বিগলিত নালমিব) মখোক য়াওদ্রবা থম্বালগুম হাঈ হুল্লিদো। অস্নুম্না মুংশাম্বর হোন্দোক তোঞ্জিন মৈগুম্না চাকুনা থাঙজরিদো।

অসিগুম্বা বিরহ দশাবু মবুঙো কৃষ্ণগী শ্রীচরন্দা থোগঞ্জে সখীনা, মসিবু শ্রীজয়দেবনা শ্রীরাধাকৃষ্ণগী চরন্দা কৎচৈ। অস্নুম্না ওইথ্রিবা সেবাবু "শ্রীজয়দেব ভনিতমিতি গীতম্, সুখয়তু হরিপদমুপনীতম্ রাধিকা" ঈশৈ অসিনা শ্রীকৃষ্ণগী চরন্দা পুশিনবিবা ওইহনা শ্রীরাধাকৃষ্ণগী শ্রীচরণ সেবা কংহনবিসন্নু। হাঈথ্রিবা ঈশৈসি শক্লহনা গুরু রূপ: সখীগী তুংইঞ্জরিবা মিৎ তাংলবা ভক্ত বিল্বমঙ্গলনা

শকচরি মিজরি শ্রীচরণগী সেবাবু। বনাইনা নিজরি অতৈ অমা পামজদ্রে শ্রীরাধাগোবিন্দগী শ্রীকুঞ্জ সেবা অহুদদি ফংহনবিয়ু। অসুম্না রাখ্বাল শ্রীগোপাল কৃষ্ণগী কৃপানা শ্রীরাধাগোবিন্দ কুঞ্জ সেবাবু তত্তুনা ফংহনবি মনাই ভক্ত বিল্বমঙ্গলবু।

শ্রীকৃষ্ণগী লীলা কয়া দর্শন ফংজখ্রবী কনানা ইবুঙোবু কাওবা ঙমগদগে? রাসলীলাদা শ্রীকৃষ্ণগী মফমদা লৈবা ভক্তি অসি রাগানুগা ভক্তি কৌই। ভক্তি অসিদি নববিধা ভক্তি মথক্তা বর্ণন তৌখ্রবা মখল মাপলগী ভক্তিনা মরম ওইবগা ফংজরক্কদবা পুমথোই থোইরবা ভক্তিনি। অসিগুম্বা রাগানুগা ভক্তিগী (মধুর প্রেমগী) মনুংদা মখল ১২গী লীলা হাঙ্গৈবদি—

১। রাসলীলা—শ্রীকৃষ্ণনা গোপীশিংগা লোইননা শান্নবা রাসগী মখল অমবু রাসলীলা কৌই।

২। অরন্যবিহার—বন্দা কুঞ্জ কুঞ্জশিংদা মতম মতমগী ঋতুগী শান্নবা লীলাবু খঙনৈ।

৩। চক্র ভ্রমন নর্ত্তক—মকোক্ত মান্ননা কোইনা চক্তুনা লৈ লৈহুনা শান্নবা জগোয়বু চক্র ভ্রমন কৌই।

৪। হল্লীশক লীলা—মুপী চাক্তা কোইত্নুনা শাবা তালগী মওং কাইদনা জগোয় থুংথেক ফজনা শাবা জগোয়বু হল্লীশক জগোয় কৌই।

৫। যুগ্ম নৃত্য—তুফাং জগোয় মখল কয়ানী জগোয়বু যুগ্ম নৃত্য জগোয় কৌই।

৬। তাণ্ডব নৃত্য—নিপা ভাক্তনা শাবা জগোয় মথলবু তাণ্ডব নৃত্য জগোয় হাঙ্গনা কৌই।

৭। লাস্য নৃত্য —মুপী ভাক্তনা শাবা জগোয় মথল ব্রজগোপী-শিংনা ঋতু ঋতুগী শাজরিবা জগোয়বু লাস্য নৃত্য কৌই।

৮। অযুগ্ম নৃত্য (এক নৃত্য) নাইতোম জগোয়—মকোকচিংবা, মথং চংপী. বৃন্দাসখীশিংগী জগোয়বু অযুগ্ম নৃত্য কৌই।

৯। প্রবন্ধ নৃত্য—খুদক্তা শেমত্নুনা শকপা ঈশৈ, শাবা জগোয় মথলবু প্রবন্ধ নৃত্য কৌই।

১০ রতি নৃত্য—প্রেম রাস প্রেমতনা কংচবা জগোয মতম মতমগী ওইববু রতি নৃত্য কৌই।

১১। পরিহাস নৃত্য—জলকেলী, নৌকাবিলাস, বসন্তরাস অমসুং কুঞ্জরাসবু পরিহাস নৃত্য কৌই।

১২। চন্দ্রাসখী নৃত্য—শৈব্যা পদ্মা নচিংবনা শাজবা (কংচবা) জগোয়বু চন্দ্রাসখী নৃত্য কৌই।

অসিগুম্বা প্রেমভক্তি সেবা ফংজগ্রবী ব্রজগোপী কনানা ইবুঙোগী সেবা কাওবা লৈরমগদগে ? পিনবিরো নিংথিজবা বৈজয়ন্তী মালানা শ্রীঅঙ্গদা থোনবা রূপ অদু সেবা ফংহনবিরো।

অসিগুম্বা রহস্য ওইবা লীলাবু প্রেম গুরু শ্রীচৈতন্যদেবনা রাধা ভাবতা চংত্নুনা শ্রীকৃষ্ণদা সেবা ওইখিবনা মরম ওইত্নুনা·· রাগানুগ· ভক্তি পামজরিবা ভক্ত বৈষ্ণবশিংনা শ্রীরাধাগোবিন্দগী যুগোল সেবা নত্তনা অতোপ্পা মুক্তি ভুক্তি পাম্মুবা লৈতনা শ্রীচরনদা চংজরি নিজরি সখী মঞ্জুরী সেবানা মরম ওইত্নুনা মনাই বিল্বমঙ্গলনা, গোপাল কৃষ্ণ কৃপানা শ্রীরাধাগোবিন্দ সেবা ফংজখি।

পরম পুরুষকী শক্তি মখল মখা কয়ামকম লৈ, মখোঙীগী মমুংদা স্বভাবসিদ্ধ জ্ঞান শক্তি, ইচ্ছা শক্তি (বল শক্তি) অমসুং ক্রিয়া শক্তি মখোঙ্গ অসিনা অখোইবনি।

শাস্ত্রদা সচ্চিদানন্দগী শক্তি অহুমগী মমিং — (১) হ্লাদিনী (২) সন্ধিনী অমসুং সম্বিৎ অসিনি হাঙ্গরি।

সৎকী ভাবতা তৌরিবা শক্তি সন্ধিনী হাঙ্গবে। চিৎ ভাবতা তৌরিবা শক্তিদুগী মমিং "সম্বিৎ" কৌরে। আনন্দ ভাবশা তৌরিবা শক্তিদুবুনা "হ্লাদিনী" হাঙ্গরে।

সন্ধিনী করম্বা শক্তিনো? জগত্তা চেক লৈরিবা সত্যনি হাঙ্গনা লৌনরিবা পুম্নমক্তনা শক্তি অসিদা আশ্রয় তৌই। মসিনা জগৎ-সৃষ্টি, জীব জগতকী কর্ম্ম প্রবাহ, কর্ম্ম প্রবৃত্তি ওইহল্লি। পুম্নমকসিগী মূলদা করিগুম্বা শক্তি অমনা থবক তৌরি মদুবু সন্ধিনী শক্তি কৌই।

সম্বিৎ—শক্তি অসিনা মশামকপু চেতন ওইহনবা (স্বতঃ চেতন) মসিগী মতেংনা জীব জগতপু সচেতন ওইহল্লি, জ্ঞান বুদ্ধিদা প্রেরনা পি। (যয়া বেত্তি বেদয়তি চ) মসি জ্ঞান শক্তিনি।

অসিগুম্বা জ্ঞানদীপ অসিগী মতেংনা মানা জীবগী মমুংদা লৈতুনা মখোঙীগী অজ্ঞান, অন্ধকার কোকহল্লি। মানা ব্রহ্মাগী থম্মোইদা বেদজ্ঞান প্রকাশ পিবি। মহাকসি সর্ব্বজ্ঞ, সর্ব্ববিদ নি সর্ব্বজ্ঞদা মাগী তপঃ শক্তিনা অমাংবা লৈত্রবা প্রজ্ঞানময় পি।

হ্লাদিনী—শক্তি অসিগী মতেংনা মানা মশাবু মশানা নুঙাইহনবা ওমই। স্বরূপানন্দ উপভোগ তৌকে অদুগা জীব জগতপুসু নুঙাইহল্লি। "যয়া হ্লাদতে হ্লাদয়তি চ" (ভাগবত সন্দর্ভ)।

উপনিষদ্ না হাঙ্গয়ি—জীবশিংসে হাঙ্গম্বিবা আনন্দ স্বরূপ্তুদগী খোবকপনি। আমন্দগী মতেংনা হিংই, আনন্দহুনা লৈবা মাইকৈদা মাই গুনশিন্দুনা চৎলি, আনন্দ রূপ্তুদা চংখিগনি তিনখিগনি।

মানা সিন্ধুমি, জীবমা বিন্দুনি। বিন্দুমা সিন্ধুদা তিনবদি হৌনশামি। অস্সুম্না স্বভাবিক ওইনা মভোন্দা আকর্ষণ তৌবসে অহৈতুকী প্রেম কৌই। মরম অসি লৈবমা ভক্তি শাস্ত্রনা হাঙ্গরি—"নিত্য সিদ্ধ কৃষ্ণ প্রেম সাধ্যবস্তুময়"। (চৈঃ চরিতামৃত)

প্রেম জীবগী থম্মোইদা লৈ। শ্রবণ কীর্ত্তনবচিংবা সাধনগী মতেংনা চিত্তঃ শুদ্ধ ওইরবদা প্রেমদি অতুম মতোমতা উদয় ওইজবরুদবনি। অতুনা হৌজিক্তি ঐখোঙ্গনা খণ্ডলে সচ্চিদানন্দ হাঙ্গবসে সন্ধিনী, সম্বিৎ অমসুং হ্লাদিনী শক্তিগী ঘনিভূত মূর্ত্তিনি অখণ্ড প্রেতাপনি, অতর্ক্য প্রজ্ঞানি, অজস্র প্রেমগী মকোকনি।

অসিগুম্বা সচ্চিদানন্দগী স্বরূপ অমদি শক্তি খণ্ডনবগীদমক্তা মপান্দগী থিকনিংভাই করিমত্তা লৈতে। ঐখোঙ্গগী ইশা মমুংদা অনুসন্ধান তৌরগা খণ্ডবা ভমগদবনি। ঐখোঙ্গনা "ঐ" হাঙ্গরগা খণ্ডনরিবসি হকচাং অসিবু নত্তে ইন্দ্রিয়শিং অসিবুস্থ নত্তে। দেহগী মমুংদদি লৈবা দেহদি নত্তবা "চৈতন্যরূপ" ওইবা করিগুম্বা বস্তু অমা লৈরিবা মতবু শাস্ত্রনা "জীব" "জীবচৈতন্য" নত্রগা "জীবাত্মা" হাঙ্গনা হাঙ্গবি। মভোন্দা কর্ম্মশক্তি, জ্ঞানশক্তি, ইচ্ছাশক্তি অতুম লৈ। লৈরিবা শক্তিশিং অসি সচ্চিদানন্দগী ত্রিবিধ শক্তিশিংতুগী অনুরূপ ওইবা শক্তিনি। জীবদা মসি মরেক শেংনা ফোংদোক্তে অস্ফুট অবিশুদ্ধ ওইনা লৈ, জীবদি ব্রহ্মগী অংশনি (মমৈবাংশো জীবলোকে জীবভূত)। (গীঃ ১৫।৭)

"সত্যজ্ঞান মনন্তং চ ইহ ব্রহ্মলক্ষণম্" পঞ্চদর্শী গুণশিং অসি জীবদা ফজনা কোংদোক্কে অস্নুম্না ব্রহ্মসূত্রনা হাঈরি—"অধিকন্তু ভেদনির্দ্দেশাৎ" ব্রহ্মনা জীবদগী হেল্লি। জীবদা লৈরিবা কর্ম্মশক্তি অহুনা খমথেংনা ফুদোকপা ওম্নবদা সন্ধিনী, জ্ঞানশক্তিহুনা খমথেংনা চাওখৎলক্লবদা সম্বিৎ, অহুগা ইচ্ছাশক্তিহুনা খমথেংনা প্রকাশ তৌরক্লবদা হ্লাদিনী হাঈরে মহুগী কলনা "প্রেম" কৌরে।

হাঈরিবা কর্ম্ম, জ্ঞান, প্রেম নত্রগা সন্ধিনী, সম্বিৎ, হ্লাদিনী শক্তি অহুমসি "জড় প্রকৃতি" ওইবা জীবদা মপুং ফানা ফোংদোক্কে। অবিশুদ্ধ শেংদবা অবস্থাদা লৈ। সাধনাগা মতেংনা অহুমসি শেংদোক্লনা বিশুদ্ধ ওইহন্দুনা ঈশ্বরদা মাই ওনশিলহনবা ওম্নবদা মথোঈসি পূর্ণবিকাশ ওইরকই। মতম অহুদা মীগী থম্মোইদা ভগবদ্ভাব ফজনা উদয় ওইরকই। জীবগী মনুংদা তোঙান তোঙানবা শক্তি অহুম অসি লৈবনা সাধন মার্গদসু অহুম থোক্কে।

১। কর্ম্ম যোগ, ২। জ্ঞান যোগ অমসুং ৩। ভক্তি যোগ। জীবদা লৈরিবা ময়েক শেংদবা অসংভাব হাঈবহু মানা তৌথোরকপা কর্ম্মদা প্রকাশ তৌই। মানা তৌথোরকপা কর্ম্মহুনা "ঈশ্বরোন্মুখী" ওইরহুনা ঈশ্বরদা মাই ওনশিল্লক্লবদি "চিত্ত বিশুদ্ধি" ওইরকই। অস্নুম্না বিশুদ্ধি ওইরবা মতমনা তৌরকপা মাগী কর্ম্মহু নিষ্কাম "কর্ম্ম যোগ" হাঈনা কৌরে।

জীবদা লৈরিবা ময়েক শেংদ্রবা চিৎ ভাব অহুনা ঈশ্বরোন্মুখী ওইরবদা মাগী শেংলবা জ্ঞান ফংলবা মহুবু "বিশুদ্ধ জ্ঞান" কৌরে। জীবদা লৈরিবা আনন্দ ভাবতুনা মাগী কামনা অহু বিশুদ্ধ ওইরক্লবদা "প্রেম ভক্তি" কৌরে।

অতুম অসিমক পুল্লপনা অনুষ্ঠান তৌজবা ভম্নবদি জীবগী "পূর্ণ বিকাশ, পূর্ণাঙ্গ ধর্ম্ম" কৌরে। অসিগুম্বা পূর্ণাঙ্গ ধর্ম্ম অসিবু প্রাকৃত পঙ্গদা "পূর্ণাঙ্গ ভক্তি যোগ" কৌরে। মরমদি—ঈশ্বরদা ঐকান্তিক ভক্তি য়াওদবা ভাব অতুনা অনম্নং কর্ম্মতুনা ঈশ্বরোন্মুখী ওইবা ভম্লোই। ভক্তিহীন ওইবা বৈদিক কর্ম্ম যোগনা স্বর্গরোমদা অতুগা ভক্তিহীন বৈদান্তিক জ্ঞান যোগনা নির্ব্বান লোমদা পুশল্লি। অসিগুম্বা পূর্ণাঙ্গ ভক্তি যোগ অসিবু "ভাগবত ধর্ম্ম" হাঈনা খঙনৈ। মসি ওইরবতদা ভক্তিগা লোইননা জ্ঞান অমদি কর্ম্ম যোগশিং অসি পুন্না চৎমিন্নবা ভমই। তৌবতদি কর্ম্মগী অর্থদো ঈশ্বরগী কর্ম্ম ওইবা তাই অতুগা জ্ঞান্দুনা "ভগবত জ্ঞান" ওইবা তাই।

অসিগুম্বা সচ্চিদানন্দগী ত্রিবিধ শক্তি অসি মাগী সৃষ্টিদা অমদি জগত লীলাদা প্রকাশ তৌই, মসি অবতার লীলাদা উবা ফংই।

ভগবান্না অম্নুম্না তাকপিখি—ঐ পোক্রুবস্তু লোকহিতগীদমক্তা ইশাগী মায়ানা দেহ ধারণ তৌদুনা অবতীর্ণ ওই গীঃ ৪।৬-৮)। মখাতা না অমুকস্তু হাঈরি— ঐগী দিব্যজন্ম, দিব্যকর্ম্মগী রহস্য তত্ত্বদা খঙবা ভম্নবা মীতুদি দেহান্ত ওইরবা মতুংদা অমুক পোক্লুরোই মাদি ঐবু ফংলবনি। বিষয় চিন্তা মঙোন্দগী থাপ্পা চেনখ্রে মাগী বুদ্ধিনা ঐতবু নিংদুনা লৈগ্রগনি। পূর্ণ ভাবতা মা ঐঙোন্দা আশ্রয় তৌরবনিগী। অমুম্না ঐগী "জন্মকর্ম্ম, জ্ঞান" তানবা ফংবদগী মশাবু পবিত্র ওইরদুনা পরমানন্দ ওইরবা মপোক ফংলে; তৌজিক্কি খঙলে শ্রীকৃষ্ণগী জন্মকর্ম্ম অসি পুন্নমক্তগী পুমথোই থোইরবা মধুর প্রেমান হাঈবসি মশক শেংলে (তাকলে) হাঈনা খঙগদবা ওই।

চলসি যদ্ ব্রজাচ্ চারয়ন্ পশূন্ নলিন সুন্দরং নাথ তে পদং।
শিল তৃণাঙ্কুরৈঃ সীদতীতি নঃ কলিলতাং মনঃ কান্ত গচ্ছতি॥ ১১

কিন্তু ত্বয়ি বয়ং অতি প্রেমার্দ্র চিত্তাঃ ত্বং পুণঃ অস্মাসু কেন হেতুনা কপট মারসীতি আহুঃ— নাথ = হে প্রাণ বল্লভ! ঐখোঈ পুম্নমক শ্রীচরণবু খোইনা নিংঙবনা ঐখোঈগী থম্মোই অসি মচি চেল্লবনে মতাংসি ওইবকা ওদা হন্না হন্না করিগী, কপট = লৌনম তৌবিবিবগে অসিনি ননাই ঐখোঈগী প্রার্থনা মরুম অসিনা, কান্ত = হে মনোহর! থরাইগী চান্নবনা শকহেনবা কৃষ্ণ, যৎ যদা = মতম অদুদা, ত্বং = ইবুঙোনা, ব্রজাৎ পশূন্ চারয়ন্ চলসি = ব্রজদগী বণ শেনবা চৎপা মতমদুদা, তে নলিন সুন্দরং পদং = থম্বালদগী হেন্না থোংলবা কজরবা পাদদা, শিল তৃণাঙ্কুরৈঃ সীদতি = মহৈ-মরো গী তিংশংশিংনা অমদি নাপিশিংগী থোরবা মতোন কযাশিংনা থিন্দুনা নাবমগনি, ইতি মত্ব = মসি খন্দুনা, হে নাথ = পুক্রিংগী মপু ওইবা শ্রীবৃন্দাবনগী মবুঙো! নঃ মনঃ- ব্রজগোপী ওইবীগী থোংলবা পুক্রিং অসি, কলিলতাং গচ্ছতি = শক-ওন্না শকফম কাঈনা অরাবা ওইজরি মতমনা শাংলবা থম্বালবু ঙাইখো শাংথিন্নু থিংবা য়াগদরনে? ব্রজগোপীগী মফমদা দর্শন পীনবিদুনা অরা মৈচাকসি কোকহনবিয়ু।

---

কৃষ্ণ কাঈনরবী ব্রজরমণীশিংনা মখোঈগী পূর্ব্বাবস্থায় হাঈবদি কৃষ্ণগা লোঈনম্নিবৈ কৃষ্ণগী থোইথুম্নবা মীনোক প্রেমগা লোঈনবা নিংগ্নেং অমসুং অঙ্গ ভঙ্গি, কয়াসি উথিবনি। মসিদা মখোঈগী নিংশিংবগী লম্বীদা মতিক চারবা মখোঈগী প্রাণবল্লভ শ্রীকৃষ্ণদা হাঈখিবতান—হে লৌনম চাওব! নহাকী লৌনম লাংদা থুবনী

ঐখোঙ্গীসে পোত্থাক্কম খড়দনা ঙাওরবা থম্মোইনা করম্না শান্তি ফংগদগে থন্দুনা ধারনা তৌতুনা লৈরবনি। নহাক্না পূর্ব্বাহ্ণগী মতমদা গোপসখা কয়াগা লোঙ্গননা গোচারণ অমম্তুং মশিং খণ্ডদবা ষণ কয়া মাং থারগা ব্রজদগী বৃন্দাবন্দা ষণ শেনবা চৎলি, ইবুঙোবু উরক্রবদা বন ভুমিনা নিরানন্দ ওইতুনা মমশিল্লকখিবনি। ইবুঙো নহাক্না শামান-লেঙমান্নবশিংগা ষণ কয়াবু শেল্লি গোষ্ট লীলানচিংবা মহা-আনন্দনি। তৌইগুম্বস্তুং ব্রজ অসিদা গোচারণ তৌননবগীদমক বন ভুমি অসিদা মাইকৈ খুদিং মাং থানা চৎলি মতম অদুদা ঐখোঙ্গীনা নংগী তুংদা, নহাক্কী থোংনা নৌরবা শ্রীচরণ অদুবু উৎরগা তপথবা লৈতনা পুক্লিংদা থল্লি অমম্তুং ঙাংতক তৌরবা থম্বাল ১০৮গী গর্ভ-গুম্বনি। বন ভুমিসি মতৌশানা কল্লি, অম্লক কল্লবা অসিদা মাইকৈ থুংনা চেল্লি ঐখোঙ্গীগী নাক্তুস্তু লাকই শ্রীচরন্দা উফুল-লৈঙোই অমদি তৃণাঙ্কুর (তিংখঙ-তুম্বৌ) নেৎপদা কয়াদা নারমগনি। মবম অসিদগী তপথবা লৈত্রবা ঐখোঙ্গীগী থম্মোইদা উবস্তু ফংদ্রেদো, হে হৃদয়বল্লভ! নংনা ঐখোঙ্গীগী চংজকম গুইরিবা শ্রীচরণ থম্বালনা ঐখোঙ্গীগী অপবাধ ঙাকপিয়ু।

গোষ্ট লীলা শান্নবদা কৃষ্ণ নহাক্কী মাইকৈদা মুঙাইবা ওইরবস্তু ঐখোঙ্গীনা অরাবা কয়া ভোগ তৌতুনা লৈরিবনি। মরমদি—মতম চুপ্পদা থল্লি ব্রজগী লৈপাক অসিগা শোক্লবদা অমম্তুং তিংখঙ-তুম্বৌ কয়ানা শ্রীচরন্দা অনাবা, অকনবা শাফু পিবমলোই করম্না থল্লুগে। হে প্রাণবল্লভ! পিনবিরো দর্শন। মতাংসিদা গোচারণ ষণ-শেনবা চৎলমদাইগী বিরহ নিংশিংবিয়ু ইমা যশোদাগী অরাবা মৈচাকপুস্তু।

দিন পরিক্ষয়ে নীলকুন্তলৈর্বন রুহাননং বিভ্রদাবৃতং।
ধন রজস্বলং দর্শয়ন্ মুহু র্মনসি নঃ স্মরং বীরযচ্ছতি ॥ ১২

হে বীর=ব্রজদা লৈরিবী রমণীশিংগী ধর্ম্ম মাংহনরিবনি নংনা, দিনপরিক্ষয়ে=মুংথিলগী শরুক ওইরবদা, নীলকন্তলৈঃ=মমসিল্লক-লবদা খোইরপ তৌবা শমজোঙ্গী পংতিনা, আবৃতং=লাইবক্তা (খুমজিনপ্রবা) শিনথুংপ্রবদা, ধনরজস্বলং=ষণ মখোংদগী হৌরকপা উফুম্না তৈরবা, বনরুহাননং=শাৎকাইরবা থম্বালদা খোইমুনা তোং-বগুম, বিভ্রৎ=ফোংদোকুনা, মুহুদর্শয়ন্=অদুগুম্বা মাইখোং হাঙ্গবদি গোখুরাগী উফুল তৈরবা মাইথোং অদুনা হন্না হন্না উহন্দুনা, নঃ=ঐখোঙ্গী পুম্নমকী, মনসি=থম্মোই অসে, স্মরংযচ্ছতি=কামগী তেল্লা থাবগুম রাহল্লিয়ে। ১২

---

হে বীর! ব্রজরমণী ঐগোঙ্গী ধর্ম্ম মাংহনবদা অমসুং হন্না হন্না ঐখোঙ্গী ইথক্তা অকনবা নোং চুথরকপদা নহাকী মহৌশাগী ওইবা অকনবা তৌবা গুম্বগী পরিচয় অদু খোংথাং খুদিংগী নিংশিংলকই। নহাক্তা পূর্ব্বাহ্নগী মতমদা অরাবনা তপথবা লৈতনা সতী ধর্ম্ম অমসুং গৃহ কর্ম্ম কয়া কাওথোক্তুনা ইবুঙোতবু খন্দুন লৈবনি। অদুগী মতুংদা অপরাহ্ন কান্দা (হল্লকপা মতম অদুদ) ঐখোঙ্গনা ইবুঙো নহাকপু উরুদবগী অরাবা কয়া কোকই।

অরাবনি অরাবনি, ঐখোঙ্গনা অফবনি খল্লি কয়ামুক অরাবসি নংলিবনি। কৃষ্ণ নহাকী শ্রীচরন্দা তিংখঙ-তুম্বোনা খিনখিবা খল্লুরগা ঐখোঙ্গী রারমলোই। মরম অসিদগী জ্ঞানিশিংনা হাঙ্গবা রা লৈ—

(ক) যাবতঃ কুরুতে জন্তুঃ সম্বন্ধান্ আত্ম মনসঃ প্রিয়ান্।
তাবন্তোঽস্য নিখন্যন্তে হৃদযে শোক শঙ্করঃ॥ (প্রাচীন বাক্যং)

(খ) অনুমাত্র মপীহ বর্ত্ততে, নেতরাং প্রেম হি মাদৃশীষু হি বঃ।
তিল মাত্র মপীহতু ক্লমং ন সমর্থা বয়ং মীক্ষিতুং তব॥

(গ) ব্রজতি ব্রজতো গবাং ব্রজং বিপিনে চারয়িতুং যদা ভবান্।
চরণৌ তবখিদ্যতঃ তৃনৈরিতি নঃ খিদ্যতি মানসং তদা॥
(আনন্দ বৃন্দাবন চম্পুঃ)

---

(ক) হে প্রাণবল্লভ! ননাই ঐখোঈনা ইবুঙোবু দর্শন ফংজদ্রবদা হাঈনিংঙাই লৈতনা রাজৈ শ্রীকৃষ্ণনদি ঐখোঈগী অরাবা থুদিং উবিদে মুংশিবা, অপেনবা হাঈবসিগা মান্নবদি অমা লৈতেদো মবমদি— অপেনবা হাঈবসিগা সম্বন্ধ হেক লৈরুবদগীদি ইবুঙো হাঈবসি হেক্তা হাঈনৈ থঙনৈ, অদুবু থম্মোইদদি অরাবা কয়া হেক্তা পোক্লিবনি হাঈনৈ অথঙবা পণ্ডিতশিংনা।

(খ) থরদং খজিক্তুং হাঈবা প্রেমগী মৈনা থম্মোইদা হেক চুরবদা মৈচাক ফংলবী ব্রজগোপীবু প্রেমগী মবুঙোনদি থনবিদেদো কনখরেদা। শ্রীকৃষ্ণগী প্রেম হাঈবসি থরদং ফংজরবদা, প্রেম মাবু থাঙজবদি ভমজদেদো অদুবু শ্রীকৃষ্ণনদি য়েংহুনা লৈথোকই হাঈনৈ।

(গ) অঙকপা শ্রীকৃষ্ণনি যণশিংবু বৃন্দাবনগী মফমশিং য়ৌনবা চৎহলনিংলকপদা যণ পুম্নমক হেক্তা য়ৌই। লাপনা লাকপগী রাবা শ্রীচরন্দা উৎলি ব্রজগোপীশিংগী থম্মোইদা, ইবুঙো নংবু রারমগনি পুক্লিংদা খজিক নিংবদা মিৎকুপ্তা অরাবা ফংইদো। থঙজদ্রে অঙকপা কৃষ্ণগী লীলা অসি হে অঙকপা শ্রীকৃষ্ণ!

(ঘ) তথাহি শ্রীমদ্ভাগবতে ।
"অতঃ পাপীয়সীং যোনি মাসুরীং যাহি দুর্ম্মতে ।
যথেহ ভূয়ো মহতাং ন কর্ত্তা পুত্রকিল্বিষম্" ॥ (ভাঃ ৬।১৭।১৫)

(ঙ) ইতি প্রসাদ্য চিত্রকেতু রম্বিন্দম ।
জগাম স্ব বিমানেন পশ্যতো স্ময়তোঃ তয়োঃ ॥ (৬।১৭ ১৫)

---

অতকপা শ্রীকৃষ্ণগী চরিত্রনি হায়রিবদি—কনা ওইবা মী ওইনা মুক্তি মখল মরি (১) সামিপ্য (২) সাযুজ্য (৩) সালোক্য অমসুং (৪) সার্স্তি মুক্তি মখল মরি অসিগী মনুংদা ঐশ্বর্য্যগা মান্নবা মুক্তি-পদ অদুবু সার্স্তি কৌই । "একত্বং সাজুয্যং" অমত্তা ওইবা ভগবান্দা তিনশিনববু "সাযুজ্য" কৌই । অসিগুম্বা মুক্তি অসি শ্রীকৃষ্ণনা পিরবদসু লৌদে হায়রিবদি—ভক্তি মার্গ পাম্বা বৈষ্ণবশিংনা মুক্তিদগী ভক্তিনা হেল্লি হায়রিদুনা শ্রীচরণ সেবাতবু নিংঙৈ নিঙৈ ।

(ঘ) মুক্তি ফংলবা চিত্রকেতুনা লাইয়াম সভাদা দুর্গাগা শিব মহাদেবগা আসন অমত্তদা পুন্না ফম্মিন্নরমদু উরগা, হৌনদে হায়রু-বদা দুর্গানা শাওদুনা চৈখি মসি "সাযুজ্য মুক্তি" কৌই । সামিপ্য হায়রিবদি—স্বামিগী নাক্তা লৈমিন্নববুসু "সামিপ্য মুক্তি" কৌই । রাহৈ অসি হায়রকপা হৌরকপদা "দীয়মানং ন গৃহ্নন্তি বিনা মৎ সেবনং" মানা মানা তৌজরুবা কর্ম্মনা ফংফম থোকপা মুক্তি পিরবসু বৈষ্ণবশিংনদি মুক্তি পামজদ্রে হায়রিদুনা ভক্তি সেবাবু নিঙৈ হায়বা ভগবান কপিল দেবগী বচনবু লৌনরি হায়রিদুনা শাওনখি ।

(ঙ) অসুম্না হে রাজন্ মহারাজ পরীক্ষিং ! শিব, দুর্গা, চিত্রকেতু, শান্তি ওইরবা তুংদা য়েক্নবা লৈত্রবা নিংথোদো ভগবান্না

থাবকপা পিরকপা রথ তোংহনা শিব দুর্গাগী মাংদা শ্রীভগবানগী ধাম য়ৌহনা শ্রীকৃষ্ণ ফংজখ্রে।

তথাঙি—নিংথৌ চিত্রকেতু অমদি রাণী কৃতদ্যুতীগা লৈমিন্নরকপদা মমিত্তা মচা ফংজরক্রবদগী রাণী (লিশিং তরা হেন্না) মথং মথং লৈমিন্নখি। পুন্নমক নি সন্তান মচা ফংত্রবদগী মচা ফংজনিংবনা চংবা য়াবস্তু চংজৈ, থিবা য়াবস্তু থিজৈ। কাইনথংদা (মমৈথংদা) শ্রীভগবানগী কৃপাদগী মহারাজ রাখিরুগন্ন, পরমশ্রেষ্ঠ অঙ্গিরা মুনিনা যজ্ঞ তৌরবদি "সুকুমার" ওইবা নিংথিজঙ্গবা নচা শোঙ্গদনা ফংগনি হাঙ্গবসি তাজবদগী মুনি অঙ্গিরাদা হাঙ্গজরে। মুনিনা লেঙবিরক্তুনা যজ্ঞ কংলে, রাণীনা মচা নিজখরে। "যজ্ঞ শেষ চরু" নিংথোনা রাণী কৃতদ্যুতীদা পিজবদগী মহারাণী অত্ত গর্ভিনী (গর্ভগী লক্ষণ) ওইতুনা নিংথিজরবা মচা নিপা (রাজ কুমার) অমা ফংজখি।

শাস্ত্রীয় ওইবা পুংসবন অমদি সিমন্তোন্নয় জাত কর্ম্ম তৌহনা ফংজখিবা মচা অত্তু নোংমদি ইংলবা নিংথম ওইবনা মচাবু মুংশাদা পুথোক্তুনা শুম্বদগী রাজ কুমার (অভাং অছু) তুমথোকখ্রে। অম্মুম্না নিঙাইদনা তুম্লিবা রাজ কুমারবু মমা পোক্তবীশিংনা হাৎননসা য়া তাম্নথরে। রাণীশিংহুনা মাগী মাগী রাখল পুক্নিংদা লৈরম্বশিং অছু অম্মুম্না ফোংদোকনরক্ত—নোংমদি ঐথোঙ্গ শোঙ্গদনা ইচা লৈতে থন্দুনা কোম্নুংদগী নিংথোনা তাঙ্ঘোরকপা হাঙ্গবসি শোঙ্গররোইদ্রবা য়াকমনি, মতৌ অম্মুম্না খোইরাং খোইশাওনরবী রাণীশিংনা শিন্দুনা কনা খঙহন্দনা লোম্না চংতুনা রাজ কুমারদা হু পিথকখি (হু ইনখি)। মরম অসিদগী রাজ পুত্র অসি মৃত্যু ওইখি।

মতাং অসিদা মমা ওইবী মহারাণী কৃতদ্যুতীনা মচাবু অমৃত মাইযোক্লনিংলদুনা "ধাতৃ মাতা" (অহানবা অঙাংদা অমৃত ইনবী) কৌবকই হাঙ্গৈরকই—ধাতৃ মাতা ! ঐগী ইচা অদু অমৃত থক্লি'লম্লগনি পুবকলো। মহারাণীগী য়াথং ফংলদুনা ধাতৃ মাতান বাজপুত্র অদুবু লৌবা চৎলুবা মতমদদি অঙাংনা তৌরম্লিবা মতৌ অদুদা ধাতৃ মাতা অকনবা খোল্লাওদা 'ওহ ! রাজ কুমার' কবি মতৌনো তৌবিবসিবো অসুম্না হাঙ্গৈরম্লগা ৱাম্থদুনা লৈখবে।

ধাতৃ মাতানা তৌবিবা মতৌ অদু মহারাণী কৃতদ্যুতীনা উবদুনা চেনশিল্লকুনা প্রাণ য়াওদ্রবা (মৃত্যু ওইরবা) মচাবু চেজেৎ কোনজদুনা কপলকই—"ইমাগী ইবুঙো বাজ কুমাব ইমাদি মাংজবেদনা ইবুঙো" অসুম্না ৱাণীনা কপ্পা তাবগা, চিত্রকেতুসু মচাগী নাক্তা চংলকুনা মচাবু হন্না হন্না শংত্রিক যেঙলদুনা বিলাপ তৌবম্লগা ৱাম্থখ'ব।

অসিগুম্বা মচা কাঙ্গৈনা মৈচাক্লা নিংথৌ চিত্রকেতুগী মবৈপাক শিন-থুংখ্রে। চিত্রকেতুগী পুত্র মৃত্যু ওইবে হাঙ্গৈবা পাউ অসি মুনি অঙ্গিবা অমদি শ্রীনাবদ তাবে। অঙ্গিরা মুনিনা থল্লি—ঐমক্লা পূজা যজ্ঞ তৌদুনা পোকখিবা (ফংজখিবা) পুত্র মৃত্যু ওইববা। শ্রীনাবদ ঋষিগা লোঙ্গৈননা চিত্রকেতুগী নাক্তা লাক্লগা হাঙ্গৈররে—হে মহাবাজ, কৃতদ্যুতী ৱাণী ! মসি পুম্নমক সংসাব ওইবনা ফংবনি ত্যাগ তৌবো, "পুনরপি জননং পুনরপি মবণং হি সংসাবোচ্যতে" অসুম্না কযা সান্ত্বনা তৌখি।

বাৎসল্য প্রেম কনখ্রে কোকপা ঙমখিদ্রে ৱাজা বাণী অনিদো, চিত্রকেতু নিংথৌ মশামক্লা মচাগী সমাধি তৌখি। অরাবদি ময়েঙ

তাখিদ্রে, মহামুনি অঙ্গিরানা উরদুনা (হংই) হাঙ্গৈরকই—হে মহারাজ চিত্রকেতু! নচা কাঙ্গনা মৈচাক অসি করিগুম্বা নচাগী জীবাত্মানা লাক্লুনা (মৃত্যুগী) মরম খঙহল্লরবদি কোকপা ঙমগদ্রা? চিত্রকেতুনা খুমজখি—মহামুনি অদুবু ওইরবদি ঐ শোঙ্গদনা অরাবা মৈচাকসি খরদং ওইরবসু কোকপা ঙমজগনি তাকপিরো মথা তানা মহামুনি। মহারাজ চিত্রকেতুনা লাংতক্লনা মচাগী মৃত্যুগী মরম খিবিক হংজববু মুনিনা তাকপিরকই—হে রাজন্! যজ্ঞ তৌরগা ফংজখিবা নচানিনে অদুনা যজ্ঞনা অমুক শোঙ্গদনা পাউখুম্বা তাবনি। যজ্ঞ তৌদুনা মুনি অঙ্গিরানা জীবাত্মাবু কৌখি হংখি। রাজ পুত্র (অঙাং) অদুনা ইংলবা মেংলবা খোঙ্গেলনা পাউদমকই—তাবিয়ু হে পিতা মহারাজ অমদি ইমা মহারাণী! নচানা মৃত্যু ওইখিবদি “নি সন্তান” ওইরবী ইমা রাণীশিংনা হু পিথকপদগী নচাগী পঞ্চভুত দেহগা জীবাত্মাগা বিচ্ছেদ ওইরকহনখিবনি। মতৌ অসুম্না রাজ পুত্রনা পাউদমজখি।

মরম অসিদগী চিত্রকেতুনা. পুম্নমক সংসারনি, অমাংবা, ওইদবা ঙাক্লনি খঙলকপদগী শ্রীভগবানবু ধ্যান তৌজরুবদা যজ্ঞেশ্বর ভগবান দর্শন ফংজদুনা শ্রীচরণ নিজখি মনাইদা ফংহনবিখি; অসিগুম্বা রসবু শ্রীমদ্ভাগবত শ্রবণ তৌজরুবদগী সেবা পামজরবী ব্রজগোপীশিংনা শ্রীগোবিন্দজীগী শ্রীচরণ সেবাতবু পামজরদুনা নিজখি শকচখি) পিনবিরো ফংহনবিরো জীবগী চংজফম ওইবা হে বৃন্দাবনগী মবুঙো! ফংঙমদ্রবা শ্রীচরণ নত্তনা অতৈ অমা পামজদ্রে, “ললিত ত্রিভঙ্গ রূপ গোপী চিত্ত হারী” জন্ম জন্ম (মপোক মপোক) খুদিং শ্রীচরণগী ননাই ওইজবতদি পিনবিয়ু হন্না হন্না অসুম্না ব্রজগোপীশিংনা নিজখি।

প্রণত কামদং পদ্মজার্চ্চিতং ধরণী মণ্ডলং ধ্যেয় মাপদি ।
চরণ পঙ্কজং শন্তমং চ তে রমণ নঃ স্তনেষর্প্পয়াধিহন্ ॥ ১৩

রমণ ! =হে শান্নবদা য়াম্না হৈ শিংবা ! আধিহন্ ! =হে অৱাবা কয়াবু কোকপিবা ! প্রণতকামদং=চংজরকপা মীওইশিংগী অপাম্বা অঁতু পিবিরিবা, পদ্মজার্চ্চিতং=ব্রহ্মামক্না পূজা তৌখ্রিবা কচ্চরিবা, ধরণীমণ্ডলং=পৃথিবীগী মশক ওইবিরিবা, আপদি-ধ্যেয়ং=ধ্যানতনা অৱাবা কয়া মাংহলবিরিবা. শন্তমং=সেবাগী মতমদা নুঙাইবা পিবা, তে=নহাক্কী, চরণ পঙ্কজং=শ্রীচরণ থম্বালছবু, নঃ=ঐখোঙ্গী পুম্নমক্কী, স্তনেষু=হৃদি (থবাক) অসিদা, অর্প্পয়=থম্বিরো । ১৩

---

শ্রীকৃষ্ণ কাঙ্গনরবী ব্রজগী রমণীশিংনা ইবুঙোগী খোইনা মুরবা শন্নাংনা মাইখোং শিনথুংবা অমদি যণ হোইবগী উফুল্লা মকশিল্লবা বদন হাইরা হাইরহুনা কামগী তেন্না পানবগুম লৈথরে অমসুং ইকাইবা তপথবা লৈতনা পুম্নমক থাদোক্লুনা মতিক মগুণ শক-শোল্লহুনা ঐখোঙ্গী হৃদি অসিদা শ্রীচরণ থম্বিয়ু হাঙ্গবগী হাঙ্গজবা হৌথরে । মতম অসিদা "প্রণতদেহিনাং পাপকর্ষনং" অসিনচিংবা শ্লোক্না হৌরহুনা অমুক হন্না হাঙ্গজথরে ।

গোপী পুম্নমক্না হ ঈজখি—হে রমণ ! নহাক্কী ইঙ্গিত্তা ঐখোঙ্গনা ইবুঙোগা লোঙ্গননা তিন্নবা পাম্বা ওইরবসু ঙসিদি নহাক্কী বঁশি-ধ্বনিনচিংবদা ঐখোঙ্গনা করিগুম্বা মথলগী থুম্না (উহন্দবা) ঙমত্রহুনা ঐখোঙ্গ কুলবতী রমণী ওইরবসু য়ুম থাদোক্লক্লোই অমসুং বনসিদা

ইব্বুঙোগা লোইনজবি। অসিগী মতুংদদি মখল-মখা কয়ামুক্তা "বাহুপ্রসার পরিরম্ভ করাল কোরুনীবিস্তনাল ভনলর্ম্মন খাগ্রপাতৈঃ" অসিনচিংবা ভাবতা ঐখোঙ্গা লোইননা শান্নরগা ঐখোইগী নুঙাইবা হেইংলি। হে আধিহন! ঐখোঙ্গ মতম অসি অৱাবা ওইবি, অরাবসি কোকপিরগা নুঙাইজরনি। মসিমক ঙসিদি শ্রীকৃষ্ণ কাঙ্গনবগী শোইনা ৱা'রিবী ঐখোইনা শ্রীচরন্দা হঙৎচরি—ঈশিংদা হৌবা (শাংপ) থম্বালনা দেহগী মৈচাক ইংহল্লি। শ্রীকৃষ্ণ কাঙ্গনবগী মৈচাক অসিদি ইংবা কোকপা ঙমদবে। ইবুঙোগী শ্রীচরণ থম্বাল অসিনা ব্রজরমণী ঐখোইগী হৃদিদা হাপ্পিরবদি কৃষ্ণ কাঙ্গনা মৈচাক থবদংদসু শান্তি ওইগনি (ফংগনি)। হে রমণ! অসিদগী হৌরতুনা নানা ভাবতা থোগঞ্জবগা শ্রীচরণ পদ্মগী সেবাবু পিবিয়ু অমদি মখল কয়াগী অরাবা অসি কোকপিয়ু। হে কৃপানিধে! খোঞ্জালগী মপু! কৃপা পিবিবদা অমুক লিকপা (থাকপা) তৌবিদনা ননাই ঐখোইগী নিংজবা সেবা থুংহনবিরো।

ব্রজগী রমণীশিংনা শ্রীকৃষ্ণগী পদ কমল অসে ব্রহ্মামক্না পূজা তৌগ্রবনি অমস্তুং ব্রহ্মাগী প্রার্থনাদা শ্রীকৃষ্ণনা পৃথিবীগী অরুম্বা কোকপিনবা অবতার তৌবিখিবনি। অসি হাঙ্গরগা মহাক্কী স্বরূপ ঐশ্বর্য্য গোপীনা শকখ্রিবনি। গর্গাচার্য্য, ভাগুরিনচিংবা মুনিশিংগী মচিন্দগী তাগ্রবনি, অসি হাঙ্গদুনা মরক মরক্তা অসিগুম্বা মতিক-মগুণ থঙহন্দুনা লৈখ্রবনি। তৌইগুম্বস্তুং মখোইগী অন্তকরন্দা লৈবা পুন্নমক শ্রীকৃষ্ণদা থাঙ্গ শেঙনা যশোদাগী মচা ইবুঙোদা ঐগী প্রাণনাথনি হাঙ্গনা থন্দুনা হঞ্জংচবনি। অদু ওইরবদি মাধুর্য্যগী রস

(ক) ততো নিজ ভাবানুরূপ্যেণ শ্রীগোপিকা নন্দনতাময়।
কেবল মাধুর্য্যানুভবেঽপি তদে তদৈশ্বর্য্যং যাচকরিত্যা॥

অদুতা লৈরবসু শ্রীকৃষ্ণ চান্নবী রমণীশিং মতম মতাং অদুদা হাঈজবগী মতুং ইন্না শ্রীকৃষ্ণগী ঐশ্বর্য্য খঙলহুনা য়ান্না তোন্নবগী ভাব রাখন্দা অসিমক কোংদোক্লিবনি, হাঈরিবসিগী মরমদা গৌরীয় বৈষ্ণবাচার্য্য শ্রীপাদ জীব গোস্বামীনা হাঈজখিবসু কয়া লৈখরে।

(ক) কনাগুম্বা অমনা মহাক্কী মফমদা হাঈজখিবা মহাক্কী মগুণ অদু শক-শোন্নহুনা ইবুঙোগী গুণ কোংদোক্কে। মরমদি অসুম্না হাঈজবা মীওইশিং অদু থোইনা চন্নাওদে থম্মদনা হাঈজরিবা অপাম্বা অদুম্ব পিবনি। থোইদোকপদি হৌগ্রবা মমাংঙৈগী মুনিশিংগী মুখদা ব্রজাঙ্গনাশিংনা শ্রীকৃষ্ণগী মতিক মগুণগী রারী অসি তাখিবনি মরম অসিদগী য়ান্না তোন্না হাঈজবগী মরমদা মখোঈনা শ্রীকৃষ্ণগী গুণশিং (শকখি) শোনখি। মসিদা মখোঈগী মশাগী ওইবা মতিক মগুণ অদু ময়েঙ তাবসু নত্তে। থোইনা চান্নরবী ব্রজাঙ্গনাশিংগী শকচরকপা থুদিং মফম থুদিংদা শ্রীকৃষ্ণগী ফজরবা অমদি নিংথিজবা কয়া ঈঙ্গিংনসু থঙবা ঙমই, মফম অসিমক্তদসু কনাগুম্বী চাকনিবীগী চৎন-লোনচৎ রারী খঙলবসু চিংনবা কয়াদি লৈতরে।

ব্রহ্মামোহন লীলাদা গোপ-বালকশিং অমদি যণবী-যন্নাও পুন্নমকপু হুখিবা ব্রহ্মানা রারৌখিবা অশেংবনি। তৌইগুম্বসুং অপরাধ অসি কোক্লবা কৃষ্ণগী শেংলবা শ্রীচরণ অসিবু য়ান্না কিনা ভক্তিগা লোঈননা চংজখিবনি। লোকপিতামহ ব্রহ্মানসু ভগবান কৃষ্ণগী শ্রীচরণ পদ্মদা চংজখি অমসুং শ্রীকৃষ্ণবু পূজা তৌজখি অমসুং

জগৎ অসি স্তাকপিনরগীদমক একান্ত ওইনা হাঙ্গৈজখিবনি ব্রজরমণী-শিংনা মসি মমাংদস্থু "বিখন সাথিতো বিশ্বগুপ্তয়ে··" অসিনচিংবা শ্লোক্তা য়াওখ্রবনি, ব্রজাঙ্গনাশিংনা ব্রহ্মাগী থৌদোক অদু খঙহল্লগা মফম অসিদা শ্রীকৃষ্ণগী চাংদম্লিঙাই লৈত্রবা অথোইবা মতিক মগুণবু শকখি। শ্রীকৃষ্ণদা প্রেম লৈবী শেংলবী মাধুর্য্য ময়ি ব্রজরমণীশিংনা ইবুঙোদা ঐশ্বর্যাশিং অদুস্ত উত্তে অচুম্বনি মখোঙ্গৈনা খঙখিবনি। রসিক চুডামণি ব্রজেন্দ্রনন্দন কৃষ্ণসে মখোঙ্গৈগী প্রাণবল্লভনি মসিদা ঐশ্বর্য্যগী সম্পর্ক লৈতবনি। মবমদি শ্রীকৃষ্ণগী ঐশ্বয্যগী মরমদা খম্মোইনা অতুতবু খন্দুনা লৈ, মসিদা মখোঙ্গৈবু লোইনবদা মনাই অমা ওইনা শ্রীকৃষ্ণগী অঙ্গ-সঙ্গদা চংশিল্লুদে। অদু ওইরবস্থু ব্রজ-রমণীশিংসে উপাধি লৈতবনি অথোইবা প্রেমদা মহাক্কী স্বরূপ ঐশ্বয্যনচিংবা থোইনা খল্লুদ্রবস্থু করি করিগুম্বা মতমদা মখোঙ্গৈনা শ্রীকৃষ্ণগী ঐশ্বয্যনচিংবস্থু মতিক চানা মুন্না খঙলিবনি।

ব্রজাঙ্গনাশিং অসি অপাম্বা লৈতবনি পুমথা-খাদোকগ্রবনি। থোইদোক হেন্দোকনা শ্রীকৃষ্ণগী মরমদা মপুং ওইজবনি মসিদি ওইথোক্তবা নত্তে। চংজরকপা মীগী অপাম্বা ফংহল্লি মহাক্কী চরণ খম্বাল ফংহল্লিবনি, অসিগুম্বা রাতুল চরণ (রক্তবর্ণ) অসিবু অমুক্তং ফংজগ্রবদি অত্তোপ্পা অমা অমুক পামদ্রবনি। মরম অসিদগী চরণ সেবাদা থবাই লুপলবা মীশিংনা অপাম্বদু মপুং ফানা ফংই মহৈ য়াল্লবনি, মসিমক শ্রীমদ্ভাগবত অসিদা শ্রীকৃষ্ণদা হাঙ্গৈজখি। অস্তুম ওইবী গোপীশিংনা সংসারগী বিষয় হাঙ্গৈবদি—ধন, জন, পুত্র, দারা, প্রেম, ইচা, ইগু, ইরন, য়ুম-কৈ থাদোক্লবীশিংনা চরন্দা হঙ্গৎচখি।

(খ) সত্যং দিশত্যর্থিত মর্থিতো নৃণাং,
নৈবার্থদো যৎ পুনরর্থিতা যতঃ।
স্বয়ং বিধত্তে ভজতা মনিচ্ছৎ,
ইচ্ছা পিধানং নিজ পাদ পল্লবম্॥

(গ) কাম লাগি কৃষ্ণভক্তে পায় কৃষ্ণ বসে।
কাম ছাড়ি দাস হইতে হয় অভিলাসে॥

---

(খ) শ্রীভগবানগী মফমদা প্রার্থনা কয়া তৌজখি, ইবুঙোনস্ম মনাইশিংগী অপাম্বা নিজ চরণ পদ্মদি পিরিখি। মরমদি মী অতুনা কামনা বাসনাগী করিগুম্বা অমত্তা খল্লুদনা শ্রীচরণতবু খন্দুনা লৈ। অসিগুম্বা পরমার্থ সার ওইবা শ্রীপাদ পদ্ম হেক ফংজবদা অতোপ্পগী রাখল মাংখরে। মসিমক শ্রীচৈতন্যচরিতামৃতদা হায়খ্রবনি।

(গ) বিষ্ণু পুরাণদা ধ্রুব উপাখ্যানা, খোদোক অতুমক্তা খঙবা ওমই। রাজা উত্তাম পাদগী সুনীতি অমসুং সুরুচি কৌবী পত্নীগী গর্ভদা ধ্রুব অমসুং উত্তম মচা অনি পোকখি। উত্তমনা নিংথৌগী তম্পাক্তা লৈবতু উরগা, সুনীতিগী মচা ধ্রুবনা মহাকসু লৈনিংলমই। মতম অতুদা বিমাতা সুরুচিনা হায়খি—পদ্মপলাশ লোচন ভগবানবু অকনবা তপস্যানা পেলহনবনা, ঐগী গর্ভগী ইচা ওইনা ফংলবা মতম অতুদা নং লৈবগী অধিকার ফংগনি অতু নত্রবদি কায়রোই।

রা অসি তাবদা সুনীতিনা ধ্রুববু ভগবদ আরাধনা তৌরুনবগী শক্তমদা অয়াবা পিখরে। দেবর্ষি নারদগী মফমদগী উপাসনা মন্ত্র ফংজতুনা শ্রীমদ্ভগবত্ সাক্ষাৎ ফংবদগী পিতৃগী তম্পাক পাম্বগী পূর্ব্ব-বাসন অতু নিংখিদরে। অপাম্বা, মিহৌবা পুম্বা কোকখরে ধ্রুবদো।

(ঘ) স্থানাভি যামী তপসি স্থিতোঽহং ত্বাং,
প্রাপ্তবান্ দেব মুনীন্দ্রগুহ্যম।
কাচং বিচিন্বন্নপি দিব্যরত্নং,
স্বামিন্ কৃতার্থোঽস্মি বরং ন যাচে। (ভাঃ)

---

(ঘ) হে প্রভো! সামান্য পিতৃ (মপাগী) সিংহাসন পাম্বগী ধ্রুবনা অকনবা তপস্যা কয়া তৌবদা, দেবতা মুনিশিং মক্না ফংভমদ্রবা ইবুঙো নহাকপু ফংজরিবনি। মিংকুপ্তা মাংখিগদবা লিকলিবু পামলিবা মী খিবদা দিব্য রত্ন ফংলিবা ননাই পরমার্থ ওইজরবনি। অসিদগী অতোপ্পা বর প্রার্থনা অমা লৈত্রে কান্নদরে পামজদ্রে।

অশেংবনি মীওইবগী বাসনা লাক্লবা অমা শান্তি লৈতে, উপভোগ থক লাপথোক্কে হেন্না হেন্না পামশিল্লকই। বরগী আশা মপান নাইদে, মৈদা ঘী হৈজিনবগুম্বনি। মসিমক ইবুঙো নহাক্কী অপার করুণা সিন্ধুনি। শ্রীভগবান্না মনাই ভক্তবু শ্রীচরণ ফংহল্লবদা অন্য বাসনা অদুদি শোঙ্গদনা কোকত্রে। বালকশিংনা (অঙাংশিংনা) তাল্লি মন্না মপাদা তাল্লিবা পোং অতুনা মচাদা অকাইবা ওইগদবা থোক্লবদি পিদে অতোপ্পা অমনা ফগদবা থন্দুনা চেষ্টা তৌনরিবনি।

মতৌ অসুম তৌনা থোঙ্গদোক্লা থৌজান হৈরবা শ্রীভগবাননসু মনাই ভক্তবু বিষয় বাসনা হৈনহন্দনা অথোইবা প্রেম ফংনবগী পুক্কিং চংহল্লি। জীব শ্রীকৃষ্ণগী নিত্য দাস ওইরবসু মান্নানা মরম ওইহুনা নিজ স্বরূপ কাওথোকখিহুনা পরমানন্দগী মশক ওইবা শ্রীকৃষ্ণগী সেবাদা মুঙাইবদো নমহংখিবনি। বিষয় বাসনানা পুল্লগা কাওথোকহল্লি মরম অসিনা শ্রীভগবানগী অপেনবা অহুম ওইদে।

ব্রহ্মানচিংবগী অপান্বদি শ্রীভগবানগী চরণ সেবা ফংবা অমস্তুং হাঙ্গৈবদা ওয়োইদবা পরমানন্দস্তু ফংজরিবনি, মসিমক শ্রীভগবানগী অনিংবনি। মায়ামুগ্ধ জীবনা অনাদি কালগী কর্ম্মগী মথা পোনবনা বিষয়গী সুখ না মরম ওইদুনা কাওথোকহল্লিবনি। তৌইগুম্বস্তুং অসিগুম্বা বাংলবা বিষয় বাসনা থাদোক্লগা শ্রীভগবানগী চরণ সেবাদা জীবনা মাইওয়োকখিদুনা, ময়াই কায়দুনা পুক্লিং লুপ্পা চংবা ওমদে। মসিমক দয়ানিধি শ্রীভগবান্না ভক্তবু চরণ সেবা পিবগা মুডাইদুনা তপ্পা তপ্পা অপাম্বা বিষয়শিংবু থাদোকই।

শ্রীভগবানগী চরণ সেবাদা নিংথিজনা থুম্লবা অমৃত মরিক অমত্তং ফংবদা জীবনা বিষয় সুখ অত্তু চিংনবা লৈতনা থাদোকই, মথং মথং সাধু সঙ্গদা অমস্তুং শ্রীভগবানগী কথা আলাপ্তা পুক্লিং চংসিল্লি মসিমক নরোত্তমঠাকুরনা হাঙ্গৈখিবনি—"লোভ সাধু সঙ্গে হরি কথা" মরমসিদগী শ্রীভগবানগী চরণ পদ্ম ফংবদা পরম পুরুষার্থ অথোইবদি শিংথাবা ওয়োই স্তুরধ্বনি গঙ্গাগুম চেম্পহৃরিবনি। ব্রজরমণীশিংনা দৈন্যনি তৌল্লবনি খওহনখ্রিবনি—হে দুঃখ সন্তাপ হারিণ। অস্রম্না অয়াবগী মৈচাক কোক্লবা প্রার্থনাদি ইবুঙোম্না শোঙ্গদনা তাবিগনি। মরমদি অয়াবা কোকপিগনি শ্রীচরণ ফংজবনা মঙ্গল ওইগনি রাজ্যগী রাথল অহুত্তা অনুভব তৌবম্বনি, ইবুঙোগী শ্রীপাদ পদ্ম ফংজরগা কাঙ্গমবগী সংসার মাংগনি অমস্তুং মঙ্গলগী মশক ওইরবা মুডাইবা কৃপা পিয়বিয়ু। মরম অসিনা হে কৃষ্ণ! নহাকপু কাঙ্গনবদা থোইনা রাজরিবী ঐথোঙ্গীগী অপাম্বা অমদি অনিংবা থুংহনবিয়ু। অসিগুম্বা মুংগী রাথলবু খওজরবী (তাজরবী) গোপীশিংনা ঈশৈ অসি কৎচখি।

(৬) প্রণতদেহিনাং পাপকর্শনং তৃণচরানুগং শ্রীনিকেতনম্ ।

(৬) প্রণতকামদং পদ্মজার্চিতং ধরণীমণ্ডনং ধ্যেয়মাপদি।

(৬) প্রণতকামদং পদ্মজার্চিতং

(৬) প্রণ তাভি মতপ্রদং বিধেরপি বন্দ্যং ধরণীভূষণম্ ।
স্মৃতিমাত্র বিপদ্বিশোধনং পাদ পদ্মং স্তনয়োর্বিধেহি নঃ ॥

প্রণতজনের কাম পুরণের তরে,
যে পদ পঙ্কজ তব অভীষ্ট বিতরে,
পদ্মযোনি ব্রহ্মা যার পূজা করে অনিবার,
ধরণী শোভালাগী যে পদ ভুষণ ।
বিপদে ধেয়ন ধ্যেয় চরণ কমল প্রিয়,
স্পর্শে তায় বিঘ্ন কর হি তপ্ত রাতুল ॥

---

(৬) হে প্রিয়তম ! ব্রহ্মামন্না পুজা তৌজরিবা ইবুঙোগী সাধারণ ওইদবা ধ্বজবজ্রাঙ্কুশগী কজবা কয়ানা লৈত্তেংলবা শ্রীপাদ পদ্ম কয়াদা ফজত্রবনোসে । ইবুঙোগী রাতুল চরণ অনিগী ফজবা অসিনা অমুক্তা পৃথিবীগী লৈমাইসিদা লৈত্তেংবদি ফজবগী ফজবনি ।

অসিগুম্নবা শ্রীচরণগী নাক্তা লৈজরগা অরাবা কাওথোকইবনি, গোবর্দ্ধন ধারণগী মতাংদা খঙত্রবনি । দেবরাজ ইন্দ্র শোয়ারেন্না শাওরম্বুনা অকনবা নোং নুংশিংনা গোকুল ভুমি মাংহন্নবা থৌরাংই, মতম অদুদা হে কৃষ্ণ ! নিংশিংবতদা ইবুঙোনা গোবর্দ্ধন চীং থাঙ্গৎপা প্রলয় কাল নকশিল্লকপগী মতৌগুম অরাবা অদুদগী ব্রজবাসীশিংবু কনবিখিবা হে রমণ ! জীবগী অরাবা মাংহনবিবা । পর মণিকেতননি হাঙ্গৈতুনা গোপীশিংগী চংজকমনি হাঙ্গৈনরিবনি । প্রার্থনা অমদি ঈশৈ শক-শোনজবদা লাংতক্রম্বা কাঙ্গৈনবগী মৈচাক পুন্নমক কোকখরে । মরমসিনা বিশ্ববিধাতা ব্রহ্মামক্তস্থ থুরুম্লিবা ইবুঙো । ব্রজরমণীশিংগী দেহ অসিদা লেংদনা শ্রীচরণ থম্বিয়ু কৃষ্ণ কাঙ্গৈনা মৈচাক কোকচগে ।

মথকী শ্লোক্ত শ্রীকৃষ্ণ কাঙ্গনবগী য়ারবী ব্রজগী রমণীশিংনা মশাগী ওইবা কাঙ্গনবনা মরম ওইরতুনা মখোঙ্গী দেহদা শ্রীকৃষ্ণগী পাদ পদ্ম অদু থম্মিনবা হাঙ্গজখি। তৌইগুম্বস্নং মসিদা মখোঙ্গনা ওইবা য়াই মসি ওইরবদা) থম্মোইগী হৈ-শিংবা, প্রেমগী খৌরাংবা কৃষ্ণগী চরণ স্পর্শ অসিনা দ্বিগুণ হেনবনি খনখি। মসিমক থম্মোইগী প্রেম পিপাসা অদু কোক্লবগীদমক লাংতক্লরিবী ব্রজগী রমণীশিংনা হৌজিক্কী শ্লোক অসিদা শ্রীকৃষ্ণ অধরামৃত অদু প্রার্থনা তৌখিবনি। দান তৌবদা হৈ-শিংবা ইবুঙো শ্রীকৃষ্ণনা অধবামৃত পিবদা কর্মিগুম্বা অরিকপা অমদি অতনবা মীওইব্ৰ ফোংদোকখিদে, মসিমক মখোঙ্গ পুন্নমক্লা শ্রীকৃষ্ণগী অকনবনি হাঙ্গহুনা সম্বোধন তৌখি। অমুক হন্না অধরামৃতগী মশক ওইবা মতিক মগুণ থোইদোক্লা হেল্লি, অমুক্তং থকচবদা মন্নংগী ওইবা লাইনা কয়া, অরাবা কয়া, হু থকলুবদগীস্থ খুদক্তা অতুম মাংহই ময়েং তাই হাঙ্গরিবনি।

শ্রীকৃষ্ণ কাঙ্গনবদা ব্রজরমণীশিংগী অতুগুম্বা থৌরবা মৈচাক অদু অস্নুম অস্নুম্না লাপথোকখি, থম্মোইগী ময়াই কাবতু মাংখ্রগা অরাবা ময়েং তারবস্থ অদুনা মশাগী ওইবা স্বভাব অতুনা থৌ অতুদি হেঙ্গংলি। অতুবু শোক্লবদা প্রেমদি থরা বিশেষনি সম্ভোক ইচ্ছাদি হেঙ্গংলি। অসিগুম্বা বাসনাদগী তোঙানবা অরাবতু ফোংদোকপদা মরু ফংনা মাংখি, অসিগুম্বা স্মরতবর্দ্ধন অসি অধরামৃতগী মঙাওবগী মরোং (মওং) মাংখ্রগা প্রমদাশিংনা হন্না হন্না অধরামৃতবু ফংননবা তৌরবস্থ মসিদা অপেনবদি ওইদে মরমদি অসিগুম্বা অধরামৃত অসি থকপদা নিত্য ওইনা হেঙ্গংলিবা প্রেমগী আকাঙ্ক্ষা অদু মাংখিবনি।

মসিমক ব্রজরমণীশিংনা শ্রীকৃষ্ণ ইবুঙোগী অধরামৃতগী মগুণ অদু মাংলগা প্রেমদাশিংদা চানবি হৈবনি হাঙৈনা শ্রীকৃষ্ণবু খঙখরে। মাসগী মরমদা মীওইবশিংনা অতোপ্পগী মফমদা অনুরাগ পোক্লবস্ু খাঙলিবনি থাঙৈ শেংনা অধরগী মশক ওইবা অমৃতদি অমৃতনি আকঙ্ক্ষা অসিনা থম্মোইদা হেঙ্গৎলক্লুনা লৈবনি। অসিগুম্বা অধরামৃতসে মীওইবশিংগী থম্মোই মুংদা লৈরিবনি। মুপী (রমণী) পুন্নমক্কী থম্মোইদা অসিগুম্বা ময়াই অসিনা চিনবানগী থুন্নবা মহাক্কী খৌজানবু নিংলকপা অদু পোক্লগা নর-নারীশিংগী থোইদোকপা কুপা ফংজবগী মুঙাইবনি। মতম অসিদা সার্ব্বভৌম রাজ্য ওইরবস্ু মদুদগী গুণ ১০০ (চামা) হেনবনা ব্রহ্ম নিংবগী মুঙাইবনি, মসি ফাওবা কাওথোক্লিবনি ব্রহ্মবু নিংদ্রিবনি।

মসিনা মতম অসিদা পুকচেন তপ্পা পণ্ডিতশিংনস্ু অতোপ্পগী মফমদা অনুরাগ অদু কাওথোকই। মহৌশানা চঞ্চলতা ওইবী মুপীশিংনা থোইদোকনা ইবুঙো (কৃষ্ণ) সঙ্গদা পুক্লিং লুপলি অদুগী মতুংদা ময়াই কারবী ব্রজরমণীশিংগী অতোপ্পা কনাগী অনুরাগদা মশাগী ওইবা ধর্ম্মাধর্ম্ম রাখল রাঙাং অসিনচিংবা পুন্নমকস্ু মাংখি, মসিদা করি অমুক হাঙৈনিঙাই লৈরিবগে ?

অধরগী মশক ওইবা অমৃত শোক্লবদা পুরুষশিংমকস্ু বিষয় আশক্তি মাংই অদুগী প্রমান হাঙৈরবদা ব্রজগোপীশিংনা হাঙৈখি— হে নাথ! বেণু খোংবদা কৃষ্ণগা মান্নবা জগৎসিদা অমা লৈতে অমস্ুং শ্রীকৃষ্ণগী চিনবান অদুনা চুম্বন তৌরগা "স্বরিত বেণুনা সুষ্ঠু চুম্বিতম্"। মরম অসিদগী মহাক্কী অধরামৃতনা জীব পুম্বগী ওইনা

ফংনিংবনি অতোপ্পা বিষয়গীদি অনুরাগ লৈতে। বেণুগী মখোন বস কণ্ঠময়নি তৌইগুম্বস্থং ইবুঙোগী চিনবান অতুনা শোকপতদা রস ফাওদবা বেণুগী মখোন অঙকপা মগুণনি। অসিগুম্বা রূপা অসিনা ইবুঙোবু ঐখোঙ্গীগী রূপাগী পাত্রনি পুরুষশিংগীস্তু অগর রস অসিনা চোৎলবা তাম্বুল সেবাদা ভক্তগী থম্মোইদস্থু জগৎ অসিদা ওইথোক্তবা মুঙাইবগী রস অমা ফংলিয়ে। মরম অসিদগী হে কৃপানিধে! ঐখোঙ্গী পুম্বসে থাঙ্গৎশেংনা থৌজালগী মশক ওইরিবা অধরামৃত অদু পিবিরগা মহৈ য়ালহনবিরে।।

তথাহি—অধরামৃতগী থোঙ্গীদোকপা গুণ অহুমনি ১। মথং মথং মশাগী ওইরগা চাওখৎপা, ২। অতোপ্পা অন্নাবনা হেঙ্গৎলকপা মাংহনবা অমস্থং ৩। অতোপ্পা মফমদা নিংশিংবা মাংহনবা, অসিগুম্বা অর্থ অহুম পুথোক্লিবা শ্রীকৃষ্ণগী অধরামৃতগী পুরুষার্থনি মফম অসিদা ফোংদোক্লি। অতোপ্পা রাগ কাওবগী মরমদা ভক্ত "বিল্বমঙ্গল" না অস্মুম্না বর্ণনা তৌরি—"তদ্বৈতৎবীথীপথি কৈ-রূপা-স্যাঃ স্বারাজ্য-সিংহাসন-লব্ধদীক্ষাঃ। শটেন কেনাপি বয়ং হঠেন দাসী কৃতা গোপবধূ বিটেণ"॥

ঐখোঙ্গীসে অদ্বৈত বাদিনি তোঙাানবা লৈত্রবা ব্রহ্মবু খণ্ডনবা থিবনি, লক্ষ্মী অসিদা পান্না থিরিবশিং আরাধন তৌরিবনি অমস্থং মশাগী মুঙাইবনা সিংহাসন পূজা তৌখি, তৌইগুম্বস্থং কনা অমনা নমতুনা মনাই ওইনা শিংথারি। জ্ঞান মার্গগী সাধনা প্রভাবতা ব্রহ্মানন্দ অহুতবু কাওঙমদবনি, জ্ঞান মার্গগী লম্বিদা নিংজবনা অপাম্বা পোৎপু নিংবনি মসিস্থু ঐখোঙ্গীনা নিংদ্রবনি।

সুরত বৰ্দ্ধনং শোক নাশনং স্বরিত বেণুনা সুষ্ঠু চুম্বিতং।
ইতর রাগ বিস্মারণং নৃণাং বিতর বীর নস্তেহধরামৃতম ॥ ১৪

হে বীর=হে দানশূর। দান তৌবশিংদগী পুমথোই থোইবা ওইবা হে অকনবা, সুরত বৰ্দ্ধনং=ইবুঙোগী প্রেমামৃত অদুবু অতৎ-লৈতনা চাওখৎহল্লিবা, শোক নাশনং=জগৎকী অৱাবা পুম্নমকপু লোকপিবিবা অদুগা কৃষ্ণ ফংবা ঙমদবগী মৈচাক্তি কোকহনবিদবা, সুষ্ঠু চুম্বিতং=চিনবান থক-থাদা হাপ্লগা মরোল হাপ্পুনা, স্বরিত বেণনা=ফজনা খোংলকখিবা বেণুগী থোঞ্জেল মরোলদুনা, নৃণাং ইতর রাগ বিস্মারণং-মীওইবগী অনিংবা পুম্নমক কাওহল্লিবা হাঙ্গবদি, সাৰ্ব্ব ভৌমানি সুখেষু রাগমিচ্ছাং বিস্মারযতি=মীওইবগী তৌনশা সাৰ্ব্বভৌমা ওইজবগী নুঙাইবা মথল কয়াবু কাওহল্লিবা শ্রীগোবিন্দগী প্রেমামৃতনি, তে অধরামৃতং নঃ বিতর=অদুগুম্বা ফংঙমদ্রবা অধবামৃতবু নিজবি য়াম্না লিকপগী মতৌ ওইবিদনা ভিক্ষা পিনবিয়ু হে মদন মোহন। অসুম্না ব্রজগোপীনা নিজখি।

---

মসিগী দৃষ্টান্তদি—হে মহারাজ পরীক্ষিৎ! ভক্ত বিল্বমঙ্গলনা মমিৎ তাংদুনা চৎপা ঙমদ্রবদা (য়াদ্রবদা) শ্রীবৃন্দাবনগী মবুঙো কৃষ্ণগী দর্শন সেবা পামজদুনা লাকচবদা হে কৃষ্ণ করুনাময়! ননাইবু করি ওইরসিগে শোঞ্জবকপদা শ্রীকৃষ্ণনা ভক্ত বিল্বমঙ্গলগী মখুৎ পাঙ্গদুনা পুবিখিবা খঙনগনি।

অসিগুম্বা ব্রজগোপীশিংগী প্রেম ভক্ত বিল্বমঙ্গলনা বৃন্দাবন্দা লাকপদা গোপীশিংগী অৱাবা বর্ণনা ফংজখি। অমবোমদা মিৎ তাংলবা মানা শ্রীকৃষ্ণ উজবা ফংদ্রে রাখিবনা বিলাপ তৌরি।

শ্রীমদ্ভাগবতনা সাক্ষি ওইরি মতুদি—১০।৮ ১৬ ত হায়খরে।

"এষ বঃ শ্রেয় আধাস্যদ গোপ গোকুল নন্দনঃ
অনেন সর্ব্ব দুর্গানি যুগ মঞ্জস্তবিস্যথ"॥

---

হে নন্দ মহারাজ। গোপ শাগৈ অসি নচা ইবুঙো শ্রীকৃষ্ণনা মঙ্গল ওইহনবিরগনি, খুদোং থিবা কয়াদগীসু নচা অসিনা কল্লবগনি, অসি হায়না গর্গাচার্য্য মুনিগী বচননা তাকপিরম্মি। গোপ কুলগী অরাবশিংদি হন্না হন্না কনবিগ্রে, ব্রজগোপী ঐখোঈগী মফমদদি অরাবসিদগী কনবিদ্রি হে মদন মোহন! শ্রীচরণ থম্বালনা ঐখোঈগী হৃদি পদুমদা হাপ্পিদুনা অরাবসিদগী কনবিযুগবা।

শ্রীকৃষ্ণবু দর্শন পামজবিবা গোপীশিংনা খনখি—হে বৃন্দাবন নাগর শ্রীগোবিন্দ। গোপীগী থরাই ওইজবিবা ইবুঙো ঐখোঈনা তৌজবা কর্ম্মগী ফলনা থোবি ওইনা পুনখিবনা অরাবশিং অসি ফংজবনি। হে কৃষ্ণ! ইবুঙোদি চংজরকপা জীববু কনবিবা মাগী মাগী অপাম্বা ফংহনবিবনি মবম অসিনা দোষারোপ তৌজদে। অদুবু ঐখোঈদি ননাই ওইজবদি পামজে। ইয়াল কয়াবু ঙাকপিযু "হে প্রণত জন পালক" শ্রীচরন্দা চংজরক্রবী কালি সর্পগী রমণী-শিংগী মফমদা ঙাকপি হৈবগী থোজান্না মখোঈগী অপাম্বা পত্তিবু কনবিখি। ইবুঙোগী বেণু খোঞ্জেল তাবদা ঐখোঈ পুম্নমক কাম রোগ লাইনানা নাবে, "ভো ভিষক শিরোমণে" হে লাইনা কযাগী অরা মৈচাক কয়াবু কোকহনবিরিবা হে অখোইবা মাইবা! (শোক নাশনং) শ্রীকৃষ্ণ প্রেমগী মৈচাক্না নারবী খাংঙমজত্রবী ব্রজগোপী ঐখোঈগী অরাবসি কোকহনবিয়ু ঐখোঈবু লাইয়েংবিযু।

লাইবেংবিবগী অমদি ইবুঙোবু দর্শন ফংহনবিবগী মমলদি পিবা ওমজরোই মবমদি— ঐখোঈগী দেহদা ইশাদা ফংলিবা লাইনা অসি কনানা কবিদগী কবম্না লৈথিবনো (ফংহনখিবনো) হাঈবস্থ থওবিফম থোকই। চানবি হৈতবা শ্রীকৃষ্ণননি মরম অসিনা হিদাক পিতুনা গোপী ঐখোঈবু লাইবেংবিফম থোকপনি।

হে কৃষ্ণ। বেণুগী মপু ওইবা ইবুঙোনা য়োত্নুনা (উমশিন্দুনা) থম্লিবা বেণুগী মবোলনা কামগী তেন ওইতুনা ঐখোঈগী থম্মোইদা থাবদগী মৈচাক অসি ফংখিবনিনা মাইবগী দক্ষিনা পিফম থোক্তে। মতম পুম্নমক্তা পোকপদগী হৌরতুনা মাইগোং থম্বাল দর্শন ফংজরগা চিংজবিবী গোপীবুনা করি ইরাল লৈখিতুনা, করি লংজখিতুনা অমুক অরা মৈচাক ফংহনবিবনো।

গোপী অমনা অমুক হাঈখি—পুম্নমকসে শ্রীকৃষ্ণগীসু মরাল লৈ, হে নির্দয় কৃষ্ণ! মুংশি হৈত্রবা ইবুঙো! নহাক্কী বেণুগী মিববা কাওথম্নবোইদবা খোঞ্জেলনা ঐখোঈ পুম্বগী পুক্লিংবু শুম্বৎহনখিবা অসিসু মিঙ্গুংশি থওদবা কৃষ্ণগী নরালনি। ঐগী ঐগী ইমা, ইপা, ইবুং-ইপুবা অসিনচিংবা পুম্বগী প্রেম কাদোকুনা অঙাওবীগী মতৌগুম ইবুঙোগী ননাক্তা লাকহল্লিবা অসিসু করা অমনা নত্তে নহাক্কনি। মরম অসিনা অচৌবা নরাল লৈব্রনি। অমরোমদা কৃষ্ণগী বেণুদি মরোল থোক্পা নত্তে, ইবুঙো নংনা জিংখিনা তম্বিতুনা ঐখোঈ পুম্নমকপু কৌরগা করিগী লোতুনা উহন্দনা লৈরিবনো? হে কিতব! হে লৌনম্বা কৃষ্ণ! গোপী ঐখোঈবু করম্না থাওতুনা লৈগদগে?

হে অচ্যুত ! ইবুঙো নহাক্তি ময়েং তাবা লৈত্রবা কৃষ্ণনি হায়ৈ ব্রজগোপীশিংগী মফমদদি ওন্না-তৈনরেনে। পাঙ্গল শোনবী নুপী-শিংবু কৌরগা লোত্তুনা লৈবা ওম্বসে কনাগুম্বা অমা লৈরম্মোই, লৈরোই মরম অসিনা অচৌবা নরাল লৈরে হাঈজরি অদুবু শ্রীকৃষ্ণ নহাক্তী অমুনয়বিদনি হাঈবদি হাঈজা-নোঞ্জ হৈব নুপানিনা খুদক্তা মিৎকুপ্তা কোকখিগনি। অদুগা গোপী ঐখোঈনা লাঞ্জখিবা ইবালদি করম্বা মতমদা করিনা কোকপিগদগে ? কাওবিরবরা ? বঁশি চুডা ইবেম্মা রাধাগী মফমদা কংলবা ফাওবদা ইবেম্মনা মান থাদোক-খিত্রবদা ইবেম্মগী চরন্দা—

"স্মর গরল খণ্ডণ মম শিবসি মণ্ডন
দেহি পদ পল্লবমুদারং জয় বাধে" ॥

হাঈদুনা চংজখিবদো ইবুঙো হে কৃষ্ণ ! তোল্লবী পাঙ্গল শোনবী ননাই গোপীদি কাওবা ওমজররোই। লেঙথোকপিরক্লোগবা হে প্রাণকৃষ্ণ ! ননাই ওইবী গোপী ঐখোঈগী অরা মৈচাকসি অমুক্তদি কোকপিদুনা ফংওমদ্রবা শ্রীচরণগী সেবা ফংহনবিরো। অসি হাঈনা ব্রজগী গোপীশিংনা প্রার্থনা তৌজখি।

অসিগুম্বী ব্রজগী গোপীশিংগী অরা মৈচাকপু নিংশিংজদুনা ভক্ত বিল্বমঙ্গলনা হাঈজখি—হে করুণাময় ! তয়ালবু ওমজবা শ্রীমুখনা য়েংবিবা মিৎয়েংনা শ্রীকৃষ্ণ কাঈনবগী মৈচাকপু উনগুম্না ইংহনবিবা অশংবা মণিগী কুচুনা তমজনিঙাই ওইবা, মতম পুন্নমক্তা মুরলী গান তৌদুনা কৈশোরগী ফজবা রূপনা লৈত্তেংবা শ্রীকৃষ্ণবু ননাইনা উজবা কৈদোঙৈ ফংজরকদগে ?

অটতি যদ্ভবানহ্নি কাননং ত্রুটি র্যুগায়তে ত্বা মপশ্যতাম্ ।
কুটিল কুণ্ডলং শ্রীমুখঞ্চ তে জড় উদীক্ষতাং পক্ষকৃদ্ দৃশাম্ ॥ ১৫

যদ্=মতম অদুদা, ভবান্=ইবুঙো শ্রীকৃষ্ণনা, অহ্নি=নুমিৎ চুপ্পা, কাননং–বৃন্দাবনগী মফম ওইবা বন খুদিংদা কোইনা চৎপা মতমদা, ত্বাং=ইবুঙো নহাকপু, অপশ্যতাং=উহৌদবা মীশিংগী, ত্রুটি=মিৎকুপ অমত্তং উহৌদবদা, র্যুগায়তে=যুগ অমা ওইরবোই খল্লিবা, দুঃখমুক্তং=অমুক হন্না নুমিৎনা তারক্লবদা, তে=ইবুঙো নহাক্কী, কুটিল কুণ্ডলং=খোঙ্গৈরবা শমজোইনা খুমজিল্লিবা, তৎ=অদুগুম্বা ফজবনা তিল্লবা মাইথোং অদুবু, উদীক্ষতাং=অরাংবদা যেংলিবশিংগী, দৃশাং=মমিৎশিং অদুগী, পক্ষকৃদ্=মিৎকুপ হাঙ্গবা সৃষ্টিকার্ত্তা ব্রহ্মানা শেম্লিবা অসি, জড়=পঙথোব্রদকো, অস্মুম্না কৃষ্ণ দর্শন ফংলক্রবদা গোপীনা মশানা মশাবু আত্ম নিন্দা তৌরি ।

শ্রীকৃষ্ণ কাঙ্গনবগী মৈচাক্লা ব্রজরমণীশিংগী শ্রীকৃষ্ণনা বিষয় ওইরদুনা মাম্না অরাবা কয়াশিং লোঙ্গননা মখোঙ্গনা তোল্লবীনি খণ্ডলদুনা হাঙ্গজখি—হে নাথ ! মতম অসিদা গোচারণ চৎখিবদা (কৃষ্ণবু উরক্রবদা) ঐখোঙ্গী অমদি ব্রজবাসিশিংগী মফমদদি মিৎকুপ অমগী মতম অসে যুগ অমগী পরিমাননি খল্লি। সন্ধ্যাগী মতমদা যণবী বম্না ওশিংগা লোঙ্গননা লাকপা, গোখুরবজনা মাইথোং অদু কজনা উবা ফংদে মরমদি—জগৎ শেম্বা ব্রহ্মানা "পা" অসিনা ঐখোঙ্গী মিত্তা কুপশিনবিগ্রবনি। অসিনা মরম ওইদুনা ইবুঙো শ্রীকৃষ্ণবু মাইয়োক্নরবা ফাওবদা তরু তরুনা উজবা ফংজখিদবনি ।

হে কৃষ্ণ! ইবুঙোনা দিবা লীলাগী গোচারণ যণ শেনবা লেঙবা লীলাদা ইবুঙোবু উজরম্বী ঐথোঙ্গীগী মিৎকী পা পিকথ্রবা মহাক্না হেক কুপ্লকপদা দর্শন ফংদববু বিরহ সন্তপ্তা গোপী ঐথোঙ্গীসে যুগ অমা ফংদবগুম থোকই। খোই-খোইরবা শম্লাংনা লৈতেংলবা ফজবা মাইথোং য়েংজরিগী পেনবা নাইদ্রবী ঐথোঙ্গীগী মিৎকী পাবু শেম্লম্লিবা ব্রহ্মা মাবু জড়নি অপংবনি হুংশি হৈত্তবনি খহৈদো।

হে গোপী মোহন! গোপী ঐথোঙ্গীনা অরাবা য়ংলকপসিদি ঙসিদা নত্তে মতম কয়াগী মাংদগী রাহুনতা লেঞ্জরক্লবনি। ইবুঙোনা বন্দা যণ শেনবা চৎখিবগী শাংলবা মতমদি থমখিসি তেল্লবা *ত্রুটি অমগী মতমবু গোপী ঐথোঙ্গীগী মফমদদি যুগ অমগুম ওইজেদো। দণ্ড অনিনা মুহুর্ত্ত অমনি। ঘড়িগী মতমদা য়েংলবদি মিনিট ৪৮ না মুহুর্ত্ত অমনি। মুহুর্ত্ত অমনা ১২ থোকপগী শরুক অমবু ক্ষণ অমা কৌই: ক্ষণ অমা হাঙ্গবসি—মিনিট মরিনা শাই। হাঙ্গরিবা ক্ষণ অসিব ১৭ থোকপগী শরুক অমবু ত্রুটি কৌই। ত্রুটি অমগী মতম সেকেণ্ড ৮ দগী খবা হেনবা ৯সু য়ৌদবা মতমবু ত্রুটি অমা কৌই হাঙ্গনরি। অহুনদি তেনথ্রবা মিৎকুপ অমগী মতমবু যুগ কয়াগুম থল্লবী গোপীশিংনা শাংলবা হুংথিল অমগী মতমবু কয়ামুক রানা খাংলমগদগে হাঙ্গবসিদি অত্তুম বিচার তৌবিগনি। ব্রজগোপীশিংনা শ্রীরূপ ফজবা কাওডমদ্রববু নিংশিংহুনা রানা লৈরিঙৈ কান্দা খোই-খোইরবা শম্লাংনা লৈতেংলবা বদন চন্দ্র (মাইথোং থম্বাল) বু প্রেমগা লোঙ্গননা দর্শন ফংজরকপদা মিৎ কুপ্লক্লুনা পা মহাক্না ঙাইহাক্তং

---

*ত্রুটি অমগী মতমসি করিনো হাঙ্গরবদি—শ্রীধর মতে ক্ষনার্দ্ধ কালং মৈত্রেয় ঋষি বচনং ত্রসরেণু ত্রিকং ভুঙ্ক্তে যঃ কালঃ স ত্রুটিস্মৃতঃ॥

তথাহি চৈতন্যচরিতামৃতে—

(ক) ব্রজে নিজ নিজ সিদ্ধদেহ করিয়া চিন্তন।
দিবা নিশি সেবে রাধা কৃষ্ণের চরণ ॥

---

পনবা শিখিববু পা অসিনা মরম ওইবগীদমক ব্রহ্মাবু নিন্দা তৌখি। গোপীশিংনা শ্রীকৃষ্ণগী মফমদা লৈজরিবা প্রেম ভক্তি অসিদি ঐগুম্বা প্রেম ভক্তি মশক খঙদ্রিবা (ফংজদ্রিবা) শিংনা গোপীগী মগুণ শিংথাজবা কোংদোকচবা ঙমগদগে ?

অসিগুম্নবী গোপীনা শ্রীকৃষ্ণগী মাধুর্য্যরূপ ফংদ্রবদা দর্শন থৌরাংজত্নুনা হায়জরি নিজরি—হে বৃন্দাবনগী মবুঙো বৃন্দাবনেশ্বর ! ননাইশিংগী থম্মোইদা কৃপাগী থৌজালনা চানবিত্নুনা দর্শন সেবা ফংহনবিবা নত্তনদি ননাইনা করি করম ওইজগদগে ? ঐখোইনা নিংজরক্লিবা অসি ইবুঙো নহাক্না থুগাইবিগন্নু। ব্রজগোপীশিংগী অথোইবা ধর্ম্মদি কৃষ্ণনা পেনবিনবা হোৎনজবা সেবাতনি হায়বসি অরেপ্পানি। অতৈ অমা পামজদ্রে শ্রীচরণ সেবা ফংজবা নত্তনা অস্নুন্না প্রখর। কৌবী গোপীনা নিজখি।

(ক) শ্রীরাধাগোবিন্দগী সেবা ফংজগে নিংলবদি (পাম্নবদি) মশাগী সিদ্ধদেহ অত্নুনা সেবা চংজগনি ফংজগনি। অত্নুগুম্বা চিন্ময় দেহত্নুতনা অহিং নুংথিল অনিমক্তা শ্রীরাধাকৃষ্ণগী সেবা চংজগনি হায়বনা বৈষ্ণবশিংনা সখী মঞ্জরীনা চংজরি। "বিচার করিয়া মনে ভক্তি রস আস্বাদনে মধ্যস্থ শ্রীমদ্ভাগবত পুরাণ"। মুন্না বিচার তৌরগা ভক্তিগী প্রেম ফংগনি শ্রীনরোত্তম ঠাকুরনা হায়রম্মি।

সঙ্কল্পো বিদিতঃ সাধ্ব্যো ভবতীনাং মদর্চ্চনম
ময়ানু মোদিতঃ যোহসৌ সত্যো ভবিতু মর্হতি ॥

ভাঃ ১০।২২।২৫

---

হে বাঁশিধারি ! ঐখোঙ্গ ব্রজগোপীশিংনা জ্ঞান লাকপদগী শ্রীকৃষ্ণগী সেবা ফংজগে হাঙ্গনা থা ১ চুপ্পা নিংজরকপদা "কাত্যায়ণী মহামায়ে নন্দ সুনুং পতিং মে কুরু তে নমঃ"। পূজা কংচখিবদা তাকপিরমখিবত্থু কাওবিগ্রেনে।

হে ব্রজগী সতীশা ! কৃষ্ণ ঐবু ফংনবগী দমক নখোঙ্গনা থা ১ চুপ্পা ভগবতী কাত্যায়ণী পূজা কংচরিবত্থু ঐনা খঙলে য়ারে শোঙ্গদনমক মহৈ য়াল্লগনি হাঙ্গনা তাকপিখ্রবদা ব্রজগোপী ঐখোঙ্গনা হরাওনা চহী অমা ভাইজরকপা অত্থুগী মহৈরা (ফলদা) ঐখোঙ্গবু অস্মুক য়াহল্লিবসিবু······ ?

অমুকস্মু তাকপিখি—হে ব্রজগোপীশা ! "ময়ি আবেশিত ধিয়াং" ঐঙোন্দা পুক্লিং থমত্থুনা নিংজরিবশিংগী মফমদা "কামং" অপাম্বনা অমুক হন্না "ন কামায় কল্পতে" সংসারগী অপাম্বা বিষয়শিং পামল-রোই। কনাগুম্বনা মৈদা ঙৌরুরবা, থোংলুরবা, মরুত্থুনা কৈদৌঙৈদা "ন বীজায ঈশতে" নিংথিনা হুল্লবস্মু হৌরকপা হৌনদ্রে ময়েল চোংদ্রে হাঙ্গনা ঐখোঙ্গদা তাকপিখ্রবা মুমিৎ অত্থুদগী নিংজখিবী রমণী ঐখোঙ্গগী য়াথল অসি করম্বা মতমদা হোংখিবা লৈখ্রবগে ? হে কৃষ্ণ ! বাঁশি, বেণু, মুরলী, খোঙেলনা শুম্নৎখ্রবী ঐখোঙ্গ গোপী-শিংগী থম্মোইদা চাক্লিবা মৈচাকসি দর্শন ফংদনদি কোক্লরোইয়ে।

## শ্রীকৃষ্ণগী মুরলী ওইরকপা

তথাহি -মনোবতী পুরে দেবাঃ মহাযজ্ঞং কৃতবন্তঃ।
ত্রি বর্ষ সহস্রং স যজ্ঞ পুর্ণে চরু রভবৎ ॥
ব্রহ্মজ্ঞাঃ তং পুর্ণ চরুং ব্রহ্মান্যৈ (কলত্রায়ৈ) প্রদত্তাঃ।
তেন এক সহস্র বর্ষং গর্ভ মভুৎ ॥
এরণ্ডীক নাম বৃক্ষ পঞ্চ বিংশ পর্ব্ব স্তু জাতম্।
নব পর্ব্ব সারঙ্গিক মহাবিষ্ণু মুদ্ধারয়েৎ ॥
সপ্ত পর্ব্ব জয়ন্তিক সদাশিবে ধারয়েৎ।
পঞ্চ পর্ব্ব গোদণ্ড অগ্নিদেবে স্থাপয়েৎ ॥
ত্রি পর্ব্ব গাণ্ডীবং ইন্দ্রদেবে উদ্ধারয়ৎ।
এক পর্ব্ব অবশেষঃ মুরলীঃ রভবৎ ॥
সুমেরুঃ কমণ্ডলু কৃত্বা ব্রহ্মানেচ দদৎ ॥

---

ব্রহ্মালোক্তা লাইরাম তিন্দুনা চহী ৩০০০ চুপ্পা মহাযজ্ঞ তৌই। যজ্ঞগী পুর্ণাহুতি পিব্রবদা চরুপাত্র অমা ফাওরে। চরু অদু ব্রহ্মাগী ব্রহ্মাণীদা পিজরে। চহী লিশিং ১ গর্ভ পুরগা, মতাং ২৫ পানবা এরণ্ড বৃক্ষ কেবা ওইনা পোক্লে। লাইযাম্না ঙক্লখ্রে, থন্নরে লেম্না মাংহনবা খ্রাদ্রে হাঙ্গিহুনা বিশ্বকর্ম্মা কৌহুনা ব্রহ্মানা তাকপিরে— এবণ্ড বৃক্ষ অাসনা হিংচাববু মাইথিবা পিব, ডগ্বা লিরুং (খুৎলাই) শারো। অমুম্না ব্রহ্মানা তাকপিবদগী (হাঙ্গিনদগী) বিশ্বকর্ম্মানা বৃক্ষ অদু মরু ককথংলে কমণ্ডলু শারে ব্রহ্মাদা পিরে। কমণ্ডলুদা হাপ্পা ঈশিং থনবা নাইদে (শিদ-হিদাক) অমৃত ওইখ্রে।

হা'ঙ্গৈবিবা এরণ্ড বৃক্ষ অসি মতাং ৯ কত্তুনা লিকং অমা শারে "সাবঙ্গ" হাঙ্গৈনা কোত্তুনা বিষ্ণুদা কৎলে বিষ্ণুগী ওইখ্রে মতাং ৭ ককলে লিকং অমা শাবে "জযন্ত" কৌরে, জয়ন্ত অসি পশুপতি মহাদেবনা শাঙ্গৈখ্রে মহাক্কী ওইখ্রে। মত্তাং ৫ অমুক ককলে লিকং অমা শারে "গোদণ্ড" কৌরে মৈ কৌবা লাইদা পিবে মাগী ওইখ্রে। অমুক মতাং ৩ কত্তুনা লিরুং অমা শাবে, শারিবা লিকং অত্তবুনা "গাণ্ডীব" হাঙ্গৈনা কৌরে শোরারেন্দা পিখ্রে শাবারেনগী ওইখ্রে। অসুম্না মথং মথং শেমখ্রবা শাগ্রবা) গী তুংদা মতাং ১ লেমলে মত্তুনা "মুরলী" ওইখ্রে শ্রীগোবিন্দদা কৎখ্রে।

"সাবঙ্গ" অমসুং "জযন্ত" হাঙ্গৈরিবা লিকং ২ অসি শাখিবগী তখাই মকক্ অমমমন। হাঙ্গৈবদি—সাবঙ্গ শাখিবগী মকক্ তখাইনা শ্রীবিষ্ণুদা কৎখ্রে। জযন্ত শাখিবগী মকক্ তখাইনা মহাদেবগী ত্রিশূলগী মখোক ওইনা শানখ্রে, অসুম্না অতৈ অতৈগী তখাইশিংনা লাইশিংগী মকক্ অমমম ওইনা শাঙ্গৈনখ্রবা (শেমখ্রবা, গী মত্তুংদা বৃক্ষগী মনিং অনি পাতান্দা তাখ্রে। তাখ্রবা বৃক্ষ মমিৎ অত্তুনা "বশি মোচন" কৌবা যোজন ১০০ শাংবা রা অনি ওইনা হৌখ্রে। মকক্ অমনা "পেনা চৈজিং" শেমখ্রে। বৃক্ষ অত্তুবু ইথোকপগী মকুমত্তুনা পৃথিদা "উতং-রা" ওইনা হৌত্তুনা ব্রহ্মানা শ্রীকৃষ্ণদা কৎখি।

পাতালগী রা অনিত্থু ত্রেতা যুগদা শ্রীরামনা সমুদ্র পন থিংনবা মনাই হনুমান থাত্তুনা লোইহল্লগা পনগী নাক-য়েং ভাক্লগা, রাবন বধ তৌত্তুনা লাইশিংগী অরাবা কোকখি। শ্রীকৃষ্ণগী বঁশি, বেণু, মুরলী, অহুম থোকই শাংবসু খেন্নৈ। বঁশি—খুদোম ১০ শাংই, বেণু—খুদোন ৮ শাংই, মুরলী—খুদোন ১২ শাংই অসুম্না হাঙ্গৈরি।

পতি সুতান্বয়-ভ্রাতৃ-বান্ধবান্-অতি-
বিলঙ্ঘ্য তেহন্ত্য চ্যুতাগতাঃ।
গতি বিদঃ তবোদ্ গীতঃ মোহিতাঃ,
কিতব য়োষিতঃ কঃ ত্যজেৎ নিশি। ১৬

হে অচ্যুত ! = হে নিত্য ওইবা কৃষ্ণ ! অমাং-অতা লৈত্রবা ও, গতি বিদ. = ঐখোঙ্গী লাকপগী মরমশিং খঙলবা, তব উৎগীতেন মোহিত. = নাশিয়ু ঐখোঙ্গী গোপীসে শাগৈ-নাতৈ, ইচা, ইপুরোইবা, মরুপ-মপাং পুম্নমক হুঞ্জেক্লম্লগা খোংলকপা নংগী বেণুগী খোঞ্জেলনা (ঈশৈনা) শুষ্কাংলবী, বয়ং = ঐখোঙ্গনে, ভ্রাতৃ বান্ধবান্ অতি বিলঙঘ্য = ইবুং-ইপা মরুপ পুম্নমক থাদোক্লম্লগা, তে অন্তি বয়ং = শ্রীকৃষ্ণতনা অথোইবনি নিংহুনা ননাক্তা লাকচরিবনে, হে কিতব = হে লৌনম্বা ! এবম্ভূতঃ য়োষিতঃ = অসিগুম্বী ঐখোঙ্গী ব্রজগোপীবু, "আগত্য বিপিনে মাং আনন্দয" = লাকপগী মরমসু খঙবিরবা ব্রজ-গোপীবু, ত্বাং ঋতে = শ্রীকৃষ্ণ নত্তবা কনানা, নিশি ত্যজেৎ = অহিংসিদা থাদোক্লক্কদগেনে ? অরাবা কোক্‌হল্লো মুঙাইহনবিরো।

হে নিত্য ওইবা কৃষ্ণ ! অমাং-অতা লৈত্রবা। গোপী ঐখোঙ্গনা লাকপগী মরমসু খঙলবা নগাক্নি তাবিয়ু—শাগৈ-নাতৈ থিবিক হুন্দোক্লম্লগা, ইবুঙোগী বেণুগী খোঞ্জেলনা (ঈশৈনা) শুষ্কাংলবী ওইনা শ্রীকৃষ্ণনা অথোঙ্গবনি থঙ্গহুনা ননাক্তা লাকচরিবনিনে। হে কিতব ! লৌনম্বা ইবুঙো নহাক্না খঙলবা অসি ফাওবদা, থেংলবা অহিংসিদা করম্না পাঙ্গল শোল্লবী ঐখোঙ্গীবু য়ুমদগী থাদোক্লক্কদগেনে ?

এই প্রকার মমতাধিক্য হইবে
গোপীগনেব তিরস্কার প্রেমেরই বৈচিত্রী বিশেষ ॥
কারণ—গোপীগনের শুদ্ধ প্রেম ঐশ্বর্য জ্ঞান হীন।
প্রেমেতে র্ভৎসনা করে এই তার চিহ্ন ॥ ৩।৭ ৩৮

---

শ্রীকৃষ্ণগী চরিত্র বর্ণন তৌজরকপদা মথুক্তা পাঙ্গবিবা কলম মথা তাবা ভমদ্রতুনা ইবিরম্মি কৃষ্ণদাস কবিরাজনা। পুন্নমবসি শ্রীকৃষ্ণনা ঐথোঙ্গদগী হেল্লবনি। ব্রজগোপী প্রেমম্ম বৈচিত্র বিশেসনি নমহৎপা ভম্নবোই। অহুবু গোপী প্রেমদি শুদ্ধমম প্রেমনি ঐশ্বর্য্য জ্ঞান হীননি। প্রেমবু নমথবা ভমগদবদি কনা লৈরম্নোই কৃষ্ণতনি, পুন্নমক লোঙ্গনা খভবা শ্রীকৃষ্ণনা খভ্র্নবিবি উবিবি। ব্রজগোপীশিং অসি মচা, মশু, বন্ধু-বর্গ, মপুবোইবা, পুন্নমক থাদোক্লম্রগা লাক্লবনি যাহুমম কৃষ্ণগী নাক্তা। গোপীশিংনা খভজৈ হাঙ্গজৈ—হে কপট শিরোমণি! অহুম ওইরবস্ম অভকপগী ফিজেত্তি থাদোগে, ধর্ম্মতনা লৈতেংজৈ শোঙ্গে তত্তনা। ইবুঙোগী বঁশি খোঙ্গেলনা কোরি।

কদোমদনো কদাঙ্গদনো হে প্রিয় অচ্যুত! পেঙ্গবা হবাওজবনা মপুং ওইজৈ কামিনী-তরুনী ওইজবীশিং। কৃষ্ণ নত্তনা ইংলবা মীচিক ত ম্নবা মতমদা কনা ওইবা পুরুষ লৈরমগনি? ইবাঙা কৃষ্ণ নহাক্কী ওহনী বমণী ঐথোঙ্গগী বুদ্ধি জ্ঞানবুস্থ খভবিরিবানে।

"উজরগা শোঙ্গগে, শোঙ্গরগা শিজগে।
শিরমদাইগী মতমদা ইবুঙোগী শাথেক অহুনদো—
উহনবিয়ু রমণীশিংবু শোলাহন বয়ু কৃষ্ণ কৃষ্ণ হাঙ্গনা।"

রহসি সংবিদং হৃচ্ছয়োদয়ং প্রহসিতাননং প্রেম বিক্ষণম।
বৃহদুরঃ শ্রিয়ো বীক্ষ্য ধাম তে মুহুরতি স্পৃহা মুহ্যতে মনঃ॥ ১৭

রহসি = নির্জ্জন স্থানে অচিকপা মফমদা, তে = শ্রীকৃষ্ণগী, হৃচ্ছয়োদয়ং = ব্রজগোপীব্ অপাম্বা পোক্লবা ওইবা ইবুঙো নহাক্না, সংবিদং = ঙাংলম্বা, সংকেত = ইঙ্গিৎ তৌরম্বা, প্রহসিতাননং = মোমোন নোক্লম্বা মাইথোং, প্রেম বীক্ষণং = মুংশিনা মিৎয়েংবিরম্বা মাইথোং, শ্রিয়োধাম = ফজবা পুম্বগী মিৎ থমফম ওইবা, বৃহৎ উর = ফজরবা বক্ষস্থালবু, বীক্ষ্য = উরগা, অতিস্পৃহা = খোঁরাংলবী, ন, = ব্রজগোপী ঐখোঈগী. মনঃ = পুক্লিং অসিনা, মুহুঃ = হন্না হন্না, মুহ্যতে = ঙকলে শুম্মাৎলে।

---

শ্রীকৃষ্ণ প্রেয়সী গোপীশিং মখল অনি শুই, ১। সাধন সিদ্ধ, ২। নিত্য সিদ্ধ। মসিগী মমুংদা রাধিকা ইবেম্মদগী পুথোকখিবী অষ্ট সখী ললিতানচিংবী নিপান অসি "নিত্য সিদ্ধ" গোপী কৌই। হাঈবদি শ্রীকৃষ্ণগী অষ্টাদশাক্ষর মন্ত্র সাধন তৌরগা শ্রীকৃষ্ণ আরাধনা তৌজনিনি। মথংদা "সাধন সিদ্ধ" গোপীশিংদি মখল অহুম শুই। ১। মুনিচরী, ২। শ্রুতীচরী, ৩। দেবচরী। মসিদগী পূর্ব্ব জন্মদ দণ্ড কারন্য বন্দা শ্রীকৃষ্ণ নিংজবা মুনি ময়ামম্না লৈরি। মখোঈশিংনা "পিতৃসত্য পালন" গী শ্রীরামচন্দ্রনা সীতা অমদি লক্ষ্মণগা লোঈননা বন বাস লেংলকপদা রামবু শ্রীকৃষ্ণ দর্শন ওইনা ফংহনা প্রার্থনা তৌজখি। মখোঈশিং অসি "মুনিচরী গোপ কন্যা" হাঈন কৌই।

(ক) পুরা মহর্ষয়ঃ সর্ব্বে দণ্ডকারণ্য বাসিনঃ।
রামং দৃষ্ট্বা হরিং তত্র ভোক্তুমৈচ্ছন্ সুবিগ্রহম্।
তে সর্ব্বে স্ত্রীত্ব মাপন্নাঃ সমুৎ ভূতাশ্চ গোকুলে।
হরিং সংপ্রাপ্য কামেন ততো মুক্তো ভবার্ণবাৎ॥

(খ) গোপ্যস্তু শ্রুতয়ো জ্ঞেয়ং ঋষিজা গোপকন্যকাঃ।
গোপকন্যাশ্চ রাজেন্দ্র ন মানুষ্যঃ কদাচনঃ॥

---

(ক) অসুম্না শ্রীরাম দর্শন ফংজবদা ঐখোঙ্গীবু কবম্বা মতমদা শ্রীচরণ ফংহনবিগদগে হাঙ্গীজবদা, শ্রীবামনা হাঙ্গী— রাম ঐনা দ্বাপুব যুগতা "কৃষ্ণ বতার" তৌবকপা মতমদা নখোঙ্গী পুম্নমক বৃন্দাবন্দা গোপী ওইনা পোক্রম্মো। মতৌ অসুম্না শ্রীবামগী কৃপাদগী গোপ-কন্যা ওইজুনা পোকখি সংসাবগী মুক্ত ওইখি শ্রীহবি ফংজখি।

(খ) গোপী হাঙ্গীবসি বেদদগী ওইবনি, ঋষিদগী অমদি দেব-কন্যাদগী ওইবনি, গোপ কন্যাদগীসু ওইবনি। হে নিংথৌ! মীনদি ওইদে ওইনবগী মরমদি লৈ।

নিত্য সিদ্ধ মথক্তা তাকখ্রে, সাধন সিদ্ধ গোপী মখল অহুমনি হাঙ্গীনসু তাক্লে, অহেনবদি গোপ কন্যানি। গোপী ভাবতা ইবেম্মদা চংজরবদি য়ারকনি।

গোপীনা হাঙ্গীজৈ—হে কৃষ্ণ। হৌজিক ঐখোঙ্গী কবি তৌগনি? নহাক্কী শুদ্ধাংপা ভম্বা "কাম শব" তেন ৫না গোপীগী মিত্তা চংলক্তনা থম্মোইদা খিন্দুনা চাক্লে, ব্রজগোপী ঐখোঙ্গীগী হৃদি পদ্মদা পানখ্রে। শ্রীকৃষ্ণগী মাধুর্য্য রূপবু উবা ফংদ্রবী গোপীগী অরাবসি খণ্ডবিয়ো।

অয়ি দীন দয়াদ্র নাথ হে মথুরানাথ কদা বলোক্যসে।
হৃদয়ং ত্বদ লোক কাতরং দয়িত ভ্রাম্যতি কিং করোম্যহং ॥

---

হে তোল্লবশিংগী মকমদা থৌজালগী মিংয়েংনা চানবি-হৈবা ও! হে মথুরানাথ! ইবুঙোদি মধুপুর বৃন্দাবনগীসু মবুঙোনি চানবিবনি। হে মধুপতি! কৈদৌঙৈদা উজরকপা ফংজগদগে? হে পুক্লিংগী মবুঙো কৃষ্ণ! থম্মোইদা কৃপাগী মঙালনা লেংদনা লৈজবী গোপীনা।

অসি হাঙ্গৈনা বিলাপ তৌজখিববু ভক্ত বিল্বমঙ্গলনা শ্রীবৃন্দাবন্দা লাকচবদা মিৎ উদবনা (মিৎ তাংবনা) কৃষ্ণগী শ্রীরূপবু উজবা ফংদ্রবী ব্রজগোপীশিংগী অরাবসি নিংশিংলক্লুনা কৃষ্ণ কর্ণামৃতদা হাঙ্গৈরি— হে ঈশ্বর জীবগী মপু! হে চানবি-হৈবা! হে জগৎকী মরুপ! হে কৃষ্ণ নুংশি হৈবা ও! হে চপল! পুক্লিংবু তত্তুনা চাংয়েংবিবা। থৌজান্না সমুদ্রগুম পিনহৈবা। হে নাথ! জগৎকী মপু। হে রমণ! হে কৃষ্ণ! অতৎপা লৈতনা য়েংজরিবা মিংকী পেন্নফম ওইবা ও। অরাবনি জগৎকী মবুঙো, তোল্লবা মিৎ তাংলবা ননাই বিল্বমঙ্গলবুদি "হা হা কদা ভবিতাসি পদং দৃশো র্মে"। অদুগৈ ননাইগী মন্দিরদা সেবা ফংজখিবা ইবুঙো নহাক্কী নিংথিরবা শ্রীরূপ অদু কৈদৌঙৈদা উজবা ফংজগদগে? অম্মুমা বিল্বমঙ্গলনা বিলাপ তৌদুনা মবুঙো কৌদুনা চংশিনখি। কৃষ্ণগী প্রেমসু ঈশিং ইচাওগুম হেনগৎলকখি।

ভক্ত বিল্বমঙ্গলগী চান্নজরবী চিন্তামণিনা মপুরোইবা ব্রাহ্মণ বিল্বমঙ্গলবু শ্রীকৃষ্ণগী প্রেম পোকপা ফংনবা রাস লীলা শকচখিবদু শ্রীগোপাল কৃষ্ণনা চানবিদুনা মনাই ভক্তবু শ্রীবৃন্দাবন ফংহনবিখি। অসিগা লোঙ্গৈননা ব্রজগোপীশিংবুসু শ্রীকৃষ্ণগী সেবা ফংহনবিরকনি।

ব্রজবনৌকসাং ব্যক্তি রঙ্গ তে, বৃজিন হন্ত্র্যলং বিশ্বমঙ্গলং।
ত্যজ মনাক্ চ নস্ত্বৎ স্পৃহাত্মনাং, স্বজন হৃদ্রুজাং যন্নিসূদনম্ ॥ ১৮

হে অঙ্গ ! = গোপী ঐখোঙ্গী ইশামক্লি খঞ্জরিবা হে প্রাণকৃষ্ণ ! তে ব্যক্তি = ইবুঙোগী কোংদোকপিবা অবতার অসিনা, ব্রজবনৌকসাং = বৃন্দাবন্দা লৈজবী ঐখোঙ্গী, অমদি বন্দা লৈরিবা মুনি ঋষিশিং কয়াগীসু, অলং বৃজিনহন্ত্রী চ = থোইনা অম অমগী য়েংবা লৈতনা হাঙ্গৈবদি অচান-মিরাই খাঙ্গদনা, পাপ কয়া কযাবু কোকপিরিবা ওইহুনা, বিশ্বমঙ্গলং ভবতি = জগৎ পুম্ব' মঙ্গল পিনরিবনি অমঙ্গল কয়া কোকপিবনি হাঙ্গৈনৈ অহুবু, ত্বৎ স্পৃহাত্মনাং = মতমপুম্বদা শ্রীকৃষ্ণ নত্তনা কনা খঞ্জদ্রবী ব্রজগোপীগী থম্মোই মন্দিরদা শ্রীকৃষ্ণ ফংদবগী লাইনা মৈচাকপু, নিসূদনং = কোকচবা য়াবা, যৎ ঔষধং তৎ = শ্রীকৃষ্ণ বিরহ রোগ কোক্লবা অতুগুম্বা হিদাক অহু, ত্যজ = গোপী ঐখোঙ্গী মরিদা মফমদা অমুক্তদি চানবিয়ু ফংহনবিয়ু গোপীশিংগী থম্মোই লাইনাদি হৃদি মন্দিরদা দর্শন ফংহনবিদবা অসিতনি অতুগুম্বা দর্শন সেবা পিবিহুনা ব্রজগোপীশিং লাইয়েংবিয়ু।

---

হে প্রাণকৃষ্ণ ! গোপীগী, মুনি-ঋষিশিংগী মফমদা অচান-মিরাই খাঙ্গদনা, জগৎ পুম্নমকপু মঙ্গল পিনবিরিবা অমঙ্গলবু ঙাকথোকপিবা ইবুঙো। অমুক্তদি বিরহ রোগ কোক্লবা লাইয়েংবিয়ু গোপীশিংবু।

হে মহারাজ পরীক্ষিৎ ! অসিগুম্বী গোপীশিংদি কৃষ্ণগী সেবাতবু খন্দুনা লৈবীনি অতুবু কৃষ্ণ প্রেম বিরহগী মৈচাক কয়ানা থম্মোইদা চাকথ্রে, কৃষ্ণগী মাধুর্য্য রূপবু উবা ফংজদ্রবী গোপীশিংনা হাঙ্গজরি।

গোপ্যঃ কামাৎ ভয়াৎ কংসঃ দ্বেষাদ্ চৈদ্যাদয়ো নৃপাঃ ।
সম্বন্ধাৎ বৃষ্ণয়ঃ স্নেহাৎ যূয়ং ভক্ত্যা বয়ং বিভো ॥

---

হে বিভোঃ ! মহারাজ পরীক্ষিৎ ব্রজগোপীশিংনা কৃষ্ণবু কামনা ভাবনা নিংঙি, কংস রাজনা শিগনি কিবদগী কৃষ্ণ নিংঙি, শিশুপাল-নচিংবা নিংথৌশিংনা শ্রীকৃষ্ণবু য়েক্লবনি থন্দুনা নিংঙি, নখোঙ্গী পাণ্ডব অমসুং যাদবশিংনা সম্বন্ধ প্রেম ওইনা কৃষ্ণবু নিংঙি অতগা নারদ ঐ অমদি মনাইশিংনা ভক্তিনা শ্রীকৃষ্ণবু নিংই । অসুম্না শ্রীমদ্ভাগবতনা ১০।২২।২০ শ্লোক্তা শ্রীনারদনা যুধিষ্ঠিবদা হাঙ্গথরে, ব্রজগোপীশিংনা শ্রীকৃষ্ণবু কামনা ভাবনা নিংঙি হাঙ্গবা অসি সংসারগী বিষয় ভোগ অদুবু নত্তে, মতুদি থাদোকপা ওমদ্রিবা বিষয়গী মথা পোল্লিবশিংদা হাঙ্গগদবনি । গোপীশিংদি মতম পুন্নমক্তা (কৃষ্ণ সুখ সঙ্গের আশা অন্যকর্ম্ম পরিত্যাগী কুঞ্জে কুঞ্জে বিলাশিনী রায় মহাভাব স্বরূপিনী) অসিনি ভক্তি সেবাতনা শ্রীচরণ সেবা ভাবনা (রাখল) তনা নিংজ-শোঞ্জবনি ! মরমসিনা প্রেম হাঙ্গবা মথক অনি শুই, ১। মশাগী ইন্দ্রিয়গী পেন্নবা হাঙ্গবা অমা মসিনা কাম কৌই । ২। শ্রীকৃষ্ণগী পেন্ননবা হাঙ্গবসিনা প্রেম কৌই । গোপীশিংনা পাম্লিবদি কৃষ্ণ সুখ ওইবনা "রাগাত্মিকা ভক্তি" কৌই । ভক্তি অঙ্গ পুন্নমক শ্রীকৃষ্ণ ফংনবগী কারণনি রাগাত্মিকা ভক্তি অসি ফংজরবদি শ্রীকৃষ্ণদা তন্ময় ওইরবনিনা য়েংউ থল্লু খুদিংদা "তদাত্মিকা" ওইবে হাঙ্গবদি—কৃষ্ণমক ওইনা উরে। মরম অসিনা শ্রীকৃষ্ণ ফংনবগী লৈরিবা ভক্তিশিংগী মন্নুংদগীদি রাগাত্মিকা ভক্তিনা অথোইবনি হাঙ্গবা অসি ভক্তিরসামৃতসিন্ধুদা হাঙ্গরি ।

যত্তে সুজাত চরণাম্বুরুহং স্তনেষু,
ভীতাঃ শনৈঃ প্রিয় দধীমহি কর্কশেষু।
তেনাটবীমটসি তদ্ ব্যথতে ন কিং স্বিৎ,
কূর্পাদিভির্ভ্রমতি ধীর্ভবদায়ুষাং নঃ ॥ ১৯

অতি প্রেম ধর্ষিতাঃ রুদত্যাহুঃ যদিতি=কৃষ্ণ প্রেমনা ঈশিং ইচাওঙ্গুম্লবী কনাগুম্বী গোপী অমনা হাঙ্গৈ, হে প্রিয=আত্মাগী চান্নবা ঈশ্বর ওইবা, হে গোবিন্দ। বযং তে সুজাত চরুণাম্বুরুহং—ননাই ঐখোঙ্গীনা ইবুঙোগী নিংথিনা শাৎলবা চরণ থম্বাল অদুতবু, কর্কশেষু স্তনেষু=কল্লবা হৃদি মন্দিরগী থক্তা (বক্ষস্থলদা), ভীতা. শনৈঃ শনৈঃ দধীমহি=শ্রীচরণ থম্বাল স্থল কমলদগীসু হেম্না মেংলবা থোৎলবা নাগনি খিজরগা য়াম্না তপ্না তপ্না থাঙ্গৎচগে মরমদি, যৎ ত্বং=অদু গুম্বা মেংগ্রবা, তেন=চরণ অদুনা, অটবীং অটসি—বন্দা কোঙ্গনা চৎলি শাম্নে চেল্লি, তৎ কূর্পাদিভিঃ ব্যথতে কিং স্বিৎ ন=মতমদুদা শ্রীচরন্দুদা মুংক্রেং-নুঙ্গাই, কুশ, তুম্বোনচিংবনা থিন্দুনা নারিরোইদ্রা? ইতি মত্বা=মসি খল্লুবগা, ভবদাযুষাং নঃ ধীঃ ভ্রমতি=শ্রীকৃষ্ণনা ঐখোঙ্গী পুন্সি ওইজরবী গোপী ঐখোঙ্গী পুম্নমক্কী পুক্কিং থম্মোই অঙকপা ওইনা ওইরে, অসুম ওইরবী ব্রজগোপীশিংনা কল্প-কল্পদুনা শ্রীকৃষ্ণর প্রার্থনা তৌজখি।

---

প্রেমানলনা বিলাপ তৌখি—হে কৃষ্ণ! ইবুঙোগী ললিত ত্রিভঙ্গ রূপ দর্শন পিবিদুনা ঐখোঙ্গীবু লাইয়েংবিদ্রবদি ঐখোঙ্গী পুম্বা শিরনি অদু ওইরবদি নারী বধগী পাপ ফংলোঙ্গদ্রা? অমনা নহাক্কি মুপী হাৎপগী পাপ কিদে হাঙ্গবসি ঐখোঙ্গী খঙই মদুদি—সত্য যুগদা

ব্রাহ্মণীগী গর্ভ মাংহনখি। ত্রেতা যুগদা তারকাসুর কৌবী হিংচাবী হাংখি। দ্বাপর যুগদা পুতনা কৌবী হিংচাবী হাংলে। মতৌ অসুম্না যুগ খুদিংদা নুপীদা হাত্তুনা লাকপনা হৌজিকমুক ঐখোঙৈবু হাংকদবগী থৌরাংবিরি। হে নুপী হাংপদা পেনবা লৈত্রবা হে কৃষ্ণ! ভবদাযুষাং নহাক্না পুন্সি ওইজবী গোপী পুক্নিংসি অঙকপা ওইবে।

ইবুঙো ননাই রাধাবু শোকপিরক্নু. ইবুঙোদি যণ হাংপগী গো বধগী প্রাযশ্চিৎ তৌবিরুখো।

হে ব্রজগোপীশিং কৃষ্ণ ঐদি গো বধ তৌদে হিংচাববু হাংপনি বৃন্দাবন বাসী পুন্নমক্কী মঙ্গল ওইনবগীদমক, অত্থবু গোপী নখোঙৈনা প্রাযশ্চিৎ তৌরুখো হাঙৈরবদি করি প্রায়শ্চিৎ তৌরু হাঙৈবনো ঐঙোন্দা হাঙৈবোদনা ?

ইবুঙো হে কৃষ্ণ! জগৎসিদা লৈরিবা সর্ব্ব তীর্থ পুন্নমক্তা চত্তুনা লুপ্লখো (স্নান তৌবিরু) অত্থু ওইরবদি পাপ কোক্লগনি।

অত্থুদি কৃষ্ণ ঐনা হৌজিক মফম খুদিংদা (তীর্থ কয়াদা) চত্তুনা লুপ্লুববসু গোপী নখোঙৈনা থাজররোই মরমসিনা তীর্থ লখা ৬০ পুন্নমক কৌরগে মফমসিদা, নখোঙৈগী মাংদা ঐ লুপ্লগে।

মত্থুদি ম্যাম্না ফবনি, মতৌ অসুম্না ব্রজগোপীশিংনা হাঙৈজবদগী শ্রীকৃষ্ণনা অঙানবদা "গোমতী তীর্থ" য়েংথংবা শ্রীচরণগী খোংবীনা পৃথিবীদা থিনবদা (শোকপদা) তীর্থ ফিরি ফিরি কাপখৎলক্লে। গোমতীনা কৃষ্ণগী শ্রীচরন্দা খুকমজত্থুনা হঙৎচরকই—ননাই গোমতী কৌবিববু করি তাকপিগদবনো ? হে গোমতী! নহাক্না কৃষ্ণ ঐবু অমুক্তা স্নান তৌহল্লু। অসুম্না কৃষ্ণ স্নান তৌরবগী তুংদা গোপীশিং

য়েংহুনা তাকপিরকই—হে ব্রজগী গোপীশিং! হৌজিক্তি ঐ পাপ কোক্লেদনা? ইবুংো শ্রীকৃষ্ণগী অসিগুম্বা মতৌসিদা গোপীশিংস্তু তীর্থ স্নান ফংজনিংহুনা হাঙ্গজরবদা (হঙ্গৎচবদা) কৃষ্ণনা তাকপিরকই গোপী নখোঙ্গনা ঙসাইনস্থু হাঙ্গদে হৌজিক্তি তীর্থ পুম্বা হনখরে ফরে ঐগী শ্যামকুণ্ডদা তিনখ্রবা তীর্থবু গোপী নখোঙ্গনা ঈশিং খুজোক খুজোক শোক্লগা রাধাকুণ্ডদা তিনশল্লো মহুদা ঐখোঙ্গ পুম্বা স্নান তৌরসি। (কৃষ্ণা অষ্টমী নুমিৎকী নোংয়াইদা থা চপ চানা খোঙ্গনি মহুদা অষ্টমীস্নান তৌরসি হাঙ্গবনি হাঙ্গবসি প্রভাস খণ্ডদা য়াওরি)।

মতৌ অস্নুম্না কৃষ্ণগী রূপ, গুণ, পুম্নমক শিংথাহুনা নিংশিংহুনা ঈশৈ ওইনা শকখি। গোপীশিংনা শকখ্রিবা ঈশৈশিং অসিগী মনুংদা ১৯ শুবা শ্লোকসিদা হাঙ্গরিবা বর্ণনাসিদি গোপীশিং অসিনা অস্নুকী মতিক শ্রীকৃষ্ণগী সেবদা তন্ময় ওইখ্রে হাঙ্গবা ফোংদোকচরি। অস্নুম্না শ্রীরাধিকানচিংবী ব্রজগোপীশিংনা ঈশৈ অসি শক্তুনা হেক কৎপা লোঙ্গবদা শ্রীরাসমণ্ডলদা গোপী পুম্নমক রাম্ভহুনা লৈখ্রে, মতাং অসি য়ৌরকপদা গোপীশিং অসিনা প্রাণ থাখ্রবদি কৃষ্ণ ঐগী অষ্টকালগী লীলাশিং কাঙ্গবা তারে খন্দুনা মথাগী ৩২ শুবা অধ্যায়দা শ্রীকৃষ্ণ দর্শন ফংহনবিহুনা ব্রজগোপীশিংগী মাগী মাগী সেবা পুম্নমক ফংহন-বিরক্কনি। হরে কৃষ্ণ—

---

১। রাগেতি একাদশ প্রকারাঃ ভবন্তি—
যথা—বিভাস, যথা রাগ, কর্ণাট, শ্রীরাগ, করুণশ্রীঃ
ধানশ্রী গান্ধার গৌরী কেদার কামোদ ভুপালাঃ॥ ইত্যাদি
২। গীতী শীঘ্রী শিরোকম্পী স্বয়ং লিখিত পাঠকঃ।
অনর্থজ্ঞোঽল্পকণ্ঠশ্চ ষড়েতে পাঠকাধমাঃ॥

---

ঈশৈগী রাগ চাঙ্গদুনা লৈরম্মিবা অসি মখল ১১ নি মদুদি—বিভাস রাগ, যথা বাগ, কর্ণাট, শ্রীরাগ, করুণশ্রী, ধানশ্রী, গান্ধার, গৌরী, কেদার, কামোদ অমসুং ভুপাল অসিনচিংবা মখল ১১ অসিনি। মরম অসিনা রাগ শুনা খণ্ডদবনা ঈশৈ শক্কুনা পাঠ তৌবা য়াদে। রাগদগী রাগ পুরুষ অমদি রাগিনি পোক্লকপনি, মখোঙ্গ অনিগী মিলন্দগী রাগ মখল ময়ামশিং অসি পোক্লকপনি।

গীতী পাঠ তৌবদা ঈশৈ শক্কুনা, শীঘ্র = অর্থ খণ্ডহন্দনা য়াম্না থুনা থিবা, শিরোকম্পী = মণ্ডক হাঙ্গদুনা নোমদুনা তান থাদুনা থিবা, স্বয়ং লিখিত পাঠকাঃ = মশানা ইখোক্লগা অয়িবা লাইরিক্তা থিবা, অনর্থজ্ঞা = মশামা অর্থ কাঙ্গনা থিবা, অল্পকণ্ঠশ্চ = মরোল খোক্তনা তুমিন্না লোম্না থিবা হাঙ্গরিবা মখল ৬ অসি তৌফদে অতোনবনি ফল মাংনবগী মরমনি।

গীতী পাঠ করম্না তৌগনি হাঙ্গবা মথক্তা পনখরে, অদুবু করম্বা মরোং (মওং) দা নিংথিনা মচা খাঙ্গনা নিয়ম চুম্না থিরগা অফবা ফল ফংনবগীদমক পাণ্ডখোক্কদবা ওই। পণ্ডথি থিবনদি তারিবা মীওইশিংনা খণ্ডব্রবসু গীতী পাঠ তৌরিবা অদুদি শোঙ্গদনমক পাপ ওইরোই ফংলোই হাঙ্গনিঙাই লৈতে।

শ্রীকৃষ্ণস্য শ্রীঅঙ্গ বিভূষিত মালাং চতুর্ধাঃ ভবন্তি।

যথা—কণ্ঠ-মালা, বৈজয়ন্তী-মালা, হৃদি-মালা, বন-মালেতি ॥

১। কণ্ঠমালেতি—মণি-মুক্তা প্রবাল স্বর্ণ রৌপ্যাদি কণ্ঠ-বিভূষিতাং কণ্ঠমালোচ্যতে।

২। বৈজয়ন্তীমালেতি—বৈজয়ন্তীং পঞ্চপুষ্প গ্রথিত পঞ্চ-বর্ণী বৈজয়ন্তীতি বচনাৎ ॥ —বিশ্বনাথঃ।

৩। হৃদিমালেতি—কিঞ্চিৎ লম্বিতাং পঞ্চপুষ্প গ্রথিতাং। হৃদিমালেতি সা উচ্যতে ॥

৪। বনমালেতি—বহুবিধানি পুষ্পানি নানা বর্ণানি সুক্ষ্মা-সুক্ষ্মানি নাভি পর্য্যন্তানি বনমালেতি ॥ —বিশ্বনাথঃ।

---

১। কণ্ঠ-মালা—সনা-লুপা, হীরা, মণি-মুক্তা, প্রবালনচিংবা ধাতু কয়াগী মচুশিংনা লেঙলগা খৌরিদগী খরা চোম্থনা থোনবা মালাবু কণ্ঠ-মালা হাঙ্গৈনা কৌই।

২। বৈজয়ন্তী-মালা—মচু ৫গী লৈনা লৈথন নাইনা অচৌ-অপিক মচু মচু খাঙ্গৈনা লেঙবা হৃদিদগী খরা কৌথংশবু বৈজয়ন্তী মালা কৌই হাঙ্গৈনা বিশ্বনাথনা হাঙ্গৈরি।

৩। হৃদি-মালা—মচু ৫গী লৈনা লৈথন নাইনা অচৌ-পিশক মচু মচু খাঙ্গৈনা লেঙবা হৃদি য়োনা চোনববু হৃদি-মালা কৌই।

৪। বন-মালা—লৈ মচু ময়াম্না (কয়াশিংনা) খন্দুনা অচৌ-অপিক য়েঙতুনা লেঙলগা খোইদৌ য়োনা চোম্না থোনববু বন-মালা কৌই হাঙ্গৈনা বিশ্বনাথনা হাঙ্গৈরি।

## গোবিন্দ লীলামৃত ২ সর্গ

**শ্রীপাদ রূপ গোস্বামি কৃত প্রাতঃ লীলা—**

রাধাং স্নাত বিভূষিতাং ব্রজপয়াহূতাং সখীভিঃ প্রগে।
তদ্ গেহে বিহিতান্ন পাক রচনাং কৃষ্ণা বশেষা শনাম্।
কৃষ্ণং বৃদ্ধ মবাপ্ত ধেনু সদনং নির ব্যূঢ় গো দোহনং।
সুস্নাতং কৃত ভোজনং সহচরৈঃ তঞ্চাথ তঞ্চাশ্রয়ে। ১ ॥

অথ=অসিগী তুংদা, প্রগে_স্নাত বিভূষিতাং=অয়ুঙা স্নান লোঈরহুনা লৈতেংলবী, ব্রজপয়াহূতাং=যশোদা ইমানা কোৗরবী, সখীভিঃ=সখীশিংনা, তদ্ গেহে=যশোদ'গী য়ুমদা, বিহিতান্ন পাক রচনাং=লুক হৌরবী, কৃষ্ণা বশেষা শনাম্=কৃষ্ণগী প্রসাদী চারবী, তাঞ্চরাধাং=অহুম ওইরবী রাধাসু, বৃদ্ধং=য়াহৌরবী, অবাপ্ত ধেনু সদনং=যবীগী মনাক ম্নৌরবা, নির্ব্যূঢ় গো দোহনং= শঙ্গোম শুম্বা লোঈরবদা, সুস্নাতং=চাইথরবা, সহচরৈঃ=সখাশিং লোঈননা, কৃত ভোজনং=চামিল্লরবা, তঞ্চকৃষ্ণং=অহুম ওইবা কৃষ্ণবুসু, অহং আশ্রয়ে=ঐনা চংজরি।

শ্রীকৃষ্ণগী চরিত কথা হাঈবসি অমৃতনি, পুক্লিং নাকোং ইংবা রসনি। মীওইবা ভক্তনা থাজনা তাজহুনা ভু' ইঞ্জরবদি শ্রীরাধা-কৃষ্ণগী চরণ ফংগনি। শ্রীরাধাকৃষ্ণগী লীলা হাঈবসি অমৃতনি। শ্রীবৃন্দাবন্দা ওাল্লিবা রাধাশ্যামগী চরন্দা তোল্লবনা চংজরি

নোংওাল্লবদা ইবেম্মসু স্নান লোঈরহুনা জটিলাগী গৃহদা লুক হৌরি। নন্দগী সঙ্গাইনি নন্দ মহারাজ শঙ্গোম শুম্বা লেওশিনরে। কৃষ্ণ মুওাইনা তুমজি, মহারাণী যশোদা মচা'গী নাক্তা চংহুনা মচা

হৌদোক্লে, শ্রীকৃষ্ণস্থু প্রাতঃ ক্রিয়া লোমত্থনা শঙ্গোম শুস্থা চংখ্রবে। যশোদা রাণীনা খল্লি ··· ঐগী ইচা গোপাল শাম্নবদা থল্লাই য়াওবনা ময়াং কংলে, তুর্ব্বাসা মুনিগী বর কংলবী জতিকাগী মথৌ রাধানা থোংবা (হৌবা) মথেল-লুকোই অন্ন ব্যঞ্জন চারবদি নোই-পেন্দুনা পুন্সি শাংনি হাঙ্গনৈ। যশোদানা অস্থুম্না খন্দুনা লৈরিঙৈ মতাং চানা কুণ্ডলতা য়োরক্লে। কুণ্ডলতাবু উবদা যশোদা মাতানা হাঙ্গরকই - ইবেম্মা কুণ্ডলতা নংনা রাধাবু লুক হৌনবগী জটিলাদা হাঙ্গজত্থনা থরা কৌবিরুচো। কুণ্ডলতানা যশোদাগী রাবোল পুস্থা তারত্থনা রাধা কৌবা চংখ্রে। রাধাদা হঙ্গংলুরে (হাঙ্গজকরে) ইবেম্মা রাধানা হাঙ্গরকই—শাগৈগী মৌ ওইবী ঐনা মীগী ময়ুমদা চত্থনা চাক (লুক) করম্না? মীনা নোক্লনি। মনেম জটিলানা রাধাদা হাঙ্গবকই -- চৎলু চৎলো. যশোদা রাণীনা তাকপিরকপা য়াথং কবম ত্থিদোক্লনি ইবেম্মা। অস্থুম্না কুণ্ডলতা রাধাগা লোঙ্গননা যশোদাগী নাক্তা চত্থনা লুকহৌশংদা চংখ্রে। মথেল-লুকোই রত্ন-বেরা, নানা সন্দেশ কয়া হৌজরে, লোঙ্গজরে তাকচরুরে যশোদা মাতাদা রাধানা। পরিবেশন তৌখ্রে যশোদা মাতানা। কাহ্নাই বলাই লেঙশিল্লক্লে সখাশিংস্থু য়াওনা ইবেম্মনা হৌবা লুক হামিন্নরক্লে মধুমঙ্গল পেল্লে, মথেল-লুকোই য়েঙলক্লে মাগী ফাগী হৌরক্লে ময়াম রা রা নোক্লক্লে। রাম কৃষ্ণ পুক্লিং পেল্লে মাগী মাগী অপাম অপাম্বা হাঙ্গনরক্লে ওক্রি-মথৈ হাপহল্লে পুম্নমক অপেনবা হাঙ্গবত্থ ওইনরে অসিমদি রাংলি হাঙ্গবা অরাংপা অমত্তা লৈতনা মতৌ অস্থুম্না চামিন্নবা লোঙ্গরত্থনা রাম কৃষ্ণ লেঙথংলে ময়ামবু বিদায় পিরম্নগা নিঙাইদনা পোখাখরে।

কুণ্ডলতানা হঙ্গৎচৈ—সতী সাধ্বী ওইবীনি রাধিকা, মাইথোং থম্বাল মফম খুদিং সতীগী খুদম লৈতেংলিদো। তাইবং পুক্লিং শুম্মাৎপিনি শোঙ্গৈররোই শ্যাম্বু শুম্মাংলম্লনি শক-হেনবী শক-ফম্লিনা, শ্যামগী নাম শোন্না শোন্না লেমজ ফজ শাজংনা। কুণ্ডলতাগী রাহৈ তারগা ললিতানা থুম্মি—(কুচ যুগ দাড়িম্বা) অচুম্বা খুদমনি সতীগী।

নিংথৌগী মচানি, শক-ফমসু জগৎ ফাওরিবীনি, পুর্ণিমা থানা থোকপগুম ব্রজ লক্ষ্মী পুমঙাল ঙাল, য়েন্তা ললিতা, মাঙদা কুণ্ডলতা, ওইদা বিশাখিকা, ময়াইদা রাধিকা লেঙলক্লে অসুম্না যশোদাগী গৃহ তম্না, যশোদাদা খুরুমজে যশোদানা রাধাবু কোনবিরে থাগৎলি ন্নুংশিবা রাহৈ কয়ানা হাঙ্গৈরক্লে যশোদা রাণীনা—মঙ্গল ওইজোকো।

ঙসি রাধা নংগী অন্ন ব্যঞ্জন চারবনিনা ইচা রাম কৃষ্ণ শোঙ্গৈদনা নোই-পেন্দুনা ষণ শেনবা অতৈ অতৈ হিরম কয়াদা থোৌপাঙলনি। চৎলো হল্লো ননেম জটিলা ঙাইরম্লনি। অসুম্না বিদায় ফংলদুনা—

চলিলা, একই স্থানেতে, নয়ণ ভরিয়া............॥

হল্লক্লে রাধিকাদো জটিলাগী গৃহদা লৈহৌরে থৱাইদি নন্দগী য়ুমদা,
নোংদম্বা নহাকসে ন্নুংশি হৈতেদা পেলহন্দেদা নংনা রাধা পুন্সিদা,
শাৎচনিংঙিনে লৈকোল অদুদা ওইহন্দে নংনা নংগী থুৎশেমদা,
ঙমহন্দে য়েংবা ঙমদে য়েংনিংবদুদা অকিবা ইকাঙ্গৈবা নংসু কল্লিদা,
তুং-হন্নুনা য়েংজৈ নন্দগী সঙ্গাইদা থোঙথাং লেপ্পি রাধিকা রাখন্দা,
থঙহৌদে শিন্থৈ পিরাং মিৎলুদা লুপথ্রবনি রাধাদো রাখল অমদা,
অসুম্না রাধিকাদো জটিলাগী গৃহদা শিন্নৈ সখীনা রাধা জটিলাদুদা।

মতাংসিদা ব্রজগী ন্নুংশিবা প্রাতঃ লীলাদা যদুনাথ য়াউজ-ইঞ্জরি।

প্রাতঃ লীলা লোঙ্গৈরে। হরে কৃষ্ণ—

## গোবিন্দ লীলামৃতম্ ৫ সর্গ

### পূর্ব্বাহ্ন লীলা সূত্রম্

পূর্ব্বাহ্নে ধেনু মিত্রৈ র্বিপিন মনুসৃতং গোষ্ঠ লোকানুযাতং,
কৃষ্ণং রাধাপ্তি লোলং তদভি সৃতি কৃতে প্রাপ্ত তৎ কুণ্ডতীরং।
রাধাঞ্চা লোক্য কৃষ্ণং কৃত গৃহ গমনং আর্য্যয়ার্কার্চ্চনায়ৈ,
দিষ্টাং কৃষ্ণ প্রবৃত্ত্যৈ প্রহিত নিজ সখী বর্ত্ম নেত্রাং স্মরামি ॥

পূর্ব্বাহ্নে=পূর্ব্বাহ্ন লীলাগী মতম ওইরকুবদা, ধেনুমিত্রৈঃ= বণবীশিং অমদি গোপ সখাশিংগা, বিপিনং=বন্দা, অনুসৃতং= লেঙথোকলকুবা, গোষ্ঠ লোকানুযাতং=ব্রজবাসী গোপশিংনা তুংদা ইন্নরবা, রাধাপ্তি লোলং=শ্রীরাধা কংনরগীদমক পুক্লিং তয়াং-তশোঈরবা, তদভি সৃতি কৃতে=শ্রীরাধানা থিরকুবগীদমক, প্রাপ্ত তৎ কুণ্ডতীরং=রাধাকুণ্ড মপান য়োরবা, কৃষ্ণং=শ্রীকৃষ্ণবু, স্মরামি =ঐনা নিংজরি, কৃষ্ণং চ আলোক্য=অটালিকাদা শ্রীকৃষ্ণ দর্শন তৌরম্নগা, কৃত গৃহ গমনং=গৃহদা লেঙলকুবী, আর্য্যয়া=জটিলানা অর্কার্চ্চনায়ৈ=সূর্য্য পূজাগীদমক, দিষ্টাং=য়াথং পিরবী, কৃষ্ণ প্রবৃত্ত্যৈ=কৃষ্ণ ফংনবগীদমক, প্রহিত নিজ সখী বর্ত্ম নেত্রাং= থাথিবী মহাকী সখীগী লম্বীদা মিৎ থম্নবী, রাধাঞ্চ=শ্রীরাধাবুসু, অহং স্মরামি=ঐনা নিংশিংজরি।

---

অসুম্না শ্রীকৃষ্ণ পূর্ব্বাহ্ন লীলাগী যণ শেনবা চৎপগী লীলা সূত্র ওইনা গোবিন্দ লীলামৃতগী মঙাশুবা সর্গ অধ্যায়দা শ্রীরূপ গোস্বা-মিনা কচ্চখিবা মঙ্গলাচরণ শ্রীকৃষ্ণনা যণ শেনবা চৎপগী লীলাবু সূত্র ওইনা বর্ণন তৌখরে।

১। সখা সনে ধেনু নিয়া কাননে গমন,
সব গোষ্ঠবাসিগণ করেন দর্শন,
রায় সঙ্গ লাগী কৃষ্ণ চঞ্চল অন্তরে।
গোচারণ ছাড়ি যান রাধা কুণ্ড তীরে॥

২। দে মা দে বিদায় আজ আমা।
রাখাল দুঃখ দেখি মনে বর দুঃখি।
যতন্ত রাখাল হয়াছে বিকল,
তোমার নন্দন রাখাল জীবন।
বিনে নট রাজ গোষ্ঠে কিবা কাজ॥
না দিলে না যাব আজু কি গোষ্ঠে,
দাবানলে কে কি করিব সহায়,
আজ বিদায় দে বিদায় দে বিদায় দেয় মায়॥

---

১। সখা ষণবী পুডুনা বন্দা লেঙববু অয়াম্বা ব্রজবাসি, ব্রজ-গোপশিংনা তৌই। ইবেম্মা রাধাবু উন্নিংবগী শ্রীকৃষ্ণনা খল্লি হৃদিদা, গোচারণ লেঙ্ডি রাধাকুণ্ড মপান। কৃষ্ণনা বন্দা লেঙখিবা উরগা রাধানা ব্রাডুনা নিজ মন্দিরদা লেঙ্ডি সূর্য্য পুজাগী জটিলানা য়াথং পিডুনা, কৃষ্ণগী নৈফম খঙনবা সখী থাডুনা অরাবা মিৎ-য়েংনা লগ্বীদা য়েংলিবদুবু হে মন! নিংশিংউ পূর্ব্বাহ্নগী লীলাবু। অমুম্মা ইবেম্মা রাধানা ওইরি।

২। অসোমদা শ্রীকৃষ্ণবু ষণ-শেনবা চৎনবগী যশোদা ইমাগী নাক্তা সিদাম চংল্তুনা কৃষ্ণ ষণ-শেনবা চৎনবগী বিদায় পিরো হাঈডুনা হঙৎচরি।

সিদামগী ৱাহৈ তাবদা যশোমতি মমানা হাঙৈবকই সিদামবু য়েংতুনা—তারো ইমাগী সিদাম ঙসি ইমাগী মংদা ২াম্না নুংঙাইরমদে অতিয়াগী থৱান্মিচাক লৈমাই-থক্তা তাইদো, ধুম-কেতু উরম্মিদো, যমুনা ঈশিং চাওরম্মিদো, ইচাগী চূড়া-ধরা, বঁশি, ঈয়াতইদা তাউরম্মি অঙ্গনে নতাও কাহ্নাইগী মাইথোংস্থু উরমদেনে করয়দি থাগনি।

অস্থুম্না যশোদাগী মংগী ৱাহৈ তাবদা সিদাম মখুং লোন্নজে, ইংনা-তপ্না মুংশিবা ৱাহৈনা হাঙৈজরকই—তাবিযু ইমা ৱাবিকম্থু চিংনবিরুম্থু তোৌবা ঙম্বা নচা কৃষ্ণনি ঐথোঙৈ খঙ্‌ঙি মাগী মগুণ। লাই কয়া কয়া মগুণ লৈর-লৈরবা লাকইদো, লাইশিংগী নিংথৌ সোরারেন লাকইদো ঐবাবত তোংতুনা, মহাদেবস্থু শন্দম্বা তোংতুনা মতোক লিশিং পানবা লিনগী নিংথৌস্থু ইভাওগী মথোং পাঙৈতুনা খুরুম্মি। কালিগী হুদগীস্থু কনবিখিদো ঐথোঙৈবু, লান্মে-মুংদগীস্থু কনবিখি হন্না হন্না। ইতাও কাহ্নাইসে অঙকপা নচানি ইমা। চিংনবা থাদোকপিয়ু ষণ-শেনবা থাবিয়ু হাঙৈজরিবা য়াবিয়ু।

ষণ-শেনবা চৎপা মতম ওইরক্লে হাঙৈতুনা মাতা যশোদাদা ফিজেৎ লৈতেংবিরো হাঙৈজে। চূড়া-ধরা, বঁশি, পুথোরক্লে যশোদা লৈতেংবিরে বলরাম কৃষ্ণবু, চিংনা পেন্না য়েংজরগা মচাদা হাঙৈরকই ইমাগী ইবুঙো নিলমণি ষণ-শেনবা চৎলমদাই ঐথোঙৈবু ৱাহল্লমগনু। জগোই শারো ননী-মাখন পিজনি হোৌগৎলো শারোনে জগোই ইমা তান থারগে। হৈতে হাঙৈরম্মি কৃষ্ণদো অহানবদদি, ময়াম্বুং বলরামদা য়েংজে চেপ্না চেপ্না শারক্লে জগোই শ্রীবলরাম কৃষ্ণনা।

জগোই শারো কান্হাই বলাই পেলহল্লম্মু। যঞ্জেনবুংদা শাবা ভগোই মপোকসিমগী ইমানা উরোই। মাইথোং য়েংঙি পুক্লিং পেল্লি চুড়ানস্থু ওইদা চেপ্লি।

"নাচো এক বার বাচা" য়েংগে জগোই শারোসে, সে সে তাথেন্তা তাথেন্তা, তা তা ধিন্তাং ধিন্তাং। পুংলোনসে তাঞ্জাসে তাওসে শাবোসে, ইমাগী থম্মোইগী মণি।

"মোর বাঞ্চা হইয়াছে" মুংঙাইজরে ঐসে মীয়ামগী মমাংসিদা ইমা ইমা কৌরোসে শারোসে। ক্ষীর, ননী-মাখন, য়েংঙুসে— জগোই শাদ্রি মথৈ পিজরোইসে, ইমাগী থম্মোইগী মণি।

"ব্রজবধুগণ চায়া চায়া রইলাম" কয়া ফজরে পকচৈনে, চুডানা লৈতেংবসে মুংশিবা হেল্লিনে। বঁশি পাঙ্গরোসে মীয়ামগী পুক্লিং পেলহল্লুনেসে। "আঁমি নাহি" মাইথোং য়েংঙি পুক্লিং পেল্লিদো চুড়ানস্থু ওইদা চেপ্লি, ইমাগী গোপাল।

"নাচের মন্দ নন্দত্থুলার তা তা থৈ থৈ" থেক্লা-থেক্লা জগোই শায় পুংলোন ইহুন চানা। যশোদানা পেঞ্জে রোহিণীস্থু মুংঙাইজৈ।

"তা তাঁ থেন থেন ‥ ‥" হাঙ্গত্থুনা যশোদা মাতানা য়ৈরি পুং। পেম্না পেম্না খোঙথাং খুদিং চেপ্না চেপ্না য়েংনত্থুনা।

"গ্রু গ্রু তা তা" গ্রুং গ্রুং চেনশিল্লি চপ লেপ্পি তুদোবোয় তুদোবোয় তুরোই ঙামলোই তুং-হন্ননা য়েংঙি—রায় রায় রায় শোঙ্গরোই ইচা তুরে তুরে। রাজৈদে খামলশিরা খল্লিদো, তুবা তারে তুবা তায়ে তুদি তুদেদো।

১। নাচত শ্রীব্রজলাল-কোই ব্রজ গোপী রঙ্গিম,
চরণে স্থল পঙ্কজ স্থল পঙ্কজ তাহাব,
উপরে মণি আভরণ মাও মাও বলিরে।

২। অঞ্চলে ধরি, মায়ের মুখ চান্দ ননী দে যশোদা,
রোহিণী আনন্দ আনন্দ আজ আমার নাচে,
নন্দের ঝনন ঝনন শ্রুতি অবতংস·· ······,
যদি গোপ কুল জনম গোচারণ করি··· ।

---

জগোই হৈবা ইচানি ইমানা য়েংহৌনি য়েংহৌনি য়েংহৌনি উহল্লু ব্রজ গোপীশিংবু পিজখিনি ক্ষীর নবনীষু। জগোইনা শুন্নাংলে যশোদা রোহিণীবু বলরাম কৃষ্ণনা। য়েংজৈদো চেপ্পা চেপ্পা, চুপচকই হন্না হন্না মচাগী মুংশি মাইথোংবু। থেক্লা থেক্লা শারকপা চেপ্প চেপ্পা য়েংজবা খোঙথাং খুদিং খোঙজিনস্থ নিল্লি। তঙাং তঙাং চরণ থম্বাল পুক্লিং শুন্নাংলিদো উজবদা, ক্ষিজেৎ লৈতেংশিংনা ফজবা মণি পরেংনস্থ পুমলং-গং মানা মানা নিঙজবা পামজবতা পিবিবা কৃষ্ণনা ইমা ইমা কৌরিনে।

বাৎসল্য প্রেমদা লুপলে, চিংনা চিংনা য়েংই পুক্লিং পুমপেল পেল্লি যশোদা লাইবক ফবীনি। ননী, মাখন, পিজরে তম্পাক-থক্লা চেৎনা কোল্লে, মুংঙাইরে মুংঙাইরে মুংঙাইরে ইমানা য়েংবা পেল্লে। ঐসে পুমপেল পেল্লে, নংগী মাখন লৈরি পিজখিনি গোপাল ইমা ইমা ইমা হাঙ্গৈনা তোঙ্গৈনা কৌবদো তানিংই। জগোই হৈদা ভাল চাইদা পেলহল্লিদা শাথো জগোই "তাং ধেস্থ ধেস্থ খিথেনতা·· "।

ফজৈদা ফজৈদা মুংশিদা মুংশিদা লৈরোই তাইবং মপোক্তা, নংনা চেপ্পা খুদিংদা চূড়ানস্থ চেপ্পি ইমাস্থ য়াওনা য়াওনা চেপ্পি। খোংজিনে খুজিনে চোংলকপা থেক্লকপা খুদিং ইমাগী পুক্লিং হুরেদা। লাইবক কৈকো ঐহাকসে ইচাবু এনা ফংজবসে পুক্লিং হুনা মুংশিজৈ য়েংহুনতা লৈজনিংভিনেসে। যণ-শেনবা চৎখিদৌরিদোসে শুক্লবা বন্দা, তোল্লিদাকো গোপ শাগৈ ওইবসে গোপমক ওইরমদ্রবদি মিকুপ অম খাদোকচরোইকো ইচাসে।

"জলে রক্ষতু বরাহ স্থলে রক্ষতু বামন অতব্যাং রক্ষতু নৃসিংহ"। ঈশিংদা লৈরগা বরাহদেব, কংফান্দা (লংফৈদা) চৎলগা বামনদেব, বন্দা চৎলগা নরসিংহ দেব মন্ত্র শোমগনি খন্দুনা, নরসিংহ মন্ত্র শোল্লগা যশোদানা মচা কৃষ্ণগী লাইবক্তা নমবিখরে। অম্মা যশোদা মাতানা কৃষ্ণবু বলরামদা শিন্নখরে। কৃষ্ণনা মমাবু খুরুমজরগা সখা ময়ামগা লোঙ্গননা বনগী যাত্রা তৌখরে। শিঙ্গা বেণু খোঙখরে ব্রজগী লক্ষ্মী নিনখরে ইবেম্মা রাধিকাস্থ তারহুনা চেকপল থক্তা য়েংজখরে। হরে কৃষ্ণ—

---

## অট্টালিকা দর্শন

১। ঘনবারি বরিখত লোচনে,
নীর নীরদ অমুখ সুন্দর নিরখি নন্দকি নন্দন।
কঁপসি থর থর নয়ানে সব সত নযানে সন্ধানে রায।
এতোয় ভালনয় যদি গুরুজন দেখি প্রমাদ হবে।
নিজ হুঁ মন্দিরে প্রমাদ হবে,
একেত কামিনী কুলের রমণী,
অম্বব সম্বর বিবহ পরিহর,
নিজ হুঁ দিবা রাত্রি সন্ধানে হয়॥

---

য়েংউ হে ইতা ফজরিবসে, যণ ময়াম্না মনাক্তা, সখাশিং মরক্তা, ফুইনা হৌবা নোংহৌ ভমজবসে, হন্দকী মপোক্তা পুন্সগী খোঙচত্তা নিংজবসি থুংলরোই ঐসে ইতা, শাগৈগী মৌনিদো কিজ্জৈ মীনোক্তো তত্তনা উজনিংবসি ফংদ্রেদো ঐহাক্তা। সখাগী মপোক্তা পোকচগে অমুক্তদি, পামজদ্রে তোল্লবীগী মপোকসে, ইতা অহিংস্থু সুংখিলস্থু নন্দস্থু যুমদস্থ উজনিংবসি ফংদ্রেদকো রাধা ঐগী মীপোকসে।

অস্থুম ওইবী রাধিকা অট্টালিকা থক্তা মবুংভোবু য়েংজৈ চিংনা চিংনা। চৎলে খঙহল্লম্মি মিৎনা, লেঙখ্রে গোবর্দ্ধন তম্না মীয়াম্থু থনমলে লৌনম্থা কৃষ্ণনা। সুবলগা লোঈননা শ্রীকৃষ্ণদো রাধাকুণ্ড য়োরে, কৃষ্ণনা কপলি কুণ্ডবু য়েংহুনা। অমুকস্থ খল্লি—লাইবক কৈদকো যশোদা ইমাসে, জন্মান্তরদা কয়ামুক নিংজরকপনো? ফংঙমদ্রবা মণি ফংজরিদো, ইমাগুম্বী কনা লৈরোইদা জগৎসিদা।

২। ঐছে চালে রাম কাহ্নাই সখা গণ সঙ্গে,
গোবৰ্দ্ধন কাননে ধেনু বৎস চালনে,
যমুনার জলে ধেনু বৎস পিয়া হয়ে,
হম্বা হম্বা করি রোবে, তৃন খাইয়া হয়ে হয়ে।
দাদা বলিয়ে ক্ষীর ননী দে দে,
রাম বদন চেয়ে দেখে, সহিতে না পারে দেখে,
হস্তে হস্ত ধরি ধরা আনন্দে সুখসাগরে।
কৃষ্ণ পক্ষ কৃষ্ণ জয় জয়, রাম পক্ষ রাম জয় জয়,
সখা গণ সঙ্গে রঙ্গে, নানা খেলা করি রঙ্গে ॥

জগৎকী মপুবু বাৎসল্য প্রেম থৌরিনা পুম্নিদো, যোগিশিংনা যোগনা ফংজে, সাধুশিংনা সাধনা ফংজে, ভক্তশিংনা ভক্তিতনা ফংজে কৃষ্ণবু। "নীর নীবদ কটিতে পিতাম্বর ধর" খোঙথাং খুদিং খোংজি, খুজি, খোম্থোক্না নিম্নি। খ্বাঙদা সনা ফিগেনা লৈতেংই, কুচুনা নোংঙৌ ঙমজ কৃষ্ণনি। চুমথাং খল্লি অউবশিং ইঙক-ঙকহল্লি কৃষ্ণনা, জগোইনা জগৎ শুদ্ধংলি, যশোদাবু পুমডাও-ডাওহল্লি। বাৎসল্য প্রেমদা মুংশিরি মচাবু, পুংলোন পুংথোম্মসু থেক থেক থেক থেক্লি পেলহল্লি অউবশিংবু। তালদা নেৎলে পুংলোন্দা থেক্লে চোংলে চেপলে চপ চপ চানহল্লে য়েংবদা পুমপেল পেলহল্লে। শাথেক্না শুদ্ধংলে মিৎয়েংনা ভাওহল্লে। উজবদা পোকপগী মহৈ য়ালহল্লে, রাখল অতৈ কাওহল্লি, সখ্য প্রেমনা শুদ্ধংলি কাহ্নাই, বলাই, সুদাম, সিদাম, সুবল, সখাশিং লোঈননা শান্নরিয়ে যণবু শেন্না শেন্না।

অস্থম তৌনা শ্রীরাম কৃষ্ণ সখা ময়াম (লোঈনা) জগোই শাবা য়াও, ঈশৈ শকপা য়াও, মহৈ মহৈ ইতাও ইতাও কৌনরকপা য়াও, তিল্লি ময়াম। ষণবী-বন্নাও পুল্লপ পুল্লপ সঙ্গু সঙ্গু মপুক থন্না শজিক চারি গোবর্দ্ধনগী কানন্দা, মুংশা মৈশা খাওজৈ মুংওাইনৈ সখাশিং। যমুনা ঈয়াই তমনা চোংথৈ শান্নরি গোপসখাশিং, খওলতুনা চেল্লক্লে কৃষ্ণসু থিন্দনা। চোংথখরে ঈয়াই তমনা চোংথ-চোংথতুনা শান্নরি কৃষ্ণ, সখাশিং লোঈনতুনা।

"সখাগণ সঙ্গে মেলি নানা খেলা……চলিতে না পারে"

শান্নবা ওকলে শ্রীকৃষ্ণ ময়ামসু কাখৎলক্লে মথং মথং তুং ইন্ননা অস্থম্না গোলক নায়ক শ্রীহরি কৃষ্ণনা গোপশিং লোঈনতুনা শান্নরি গোষ্ঠলীলাথু তুং ইঞ্জবা ত্তোল্লবা ননাইনা নিজরি।

মতমনা হেঞ্জল্লকপনা লৌনস্থা কৃষ্ণনা সখাশিং লোঈনা থনম, সখা সুবলগা লোঈননা রাধাকুণ্ড য়েৌরগা খওদ্রে অরা পোত্থাকম। শক-হেনবীনি বৃন্দাবন কেজবীনি কুঞ্জবন শ্রীরাধা শ্যামগী শান্নফম। হৈনা লৈনা পরেং পরেং, হুমলি মালংনা লিরি লিরি, ওইরি পূক্লিং হুনকম। উরগা কৃষ্ণনা খোঈরাংনা হংলি সুবলদা কপ্পা কপ্পা—

"রাধাবিনে প্রাণ সখা, রাধা অমার নয়নের তারা,
রাধা অমার প্রেমের গুরু, রাধা ধ্যান রাধা জ্ঞান……,
তিলে মাত্র শিতল নয়"।

থরাইগী মরুপ সুবল রাধা উবা কংদ্রে, রাখলসে পোত্থাফম খওদ্রে, ঐসে রাধাতনা থরাই ওইজবা উদ্রবোই নোংদস্বসে, রারক চেৎপি জটিলাগী পন লানওমদ্রবনরা? মাঘ প্রয়াগতা লুপ্পনসু ইংলরোই

মৈচাকসে থরাইনা অমদা হকচাংনা অমদা। চাবদা, চৎপদা, তুম্বদা, হিপ্পদা। কঙ্জরি মীঙোন্দা রাহল্লি ঐঙোন্দা নুংশিবা মীঙোন্দা লাম্মৈনি ঐঙোন্দা। লৈররোই তাইংদা, চোংথরগে মাগী রাধাকুণ্ড ঈয়াইসিদা থামলগনু সুবল।

অসোমদদি রাধিকানা সঙ্গাই নুংদা (রাহৈ কয়া) হিক্লা হিক্লা কপ্পা কপ্পা হাঙ্গৈজে—হ ইভা সখী। প্রাণবন্ধু চৎখ্রে গোবর্দ্ধন তম্মা, থরাই মঙা ইন্নখ্রেদো হিংগদবা রাই, নোংদম্বসে নুংশি তৈতে, মাগী খুৎশেম থাগৎনিংদ্রে মিৎকুপ অমা উজদবা যুগ কয়া হোখ্রে খঙ্গরিবী রাধা পুন্সি করম লেননি; মীনোক চাওবী মপোকনিদো মৈচাক থাঙনা ঙমজরোইদে, পুন্সি অসে লোমজখ্রগে হাঙ্গয়ু ইভা চান্নবী রাধা ঐগী পাম্বৈদি নখোঙ্গনিদো। মপোক খুদিং থাননুশি অরা-নুংঙাই তৎনমুশি।

ফজৈদকো শ্যামগী শকফম কাওঙমদেদে, রাধাগী পুক্নিং, থাম্মোই নুংদা ওমচাকনৈদো মতম খিবিক ওইরিদো রাথোক চাওবী, ওইরি মীনোক চাওবী। ওইজররোই রাধা মীখা পোনবী, কৃষ্ণ নিংঙমদ্রবী, ওইজখ্রগে বন্দা লৈবী লাইনিংবী, ওইজখ্রগে চৎনা পনবু লাল্লবী হাঙ্গজহোরো রাধা জগৎসিদা। থরাই থাসি থাঙমদে, চৎনা পনবুসু লানঙমদে, কাওঙমদেদো খোই-খোইবা শাথেক. চুড়ানা লৈতেংবা শক-ফমদো, শোঙ্গনিংঙি খোঙ্গেল রাংনা. কিহল্লি মপোকসিনা, শোঙ্গহুন পুন্সি লেনবা, উনা উনা পুন্সি লেনবা, রাধা ঐনা পামজবনি।

## যুগল প্রার্থনা

হে কুঞ্জবাজ রাণী প্রসিদ প্রসিদ ॥
মো: পামরে চুলে ধরি দেযগ প্রাণনাথ
বিনামূলে বিকাইলু মম পঞ্চপ্রাণ ॥
পাপিষ্ট জীবন ভজন সাধন কিছু চিনেনাই,
জন্মে জন্মান্তরে নিজ প্রেম সেবা দেযগ প্রাণনাথ ॥
কৃপা ডবি বান্ধি গলে ত ন্যা রাখ পদতলে।
দুহার লীলা অবসানে প্রেম সেবা দিবেদান ॥
ও: হে দীননাথ রাধানাথ ব্রজনাথ
নবঘন শ্যাম নিকুঞ্জ মন্দিরে যুগল
চরণ সেবা দেয়গ প্রাণনাথ ॥০॥

---

কুঞ্জগী মবুংঙো মবেম্মা চানবিয়ু চানবিয়ু তোল্লবা ননাইনি থনবিদুনা অনিনা, পামজরুবা মুংশিজবা চরণগী নাত্তা থম্বিয়ু। খুঙজাদে হৈজদে লৈশি লৈথোঞ্জবা পেনবিননবা নিকুঞ্জ মন্দুংগী অনিগী সেবাতদি ফংহনবিয়ুগবা। প্রেমগী কৃপানা চিংশিনবিদুনা ফংহনবিয়ু চরণ সেবা। ভালহনবিয়ু মম্লবা থম্মোইবু য়াওহনবিয়ু লীলা খুদিংবু, হে ইবুংঙো! চুড়ানা লৈতেংবা ফুইনা নোংহৌ ভমজবা। বাশেশ্বরীনা ওইদা লেপ্লিবা (থোগনবা) মূর্ত্তিদো পামজৈ উজবা। তাইবং হকচাং থাদোক্তুনা সখী অমা ওইজদুনা চরণ নাক্তা চংজদুনা শ্রীচরণ সেবা ফংহনবিয়ু। শ্রীরূপ মঞ্জরী লীলা খুদিং ফংহঞ্জবী তুং ইঞ্জনা ননাইনা প্রেমগী সেবাদা য়াওহনবিয়ু ফংহনবিয়ু।

হে ব্রজগী অমুবা রাধিকাগী থম্মোইগী থা ও! শ্রীচরণ থম্বাল ঙুংশিবদো কাওজদবা পিনবিয়ু। প্রলয়গী মৈনা চাকলক্রবা দেহগা প্রাণগা থাঙ্গনরমদাই, মুরলীনা খুত্তা, চূড়ানা কোক্তা চেপ্পক অহুগুম্বা ভক্ত বৈষ্ণবশিংনা পামজরিবা ত্রিভঙ্গ ভঙ্গী ওইবা শাথেক অহুমদো কুঞ্জ কুঞ্জ খুদিংমক্তা যুগোল মুর্ত্তিনা শান্নবা লীলাদো দর্শন ফংহনবিয়ু পিনবিয়ু। নিভৃত নিকুঞ্জ বন্দা অনিনা পুন্না ঙানবিবা শ্রীরূপদো উজরগা পেঞ্জগে পুন্সিগী ইরন ওইজগে ইবুংঙোগী নামবু শোঞ্জগে। "প্রতি জন্মে জন্মান্তরে নিজ প্রেম সেবা দেয়গ প্রাণনাথ কৃপা ডরি" ভজনস্থ খওজদে সাধনস্থ হৈজদে মপোক মপোক খুদিংমক্তা পিনবিয়ু পঞ্চভূতনা শাবা দেহ লৈজহৌগে প্রাণনাথ ননাইগী থরাই মণ্ডাতদি, সংসার ঈপাক লাল্লমদাই শোঞ্জবা কাওহনবিয়ু প্রার্থনাসে লৌবিয়ু।

রাধে কৃষ্ণ রাধে কৃষ্ণ রাধে কৃষ্ণ।

১। বন্দে হং শ্রীগুরোঃ শ্রীযুত পদ কমলং শ্রীগুরুন্ বৈষ্ণবাং চ।
শ্রীরূপং সাগ্র জাতং সহগণ রঘু নাথা ন্বিতং তং সজীবং।
সাদ্বৈতং সাবধুতং পরিজন সহিতং কৃষ্ণচৈতন্য দেবং।
শ্রীরাধাগোবিন্দ পাদান্ সহগণ ললিতা শ্রীবিশাখা ন্বিতাং চ॥

২। ধ্যানমুলং গুরোমুর্ত্তিঃ পূজামূলং গুরোপদং।
মন্ত্রমুলং গুরো বাক্যং মোক্ষমুলং গুরোর্কৃপা॥

৩। বান্ছা কল্প তরু ভ্যশ্চ কৃপা সিন্ধুভ্যো এব চ।
পতিতানাং পাবনেভ্যো বৈষ্ণবেভ্যো নমো নমঃ॥

হরে কৃষ্ণ হরে কৃষ্ণ কৃষ্ণ কৃষ্ণ হরে হরে।
হরে রাম হরে রাম রাম রাম হরে হরে।



## লাইরিক ফংফম :—

১। শ্রীশ্রীগোবিন্দজী ব্রহ্মসভা, ইম্ফাল।

২। জ্ঞানদা সংস্কৃত মহাবিদ্যালয়ঃ ইম্ফাল।

৩। অইবা শ্রীব্রজবিহারী দেব শর্ম্মাগী য়ুম রাইখোম লৈকাই)।

---

## ফোংগ্রবা লাইরিকশিং :—

১। নিত্য পূজা পদ্ধতিঃ —

২। দ্বিতীয় নিত্য পূজা পদ্ধতিঃ —

৩। নিত্য কর্ম্ম পদ্ধতিঃ —

৪। তৃতীয় নিত্য পূজা পদ্ধতিঃ —

৫। শ্রীমদ্ভাগবতম্ দশমঃ স্কন্ধঃ —

৬। সাবিত্রী ব্রত কথা —

৭। কথা ত্রয়ম্ লক্ষ্মীষ্টক, বিনন্দ, ভাগবত

৮। দশ কথা (রারী তরা) —

৯। পঞ্চ কথাঃ (রারী মঙা) —

---